# মাইংশৌবী ৱাংমদনু

অইবা :

আই এস থিংগোম

ভারত লৈমা পাব্লিকেশন

**মহৈশাংগী ৱাংমদসু** - মণিপুরী ৱারীমচাগী লাইরিক

Maheishanggee Wangmadasu - A collection of Manipuri Short Stories.

Written by I S Thingom

---


অফোঙবা · ভাবত লৈমা পাব্লিকেশনগী ওইনা
থিংগোম প্রিযকুমাব সিংহ

উনম : **ললিত প্রেস ৱার্কস**
বামকৃষ্ণ মিশন বোড্, তাবাপুব, শিলচব-৩

অহান্বা ফোঙবা ডিসেম্বব ১৭, ইংকুমজা ২০০৬।

মমল : লুপা ৩০.০০

ফংফম : ললিত প্রেস ৱার্কস, অইবা মশাগী মফমদা।

মখুম : চান্দম আনন্দ কিশোব সিংহ

# [illegible]

—কথোকচবা—

সাহিত্যগী লম্বীদা ঐবু লমজিং লমতাকপিবম্মা
নুংশিজববা ওঝা ৺সোরাম বাবুসনাগী মফমদা
নোম্লুক্লা কৎথোকচবি।

# অইবগী ৱারোল

স্কুল তমলিঙৈদা স্কুলগী মেগাজিনদা ৱাবীমচা অমা ফোঙখিবদু কাওত্তমদ্রবা ৱাফম অমা ওইবগসু ৱাবীমচা অদুগী থাঙ্গৈশেংবা মম্নিংদি নিংশিংবা থোকত্রে। ৱাবীমচা কয়া লমদমসিগী চেফোঙশিংদা ফোঙদোকখিবা অমসুং ৱাবীমচা পাবগী থৌবমশিংদা পাথোকখিবা য়াওদ্রে। ৱাবী কয়া অমসু ফোঙদোকপা ঙমদদুনা লৈবি। ফোঙদোকত্রবদি ৱাবীশিং অসি মনগ্রগনি হায়বগী লাংতক্লবা অমসু ফাওবকই। লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপগী থৌবাং তৌবকপা হায়বসিসু পংলায় লায়দে। ৱাবীমচা খুদিংমক্কী মশকমচু থোক্লনবা শেমশাবা হোৎনবদা ফনা য়াম্না ৱাই। হকচাংগী অৱাবদি শুপ্লগী কপি তৌবগী অৱাবদুতনি। অদুগা অমবোমদা ৱাবীগী মচাক, ৱাহৈ ৱাতা বানাননচিংবগী শেন্নবদা হায়ফেৎ লুনা থোকই। পেন্দবগী শকক অমা অদুম লৈহৌই। পুক্লিংসিনা পেঞ্জববা, মীয়ামনসু পেনবিবগদবা ৱারীমচা অমা পুথোকপা হায়বসি য়াম্না লুপ্রবা ৱাফমনি হায়জনিংই। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু ফোঙদোকপা হায়বসিনা পান্দম ওইবগা **"মহৈশঙগী ৱাংমদসু"** হায়বা লাইবিক মচা অসি মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা লৈশাং তম্নুনবা খুদোল তমজবি। ৱাখল লৌশিং চাওববা অপাবশিংগী মফমদা তবাম তবাম্না লানথোকচবি।

তারাপুর, শিলচর
ডিসেম্বর ১৫, ইংকুমজা ২০০৬।

# -ঃ য়াওরিবশিং ঃ-

# মহৈশঙগী ব্রাংমদসু

শহবগী মমিংলৈববা ইংলিশ মহৈশঙনি। মোর্নিং সিফ্‌টকী অঙাংশিং হনখিবা অমসুং ডে সিফ্‌টকী মহৈবোয়শিং কাখৎনবগী তাঞ্জানি। রিক্সা, সাইকেল, মোটব-সাইকেল, অটোরিক্সা, বস, ভেন, অঙম্বনা মশাগী কাবদা চিংচাইবা ঙমদনা চেনথোক চেনশিন তৌদুনা ব্রা ব্রা লাওনবা মতমনি। মতমনা পুল্লবা মথৌকল্লবা মীওয়বা ঙাক্তনি। ঙাইহাক মতুংদা মীচিক মীবাওখোল তাবকত্রে। মায়গৈ অমবোমদা মহৈশঙগী চেকপলনুংদগী প্রেযাবগী ঈশৈনা পাওনিলখোনগুম নিল্লকলি।

মতাংসিদা মতমগীদমক নিঙাইবা লৈত্রবা গার্জিয়ান অহুমখক্তি গেইট মনাক্তুদা লেপ্লি। সবকাবগী মহৈশঙবুদি অমনবা ফিজোলগুম থৌওইবিদ্রগা ইংলিশ স্কুলবুদি অনৌবা দিজাইনগুম মথব্রাই শোকনা পামজববা মতমগী গার্জিযান কযা কযানি। মখোয অহুমদু যাম্না পুক্লিংচংনা প্রেযাবগী ঈশৈদু তাবি। অমখক্তি মচানুপী ঈশৈতম্বীদুগী মখোনবু ওইগদ্রা খল্লদুনা নাকোং থাংগৎলদুনা তাবি। প্রেযাব লোইবগা অমনা থবাক পোকেটতগী হিদাকমনা পেকেট পুথোবকপদা অমসু মখুৎ তিংথোবক্লদুনা হিদাকমনা উমমিন্নে। সাইকেল ইনবা অমসু যাওবি। মখোয ব্রাবী শাব-শাবদুনা গেইট মমাংদগী চা-দুকান তম্না চংশিল্লকই। চৎনা চৎনা অমনা হাযবকই–

১বা গা —স্কুলসে যাম্না ফজবে। অনৌবা হেডমাষ্টবসে যাম্নসু চ্যেকশিল্লি হাযনৈ।

২বা গা —ফবদি ফবিবনি। টিচিং স্টাফসু কবিসু লোইনা ফৈ। ঐনা পেন্দবা হাযববু কোম্পাউণ্ডসিদা ইংলিস ঙাংনবগী কালচাব অমা পুবকপা ঙমদবসিনি।

১বা গা —লমদমসিদা তৌনবিবা ইংলিস স্কুল পুম্নমক অসি ঙাক্তনি।

২বা গা —মদু হাযবিনু বাবু, হোলিক্রোস, ডোনবোস্কোদা যেংবিকচো, তোঙানবা এনভাইবোনমেন্টনি।

সাইকেল ইল্লম্বা গার্জিযান অদুনা সাইকেল অদু লেপহল্লগা ঙাংল ঙাংলদুনা চা-স্টৌল তম্না চংলকই।

৩বা গা —ঐনা খঞ্জবা অমা লৈ। নখোযসু খল্লু। অঙাংশিং ইংলিস স্কুলদা তমহল্লিবসি বিজাল্ট ফবগীতবা নত্রগা ইংলিস ইবা ঙাংবা হৈনববা। অনিমক্কী ওইফম থোক্তবা।

১বা গা —গ্রামাবদি সবকাবগী স্কুলদনা ফজনা তাকপি হায়নবি। ইংলিশ খংবা, বিজাল্ট ফবদি প্রাইভেট নত্রবসু য়াই।

২বা —য়াইনে, ঐখোয়সু তল্লক্লিবনিদনা, বাট, ইংলিশ ঙাংবা তাববদি তোঙান্বা এনভাইবোনমেন্ট দবকাব তাই।

৩বা —য়েস, অচুম্বনি। মদুগী এট্‌মোস্ফিয়াবদুনি।

২বাগা —তৌবগীদি ঐখোয়না খন্নবিবসি যৌনা মীপুম খু দিংমক্লা খনবিবা নত্তে। কোঙ্গায় অমনা মতমগী ফ্যেসন ওইনা তমহল্লি।

১বাগা —থাদ্রবদি কদাইদা থাগনি। সবকাবগী স্কুলদদি অতোপ্পা সোসাইটি অমগী তাহৌবে। অঙাংদি লাইবদুনা মমা মপা ফাওবা ইংলিশ স্কুলদা মচা তমহল্লি হাযদুনা নাপল তৌবিবনি।

৩বাগা —মদুদি শোয়দ্রবনি। ইমালোনগী মহৈশঙসিদি স্টৈন্দার্দ যাওদবা লাইববগী ওইনা তৌবে। তৌববুদি মতমগী মীযেংনি। মেবিটকা লোযননা, মেনাব ডিসিপ্লিন স্মার্টনেশ খুদিংমক্তা হেল্লকপদগী ইংলিশ পাম্নবকপনি।

২শুবা গার্জিয়ান অদু চা থকপা লোইবদুনা মচিন্দা হিদাকমনা উম্মগা নাকন্দা মতিন শিৎলন্নগা চংশিল্লক্কুনা হাযবকই– এনিবে হন্দক্তি গার্জিয়ান মিটিংদা ঐ শোয়দনা পুখৎকনি।

গাঃ ১ —বিগার্ডিং কবি

গাঃ ২ —ইংলিস ঙাংনবগী তাঞ্জাসিদা —বিটাযার্ড প্রোফেসাব অমা চংলকই। চা-ষ্টোলদা ফম্বা পামজখ্রবা অহননি। মহাক্লা চংলকপদা ৩শুবা গার্জিযাননা থক্লম্বা চুকট অদু মুথৎলি। মখোযনা ঙাংনবিবা টোপিক অদো মপান্দগী তাহৌববনি। মাঙোন্দদি মল্লবা পাবানি। অদুনা অপনবা লৈতনা ঙাংলকই, মযাম্না ওঝাবু খুবমই।

—লাইবিক তল্লিবসিগী মেইন পাবপাসতি বিজাল্ট ফবনি। ইংলিসতা

নত্তনা চুম্নগী ঙাংবা হৈবা হৈতবা হায়বসিদি সেকেন্দাবীনি।

গাঃ ২ —সাব বিজাল্টসিদি গোভ্‌ট স্কুল নত্রগা সেন্ট্রেল স্কুলদগীসু হোৎনববদি ফহনবা য়াই। অদুদা মিশনাবিজ নত্রগা প্রাইভেট স্কুলদা তমহল্লিবসিদি ইংলিস টোকিংগী আশা অমা লোইনববা হাযনা .........

প্রোঃ —নত্তে নহাক্লা হায়বিবসিবু ক্লাসতা টিচাবনা স্টুডেন্টতা ইংলিস ঙাংদ্রববাও

গাঃ —ঙাংই অচুম্বনি

প্রোঃ —স্টুডেন্টশিং টিচাবগা ইংলিস ঙাংনদবা

গাঃ ২ —ঙাংই, খুমই।

প্রোঃ —ডেন, অদুনদি ইংলিস ঙাংনবিদনা, অহেনবা অমুক কবি পামলি।

গাঃ ২ —অদুদা সাব ঐখোযনা পামজবদি এডুকেশনগীদতা নত্তনা অতৈ অতৈ ডোমেষ্টিক মেটাবদসু ঙাংশকপা পামবনি।

প্রোঃ —অদুদি কনাগা ঙাংনগনি। ঙাইহাক মমাংদা নখোয নশেন নমাবোন্দা ঙাংনদুনা লাক্লগা স্কুল কোম্পাউন্দ হেক চংবগা ইংলিস ঙাংনসি নত্রগা ঙাংনৌ হায়বদো হেক্তমক যাদবনি।

গাঃ ৩ —যুমদা, লম্বীদা, বাজাবদা ঙাংনবিবা লোন অদু থাদোক্তুনা পংঙাং ঙাংনবা হাযবসি অঙাংশিংগী মফমদদি ওইথোক্কদ্রা খংদে ওঝা।

প্রোঃ —অদুনা নখোযগী অঙাংশিং ইংবেজী টোকিং যাম্না ফহনগে খল্লবদি নখোযগী ইমুংদসু ঙস্বমখৈ ইংবেজীদা ঙাংন-শক্লবা তাগনি।

গাঃ ৩ —অদুমক্তি হেক ওইথোক্তে।

২শুবা গার্জিয়ানদু উংদুনা লৈবি। ১বা গার্জিযানদা ওনশিল্লগা লোন থোক্তনা খবা হায়নিংলি।

গাঃ ১ —অদু ওইববদি সাব ঐখোয়না শেলচংনা ইংলিস স্কুলদা মহৈতমহল্লিবসিগী তোঙানবা কান্নবা কবিশু লৈতে।

প্রোঃ —নো নো, কান্নবা লৈ। ইংলিশ স্কুলদা discipline, punctuality, personality development, smartness, orating capacity, লু-হেনবা হীবম খিবীত্তা চেকশিন্না য়েংশিল্লি। অঙাংগী ফিউচাব শেম্নগীদমক মসিনি দবকাব ওইবিবা। অদুগা টোকিংগী দমক্তদি টিচাবগা ইংলিসতা conversation তৌবিবদুনি that's enough।

ময়াম ব্রাখল হুহ্নৈ। ব্রা ঙাংনদে। চা-স্টোলদগী মথং মথং হৌগৎলি। ব্রাবী শাইবা কাঙবুদি ব্রাবী পাক্তা লোইশিন্দে। শগোলনা শগুপ শাইবগুম তপ্পি ঙাংনদুনা লৈ। হন্দক্তি চা-স্টোলদগী লাম্থোবক্লগনি।

মখোয় অহুম-মবি যাম্না নকশিন্নখ্রে। গার্জিয়ান ২শুবনা সাব পংঙাং ঙাংনখ্রে ব্রাবৌবা য়াদে।

মখুৎনা খান্নদুনা প্রেফেসাবনা হাযবকই। ঙাংনবিবা যেৎনবিবসে অফবনি। ঙসিগী টোপিকসে ঐঙোন্দদি অনৌবা নত্রবনি। কযাবক হন্না ঙাংনখ্রবনি, তান্নখ্রবনি। ইংলিস স্কুল হায়জশাবনি। প্রাইভেট টিউটবদা থাদ্রবদি অসুম্না বিজাল্ট ফগদ্রা?

—নো, গার্জিয়ানশিংনা খুমই।

অদুদগী প্রোফেসাবনা—অদুনদি বিজাল্ট ফবা হাযবসি কনাগী মখুত্তা লৈবে, গার্জিয়ানশিংগী মখুত্তা।

—হা, ঐখোয়গী অঙাং ঐখোযনা শেমগদৌবিবনি।

প্রোঃ —অঙাংশিং আই এ এস, আই পি এস ওইহনসি। কবম্না —গার্জিযান অমনা তপলপ্না হংঙি।

প্রোঃ —ক্লাব, এন জি ওগী মতেংনা পিক্লিঙৈদগী অঙাংশিংগী কম্পিটিশন, কুইজ, এসে কম্পিটিশন, ডিবেইট, গ্রুপ-দিস্কাশন তোয়না তোয়না তৌদুনা ফেংসি। মখোযগী লৈতোনসে ইলং লংগনি। শোয়দনা মহৈ ফংগনি।

ময়াম কায়নখি। ❖

# লৈমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাখি

দুবদর্শনগী সুবভী প্রোগ্রামদা মৈথিলী লোনগী লনগৈশিং উৎখিবদুনা মৈথিলীবু অমুক হেন্না খঙনিংহনখি । থাযনগী অশৈবা মাযচৌ কযানা থম্বিবস্বা খুৎইনা ইবা লাইবিক লাতম কয়াদু উবদা লোন অসিগী মতিক মগুণ হেনগৎলকখি । মণিপুবী নোট সংকীর্ত্তনদা মৈথিলী লোনগী ইশৈ যাওবিবসিনা কবন্ননো । মচাক মবল শুনা লৈববা লোন অসিনা ভাবতকী চৎনপথাপকী ৮ শুবা তাঙ্ককতা চন্বীযু হাযনা কযাদা কন্না হোৎনবি । মৈথিলী লোনগী মবমদা অঙকপা খঙনিংবা কযা লৈবদগী মৈথিলীগী লমদম অদুতংদি খোংচৎ অসিদা যেংলগে হাযনা চৎনা চৎনা খনখি ।

গুৱাহাটিদগী দিল্লি যৌনবা চৎলিবা কামৰূপ এক্সপ্রেসতনি । হিপ্পগা ফম্বগা মতাংচাবগা তুম্বনা ইথৌনি । নোং পুংঙান ঙানদ্রি । মপানগী শক্তম যেংনিংলবসু উঙমদ্রি । চেনশিল্লক্লিবসে বিহাবগী ঙমখৈ নুংদনি হাযবসিমদি তশেংনা খঙবা ঙমলে । পুক্লিংদা লাংতক্লবা হৌবকই মৈথিলীগী দমক । মীনদি থৌওইবিদ্রবা, কবেম কথাইনববা বিহাবীশিংগী মবমদম বিহাবগী মৰুদ্যান ওইবিব মৈথিলীগী লমদম কবম তৌবগে অসিতনি ।

অমমম্ তৌদুনা পেসেঞ্জাবশিং চীন-খা তেংবা উবকপদা লুখুমদগী খোংউপ মোকাসিনা অনিদুগা, টুথব্রাস টাৱেলনচিংবা পাযবদুনা স্লিপাবদগী কুমথবকই । হকচাংসে বিফ্রেস তৌববনিনা ঈশিং যাউম অমা চিংলগা থোংনাও মযাগী সিট অমদা ফম্নদুনা মপানগী অইংবা নুংশিৎ চান চান লম্মিৎ তুম্মিৎ যেংলমই । নোং-ঙাল্লকপা হাযবসি কাবখানাগী লেপ্লম্বা মেচিন্না মথৌ তৌবকপগুম্বনি । যুমদসু ট্রেইনদসু ইমান মান্নে । চানিং থাক্লিংবা ঙাংনিংবা হাযনিংবনা ৱা ৱা নিল্লকই । ফুজিল্লকই চা পানা, লফোই , শঙ্গোম, অযুককী পাওচে নচিংবা মথং মথং । ঐগা লোযনবিবা কাকা যাওনা বিহাবী সিপাই অমগা ঐখোয

অহুম পুন্না ফম্মিন্নবম্মী । অয়ুক্কী চা অশাবা থক্না থক্না ৱাবী শাবদগী নুঙাইখিদুনা, মোকাসিনা ফুলসু অদু সিট মখাদা থৈজিল্লগা খোংগ্রাই শক্তুনা ফমখি । সিপাই অদু পাটনা যৌগদবনি । ৱাবী শাবিঙৈদা কেহ্লগাঁও , টেহ্লগাঁও বেল ষ্টেশনশিং লানথোকখি ।

কবি কবি ৱাবীনো শান্নখিবদুবু ।

বিহাবগী বিহাবীশিংগী মবমদনি । বিহাবগী বাজনিতীগী তমথিবা, জমিদাবশিংগী শুপ্নম, মীয়ামগী লাইববগী পুন্সিমবেল অসিনচিংবনি । মবক মবকতা মহাক্না লমদমসিদা অসিগুম্বা ফেক্টবী লৈ, অদুনি অদানি হাযদুনা তাক্রদুনা মবমদমগীদমক চাওথোকচৈ ।

অৱাই অখুম মবকতা ঐসু খংহৌদনা হাযদোকখি । নখোযগী বিহাবীশিং ভাবতদতা নত্তুনা মালেমগী লৈবাক কযাদা শু-নোমদুনা শেল তানলি । চানা, মটব, চুজাক, অৱাথবী, হৈনৌ পাম্বীনা নাকপাক নাইনা ঈশং শংলি । নখোয কবিগী লাইবগদৌবনো । তশেংনমকতি বিহাবীশিংসে লু হেনদে । লাইববা মাল্লি । ঐখোয মণিপুবীশিং নখোযগুম্না শেল তানদে শেল পাইদে । তৌইগুম্বসুং লু-হেনবনি । পুন্সি হাযবসিদি খবা লংহনগদবনি । ৱাফমসিদা মহাক যানিংগুম ইকাইগুম তৌখি ।

ভাগলপুব ষ্টেশন যৌবকপদা মহাকনা হাযফেৎ ঙাংখি মৈথিলীশিংনা মপুং ওইনা লৈবা লমদমনি । মৈথিলী হাইবকপদা ঐহাক 'ইউবেকা' লাওদুনা নোটবুক পাযখৎলি । সিপাই অদু মৈথিলী মক্তি নত্তবনিনা অকুপ্পা ৱাবোলদি খংদে ।

খংদ্রমকসু খবদি খংলি । মৈথিলীশিং বেঙ্গলগা ঙমদাইনবনা বাংলা যান্না খঙঙি লোনদা বাংলাসু যানশিল্লি । লাইবিক-লাইশু হৈবা ফুৰপনি । আই, এ, এস নচিংবা অচৌবা ফম্নাইবশিং অইবা মাইচৌশিং যান্না লৈ । ঝা, ওঝা, চৌধুবীনচিংব শাগৈ চৎনৈ । মুঝাফবপুব, সমষ্টিপুব নচিংবদা মখোযনা য়ান্না হেন্না লৈ । লাইবিক য়োনবশিংদা মৈথিলী হংলুবদা হিন্দি ইংলিশ ঙাক্তনি হাযখি ।

পাটনা যৌগদবসু ৱাৎলিবনিনা ৱাবীসে অতৈসু শাখিগনি খন্দুনা মপান্দা অমুক্তং থোক্লুখিগে হাযদুনা খোংউপ থিবকপদা উবা ফংদে । মচি মযাদা লৈবমগদ্রা লৈতে । পোৎচৈশিং হায়দোক্লুনা যেংবদসু লৈবা থেংনদে। শুমজিৎ শিৎপদা নাকন অমদা থৈজিনখ্রববা খন্দুনা অতৈ অতৈ সিট মখাদা যেংই লৈবা উদে । মহি মহি হংনবকই থিনবকই "কৈসা জুতা " হাযদুনা থিবসে ফংলবোই খঙলবদা মাযথোংসে খংহৌদনা মকশিনখি ।

অদুক যান্না ঙাংলম্বা চীন অসে কবিমত্তা ঙাংনিংখিদ্রে । তুমিন্না স্লিপাব মথক্তা কাখৎলগা হৱাই চ্যাপল অহনবদু লৌথোবক্লে। বোঙাইগাঁওদগী লুপা তবামঙা পিদুনা লৈহৌবনি । হৌজিক্তি চিববা মতমগী মরূপনি । মপান থোক্লুবগা তুমিন্না অসুম মথক্তা কাখৎতুনা হিপখি। নিপাদুসু ইকাইমনবদগী হাযবা তাই "জুতা কুট্টা লেকব চলা গযা" ।

বিহাবগী মতেকসে যান্না শাথিবনি হাযদুনা চেইননা পুন্দুনা লুখুমদা থল্লগা তুম্বনি । অযূকনিনা অদুক হাক্ল খল্লুদবনি । অথেনবদা ইবাকনৈ হাযবদুমকনি । পুন্সিদা কাওঙল্লবোইদবা লৈমা যেংলিঙৈদা খুনু কাই হাযবা থৌদোকনি । মথংদা নিংথমগী অযূকতুদা মোজা যাওনা হৱাই সেন্দেল তোংদুনা দিল্লিগী মণিপুব ভবনদা মথক মখা কাখৎতুনা মীথোয-মীহেন কযাগা খুৎশোক্লদূনা ৱাবী শাবদা পুক্লিংগী অপনবা ফংখিদে ।

কবিগুম্বা অমা ফংবগীদমক কবিনো অমা মাংখিবসু য়াই অসিবা? শেন্নহৌদ্রবা মিকুপতা থোকখিবা অশোযবা অদূগী দমক পুক্লিংবুদি মবান পীববোই। ইলং লংলবা খোংউপ অনিদুনা কবিগুম্বদা লাক্লগা 'ৱাবী শাবিখো' হাযবম্বদুগী পাওখুমদি পীকম খঙদে ।

০০০০

# মহিমালয়

শিলচব শহবসিদা পোকচবা খোম্বা মপানা ব্রাববসু ব্রানা ডাক্তাব ইঞ্জিনিযাব তমহনগে হায়না চীকনা আশা তৌজবম্বনি।অদুবু হাযাব সেকেণ্ডাবী সাইন্সতা বিজাল্ট খবা পাংফাত্তবদগী জিসি কলেজতা বি এ তমথখি। নোংমা ক্লাসতা মকোয মবাং চোম্বা ইংলিশকী প্রোফেসাব অদুনা লেকচাব তৌবা লোয়বগা মহাক্না পামজবা ব্রাবী খবা শাবদগী মহিমালয় হাযনা পনখিবদো খবা শেংফাত্তনা তাখি। ''মহিমালযদা ফমবগী মহাও ফংদ্রিবা নখোয় লাইবক থিবনি'' হাযবসিমদি খোম্বগী নাকোংদা ময়েকশেংনা চংখি। নুমিত্তুদগী খোম্বগী পুক্লিংদা য়াম্না খৌবাংন। থিগৎখি। ''মহিমালয়'' কদায়দনো কবম্বা মখলগী যুমনো। কবিগুম্বদা খল্লি ধন্ম চর্চা তৌবা, গীতা পাঠ তৌবা অশেংবা মফম অমবা নত্তদুনা ইংবেজী ওঝাদুনা পামজববা সাহিত্র নৈনবা মফমবা। নিংশিংলকপদা খল্লকই মীতৈগী ব্রাবী লীবদা অহললমনশিং প্রেম পোক্লদুনা নুঙাইজবা, অদুগুম্বা মখলগী যুম ওইবমগদ্রা মাঙোপগুম্ববা।

নোংমা য়াওশঙ মতমগী শাবুং শাবুংতৌবা নুংথিল অমদা খোম্বনা প্রেমতলাদগী সানদে মেগাজিন অমা লৈবগা হোসপিতাল বোড্ লোমদা মাগী মফম অমগী মযুমদা ঙাইহাক্তং য়ৌকগে হাযদুনা লাকপদা নাগনাহা লেইন মচিন অদুব্রাইদা যেংথোকখিবদা 'মহিমালয' হাযনা ইবা অপিকপা সাইন বোর্ড অমা উবামক্তদা ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংলম্বদগী, তম্পী তম্পী দুকান মচাদুদা চংশিল্লম্মী। মী-পোঙ অমত্তা লৈতে, ডেক্স বেঞ্চ খবা ফৈদোক ফৈজিন তৌদুনা থাই। বাংলা পত্রিকা অমা তাদুনা লৈবদো খোম্বনা পাইখৎলগা তুমিন্না ফমথবম্মী। নুংথিল পুং ৪ বোম তাবকপদনি। মশা পাবপ তৌবা অহল অমনা টেবল লেম্প অদু চুখৎলম্মী, অদুগা স্টোপ মথক্তা চা কেটলী অদু থাঙ্গৎলম্মী। চান-থক্লবা হাযববু লিক্লীগী বোয়াম মনুংদা যাওবিবা নোত্তা বিস্কুট খবদুতং উই।

খোম্বনা য়াম্না চীংনবগা লোযননা ফমলবসু অহল অদুনদি মাঙোন্দা কবিমত্তা হংবা খোংপা তৌবমদে। মতম অসিমক্তদা পোকনা ঙৌববা ফৈজোম

পঞ্জাবী শেৎপা অহল অমা ফুবিৎ খুদাং তাখৎলদুনা চংলকলগা থৌশাদনা ফমথখিবন্মী। ফুবিৎখাওদগী মিক্সচাব পেকেট অদু ডেক্সতা থন্নগা তপ্না তপ্না নোইবা হৌখি। মীওয় অমগমুক চংশিল্লকখি। অদুগা অহুমশুবা মীথুং অদুদি মকোযচোন্বা প্রোফেসাব অদু ওইবন্মী। খোম্বনা ওঝাদুবু উহন্দনা পত্রিকা অদুনা মমায়দু খুমজিল্লগা নাশোন অমা য়েংদুনা মহিমালয়দগী চেহ্নোবকখি।

খোম্বনা টাউন কোইবা হৈবকপদগী লমদম অসিবাইদা কয়াবক হন্না লাকপ্রবসু মাগী মীৎতা তাখিদবনি মহিমালয়। অতৈ কোঙ্গায় অমনসু মহিমবু উবিখিদবনি। নুমিৎ অদুদগীদি খোম্বগী মীৎতা অতৈ অচৌবা বিল্ডিংশিংদু উখিবমদে, মহিমালযতমক উখিবন্মী। যাম্না পিকপা ইনেম নেম্বা ফোপনা খাজিনবা চা স্টোলনি। খোম্বনা মাগী খংনিংবা অমা লৈবদুনা কবিগুস্বদা হোস্পিতাল বোডতা লাকপগা য়েংবদা অয়াম্বদা দুকান লোন্দুনা লৈবম্বা থেংনখি। কবিগুস্বদসু নুমিদাং মোম্বাটি খবা থাল্লগা অহল উইববা মীয়াই চল্লবা মীওয মঙা-তবা ফমদুনা ঙাংন খোৎনবসু উখি। অমগা অমগা অরাই-অখুম তৌদুনা ঙাংনবদুতনা মহিমালয়গী অশেংবা শক্তমনি হায়বদুসু খোম্বগী পুক্লিংদা ফাওবকখি। অদুবু চংশিন্দুনা তাকবগী খুদোংচাবদি লৌবা ঙমখিদে।

সাহিত্য অমসুং ফিলোসোফিগী লেসন কয়া মথং মথং তমথবক্লবা খোম্বনা খংখি মদুদি মীওযবগী মবক্তা মওংচুম্না ৱাবী শাবা হায়বসিদগী অফবা ৱাখল্লোন কযাসু পোক্লকপনি। লৈপুংফম্বদা খুনগী বিচাব লোইবা, ফুঙ্গা মনাক্তা মৈ তীকপদগী ফুঙ্গাৱাবীগী চাওববা পুকৈ শেমগৎখিবা, ফম্মিন্নবগা ঙাংনবদগী অফবা কয়া ওইবকই হায়বসি খোম্বদা চপচানা ফাওবকখি। ৱাখল খনবা পামজবা খোম্বনা নিংশিংলকই মানা অঙাং ওইবিঙৈদা কার্লমাক্সকী পুন্সি ৱাবী পাবদা থেংনখিবা পবেং অমখক- ‘‘মীওয়বা হায়বসে আইডিয়া চাদুনা হিংবা জীবনি’’। থিওবিবু চুল্লবদি প্রেক্টিকেলসু পংশোয় শোয়ববোয় হায়বসে মহাক্লা বিজ্ঞান তমলুবদগী খংদুনা লৈজববা ৱাখল্লোননি।

খোম্বনা মহিমালয়গী মবমদা হকথেংননা অমসুং নাকোয়ননা হংখিবা মতৎ মতৎ ৱাহং কয়াগী পাওখুম ওইনা ফংলকখিবদি শিলচব শহবগী থবক্তগী পোথাববা লৌশিং চাওবা কয়ানা মহিমালয়দা মতম লেনফম ওই, ৱাখলগী লিখুন

থিবা ইন্টালেকচুয়েল কয়ানসু মহিমালয়দা খোংদাবকই, তাজিনদা মাক্সিষ্টশিংনা ব্রাতানফম ওইবন্বদগী অতৈ হীবম কয়াগীসু ৱাবী শাফম ওইবকখিবনি, মহিমালয়দগী হৌবকপা আইডিয়া কয়ানা মপুংমবৈ ফাবক্তুনা লমদম অসিগী য়াইফ থৌবম কয়াসু পাংথোকখবে, অককনবা কাষ্টোমাব খবদু নত্তনা নুপী অঙাংশিংনা মহিমালয়দা পংচৎ চৎতে, চা স্টোল মপুদুনা মাগী কাস্টোমাব খবদু লৈবাক্কী মন্ত্রী অমদগীসু হেন্না ইকাইখুম্নে, শহবগী ময়োলদা লৈববসু মহিমদি ইলেক্ট্রিককী মৈ থান্দে, য়ুম অদুগী য়ুন্নু অদুনা চা স্টোল মপু অদুবু থোয়দোক হেন্দোক্লা লুনা চান্না নীংজে।

মহিমালয় শিলচব সহবগী লেমজনিঙাইনি। কলিকাতাগী কফি হাউসগুম্বনি। নোংমদি মী হাংবা মতম থোকলুদুনা খোম্বনা দুকান মপুদুগা ৱাবী শান্নবদা মীওযদুনা খুমখি – "চহি ৪০ / ৫০ অসুমনা লেল্লকপনি, মহৌশাগীসে অসুমক কায়দনা লৈজবসনু । অহোংবা পাম্বা ঙসিগী মীওয়বনা খম্বা য়ৌদনা পংতৌ তৌবদগী অমাং-অতা কয়াসু থোকলিবসিনি।" অহল-লমনশিং মথং মথং কাখৎনবকপা উবদা খোম্বা তপ্না তপ্না দুকান্দগী থোকলকখি। মখোযনা নোংমগী মহিমালযদা চৎপগীদমক তাঞ্জা ঙাইদুনা লাংতক্লবগুম খোম্বসু মহিমালয়গী দমক পুক্লিং লাংতকনা ঙাইবা তাখি। তৌইগুম্বসুং খোম্বদি অহল ওইদ্রিবৈগী মবকসিদা ঙাইহাক ফম্মিন্নবা লেপ্তনা থিবি ৱাখলগী চাংলোক্লফম মহিমালয় অমা।

❖❖❖

# অমম্বা লম্বীদো ঙাম্থোরক্লে

নোঙ হাংলিঙেগী চৈবকসিদা ডাক্তাবনা হাযবম্বা অঙাংগী হিদাক হাযবদু লৈরুখিগে হায়দুনা স্কুটাব থৌদোবকপদগী কংলৈপাক ট্রেভ্লেস্‌কী কাউন্টাবদা তিল্লিবা মীযাম উবদা স্কুটাব মমায় খংলৈ লৈশিনখি । কাউন্টাবদা ফম্বা ব্রোজেন ফুটপাঠতা লেপ্লদুনা হাকাম চল্লি ।

— কবিনো ঙসিদি কাউন্টাবদা মী য়াম্না তিল্লি । ব্রোজেননা তন্দে মান্দে খুমলকই

— মার্কেট ডাউননি । জিবি লম্বীদা নহান্দগী গাডী চেন্দ্রে।

— ও ইম্ফাল চৎকদবা পেসেঞ্জাবশিং —

ব্রোজেননা অমুক মখা শমথবকই — "সিকিউবিটিগী ঙাংনবিবনি হৌজিকফাওবা অবেপ্পা খংবা ঙমদ্রি।"

ঐ ভাব খংতা তাবকই, তৌবিবসে চীংগী লালহৌবশিংগী কুম্মৈনি। লৈবাক লমজাও ৩৯ দগী হেন্দোক্তুনা ৫৩ দসু কন্না যেৎলবনি ।

পেসেঞ্জাবশিংগী মবক্তা মীতৈনা মশিং যাম্লবসু মী মখল কযামবোম উই । কনানা চেয়াবদা কনানা লাগেইজ মথক্তা খবনা পাক্কা মথক্তা নুপী অঙাং কযাগী কায়ববা শক্তমনি । মযুমমকৈ নুংশিজববা অমবোমদনা তঙাইফদবা থবক্কী লিচিংনী পুম্নবা পেসেঞ্জাবশিংদো গাডী থাবগনি হেক হায়বদা চোংখৎলগে মতাগুম শেমশাদুনা লাংতক্লবি ।

মখোয়রোমদসু অতম্লনা য়েংদুনা লৈবদো নুঙাইজদবদগী কা মতপ অমা লৈদুনা শাইবি । তশেংবমকতি মনিপুবগী ঈবাং অমদি লম্বীদা ফংলিবা অযেৎ-অপনগী মবমদা বাবী খবা কুপ্পা শানিংদবদি নত্তে । অদুবু খম্থুকবগা মণি পোকপী মণিপুব ইমাগী পীবুকনুংদা শাবিবা মৈশাসিনা অবাপ্পদা লৈবা ঐগী হকচাং ফাওবা

শাগৎলক্কুনা খাংবা ঙমদ্রে ।অদুনা থোক্লগে হায়দুনা স্কুটাবগী কিক হেক কাওবকপদা উমাকান্ত ফন চোংখৎলক্কুনা তুংদা নপ্লে।

— হে কদাই য়ৌদৌবিবনো ?

— তা মধুনা চৎপা মফমদুদা চৎলগা লোইবে ।

— কিবেদা নখোয়গী পাউখুম মতাসে হায়বগা ঐ অদুম লেপ্তনা থৌই । উমাসু তুংদগী মানা থোকপা পংঙাং ঙাংলকই ।

মী হাংবা নাকন য়েংদুনা পানা-কোতাং কামথোক্কে হাযদুনা খবা তপথে। উমাগী তুমথোবকলিবা মখু অশাংবদুদা কোতাং চোংদনাবা মায লৈথোক্কুনা অমুক্তং শাংনা কাম্বদা স্কুটাব মমায নোমই। বেলেন্স চুম্বা ঙমদে ।স'ইড ওন্ননা লাকপী মমা মচা অমদা থেংজিনগদবা শন্নাদা নানথোকই । ব্রেক খ:ফা ফাই ।

পোৎযোম অমা যাল্লদুনা নিপা মচা পুংকক চাওবা অমসু লোযনবি। মতৌ মওংদুদা মণিপুবগী হেক্তা মাল্লি ।ঐনা খঞ্জানবিঙে মক্তা মহাকনা হংলকই —

— ইবুঙোহোয় জিবি লম্বীদা গাডী চৎপগী পাও খংবিববা ?

— ইচে মণিপুবগীনিকো

— তুংদগী উমানা হংলকই ।

— মানি থৌবালগীনি ।য়ুমদগী থোক্লকপা ফনদি কুইবে ।গা'ডী থাদবসিনা শিলচবদা পন্দুনা লৈরে,ইচনিপাসিমসু যাওবি।

উমানা শমথবকই কংলৈপাক্কী টিকেট পিফমদা চৎপিযু, মখোয় ইম্ফালদা ফোন তৌদুনা পাও লৌবিবনি।

ঐ স্কুটাব থৌগৎলি ।

— ঐ খংঙি নুপীসে । ফিবোল, মোবেগী পোৎ - চৈ পুদুনা হেক হেক লাকপনি।

— লৈবদি কদাইদা লৈ

— বংপুবদা হোটেল মচা শিংদুদা লৈবমগনি। শেন্দোং খবা ফংজবদুদি হোটেলগী পিবদা লোইবন্নগনি ।

— ঐনামুক মখা শমথৈ এম এস টি গীবা, মণিপুব ভবনবা অমা শাদুনা মখোয় অসিগুম্বসিগী লৈফম অমত্তং লৈববদি কয়া ফগদবা । নুপী অঙাংশিংগী অসিগুম্বা মতৌ-মওংসে নুঙাইজদে, যেংজনিংদে।

— উমাকান্তনা — মণিপুবগী ৱাসে হাযদুনা কান্নদেদা । সবকাবনা ঙমদ্রে প্রাইভেট কাংবুনসু কবিগুম্বা অমদি তৌবা যাবনি।

— হোযনে, কেপিটেল, জগন্নাথ ট্রেভেল্‌সকীদি লম যান্না লৈখ্রে।

— কান্নদেদা মীৱা ঙাংনদুনা হাযবগা উমা কুমথহৌই ।

অঙাংগী হিদাক লৈববগী তুংদা ঙা -চবা অমত্তং লৈখিগে হাযদুনা বাজাব যৌনবা থৌই । অমোৎপা লম্বীগী মতাইদা কবুই, মীতৈ, কুকি, মাব নুপী কাংলুপ যেঙ্গাং নাপীনচিংবা থাদুনা যোনবদু নোংমা নোংমগী মশিং যামখৎলকলি । মতম অমদা মীতৈনুপী পোৎফম্বীগী মতৌ উবগা ইকাইবা পোক্লবসু হৌজিক্তি পুন্সিগী মীৎযেং পাকথোবকপনবা খংদে কবিমত্তা লুনা খল্লুদ্রে । অদুবু মফমচাদবা খুদোংথিবা মতৌদু উবদদি হেক্তামক থম্মোযদা তিং লাওনা ফাওই ।

হৈনা, উশোয, পান্দুম, কোমব্রেকগুম্বা তগৎ তগৎ তেকপা মযামদুদা শহবগী বাবু-বাবুনিশিংনা ফ্রেসনি, লোকালনি হাযদুনা প্রপ-প্রপ তান্নদুনা লৈবা উবদা নুঙাই । মমলসু খবা কোমতক তৌবনা পোৎশিংসু অদুম ফজবে।

ঐনা মায়গৈ অমদা হৈগ্রু খবা লৈবিঙৈদা লাপতক্লা মীতৈ নুপীগী খোনথোকতা বাংলালোন্দা কন্না কন্না ৱা ঙাংবা তাবকই । ঐসু তিঙক -মাইঙক লৈথোক্লুনা য়েংখিবদা ময়াং নিপা অমনা হৈনা মপুন অনি-অহুমখক শুপ্পা পাইশিল্লগা নোক্রেম-হাইগ্রেম মমল তৌবগুম উই ।

নুপীদুনা হায়বা মমলদগী খবা যান্না হন্থনা হায়দুনা মনতুনবগা নমদুনা যাহল্লগা লৌগদবগী মওং মাল্লি। নুপীদুনা ওইতোনা (যাবোই) হাযবদু তোযনা তাই ।

হষ্টবা লৈত্রগদি ঐসু ঐগীসে লোইথোক্লগা হায়ফেত্তং চংশিন্দুনা য়েংগে খল্লিঙেদা কদোমদগীনো বোংমৈগী লৈবক্তুদগী চহী তবাহমদোই / তরা মরি শুবা নিপা মচা অমা হাফ সার্ট ফুবিৎ অদু মথবাক থাদোক্লদুনা লাকপদগী মতৌদুদা চপ লেপ্পী । নিপাদুগী মখুত্তা পাইবিবা হৈনাদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা থো থো (থম্মু) হাযনা হায়বকই । নিপাদুনা হৈনাদু হেক থম্বগা নিপা মচাদুনা মাঙোন্দগী হেন্না ঋংলবা নিপাদুগী মনাতোন শুমাং মনাক্তা মাগী খুতুম অদু থমগে থমগে মওংদা পুশিল্লগা খানা যেংলম্লগা ফুটপাঠতা ফুবিৎকী বোতাম থাদোক্লগা "য়ানম সমঝা কবো , য়ানম সমঝা কবো " হায়দুনা ঈশৈ ঙংলে - ঙংলদুনা চৎখি । নিপাদুসু মফমদুদগী মাংখি।

বাজাবদগী স্কুটাব থৌদুনা লাকপদা নিপামচাদুগী মতৌদু নিংশিংলগা ইতোম নোকচৈ । ঋাহং খবসু ফাওবকই । থোঙ্গান্দা চাওবা হায়বদুরা ,মীবু মীনা থৌশাদবা থৌওইদবা য়াবোই হায়বদুবা, অওইবা অমদি ওইবে, নুংশি চান্নগী লিপুন ওইবমগনি হায়বদসু কাইদে।

অমুকসু কংলৈপাক্কী কাউন্টাব য়ৌবকপদা য়েংদবা য়াদবগুম য়েংথোক্লুই । পেসেঞ্জাবশিং মবাং মবাং তিল্লি । নুমিদাং পুং তবেৎমখায়গী ইম্ফালগী পাওদা হায়বকই ।

— হযেংদগী শিলচব জিবি লম্বী নেশন্যাল লম্বী ৫৩ দা মহৌশাগুম গাডী চেল্লগনি । মতীকচাবা সিকিউবিটি কাংলুপ শাগোন্ননা থানংগীদমক ঙসি এসেম্বলীদা কুপ্পা খন্নবগা অকন্বা ঋাবেপ লৌখ্রে ।

পাও অসি তাবদা ঐগী পুক্লিং নে-লাওই । কংলৈপাক্কী কাউন্টাবদদি ঙসোইনা পাও ফংলম্লগনি । অহিং অমমম্না লোযদাম থাবুম অমগুম শাঙলবা, হিপফম চাফম খংদনা গাডী থাবা ঙাইবিবা কাংবুদু খাংবগী খাংবা ঙসি অহিং অসিমত্তংগা খাংলসনু হাযনা খল্লকই। হযেংগী নুমিত্তা অপন্বা লৈতনা মখোয় মখোয়গী পনথুং য়ৌবা ঙমজবা হায়দুনা ঈশ্ববদা নিজখি।

---

# ঈশিংগী ঈমায়দি চপমান্নে

জুলাই থাগী ঈশিং ঈচাওনি । শহব খুঙ্গং খাক্তনা চাওবকপনি। লম্বী থোঙ অয়াম্বা লুপশিনখ্রে। অবাপ্পদা অনকপদা চেল্লম্বা অচৌবা অপিকপা গাডীশিং চেনখিদ্রে। মহি মহি মফিমবোল চোৎলি চোৎলি তৌবা নত্রগা কৌবপ কৌবপ শেৎলদুনা কাতুক কাবন চৎনবি। খবগী মাযথোঙদি ফিংগৎলি। খবনা নোকমী তৌই। ফিংগৎলিবশিংদু য়ুম থুন্নবশিংনি। অদুগা নোকলিবশিংদুনা য়ুম থুমদবা কুম্মৈ য়েংবা কাংবুনি।

লোয়ুম্বা মহৌশাগুম ফ্লাইওভাবগী বেলিংদা ঙাবদুনা নুমিদাংৱাইবমগী ঈংলবা মালংদা পোত্থাবি। ফ্লাইওভাবগী নাকল অনিমক্তা ঈশিংনা খুদুম চনশিল্লকলি। ঈচাওগী ঈবাংদা ঙাওববা মীনা চিবোন চিবোন লাংলি। মহৌশা নুমিদাং ৱাইবমগী বস তোংগদবগী চিবোন চিবোন তিল্লম্বা মীশকশিংদু নত্তে। অথেংবদা শহবদগী খুঙ্গং তম্না পাংখিবা গাডীগী মথক্তা চবুন চবুন ফম্বা থৌমীশিং থোঙবা অদু তৎকদবা মতাগুম কৃক কৃক ইন্নবা তোংলম্বা পেসেঞ্জাবশিংগী মতৌ উবা ফংদ্রে। লোয়ুম্বা মদোম খল্লকই–

মখোয়শিংদু মতম খবনিদি শুভম চৎফম লৈববোই। শুভম লৈত্রবনিনা অশুমনসু ফংলবোই। কবি কবম্না চাবি থকলিবা মখোযশিংদুবু। ৱাখল অদু শৎ লংশেকখি – লাইববগী মবাইবকপু খল্লদুনা কোকশাবা হৌনদে। মানা মানা থোকপা অমা তৌদুনা হিংজবমগনি।

অমম্বনা লৌবুক লমহাংপুম্বা খুদুম চনশ্নবসু শহবগী লমজাও অমদি লৈবকশিংদা ইলেকট্রিককী মৈঙালনা থৌনা পীবিবি। তৌইগুম্বসু ঈশিং ঈচাওগী ঈংনা তপ্না ফুবকপা চৈফু চৈনা পাল্লবা মীযামদি যাচংলকপগা উচেক্লা মকোন্দা হনজিনবগুম চংনখি। ইবং লংবা শহব ইঙন ঙন্না ইচিক চিকথবকই। অচিকপা লম্বীদা অসুম লাকপদা বিক্লাদা মপোৎ মচৈ হাপ্লদুনা চৎপা মীওয়শিংসু উবকই। থুম্লোইদবা হৃছখিগদ্রা হায়না খাংলম্বদগী খোংফম অমা চাবক্তদুনা ময়ুম

থাদোক্লকপনি। লৈবক্কী খোংলম অমসুং ইংখোল কয়াদা ঈশিংনা মৌখৎলকপা উই। লোয়ুম্বা থকচানৈ।

ময়ুম হেক চংলকপদা টেলিফোন বিং তৌবগী মখোল তাই। কনাগীবু ওইবিগবা হাযদুনা খোঙথাং থুনা থাংজিল্লকই। লোয়ুম্বগী নুপী ফজতোম্বীনা টেলিফোন থাংগৎলগা ওঃ মহাক লাকলে ঙাইহাক্তং পাইবিয়ু হায়বগা লোয়ুম্বদা ঈঙ্গিৎ তৌবকই। লোয়ুম্বনা টেলিফোন পাইবগা হেলো হা ঈশিংদি হেনগৎলক্লিবনিনা কদাইফাওবা হেনগৎলক্কদবা কনানা হাযবা ঙমগনি।

—চাননবা পোৎচৈ

ও, খববুদি থৌবাং তৌদুনা লৈ।

পংযাম যামদেদা— চেং কেজি কুন, হবাই কেজি মঙা মখল মখলগী, কেবোসিন লিটব মঙা, গেস সিলিন্দাব অমা, চেম্পাক মুবি, অদুদগী পাপোব, অঙাংগী বিস্কুট, বাটাব, জেলী, আচাব, শঙ্গোম চিনি, থাও-থুম, কবি হায়কনি নুমিৎ তব্যানি থাখায় মঙায়দনা।

—নঙগীদি

চেঙ কুইন্টেল অমা, হবাই কেজি তবা, আলু কেজি তবা .. ভাব তাবে ভাব তাবে ফ্লাড কিবসে নঙতমক ঙাইবমাল্লে।

শহবসিদদি ব্রাৎলগসু অসুম লৌফম লৈবনি। খুল লৈগীসু অমুক্তং খল্লুদনা ...।

খল্লুদুনা কৈদৌনি হায়বি। ঐদি ঙসাইদগী মখোযগী খল্লিবনি। ... হোযনে মতেং তৌববুদি ঙমদে। অদু ওইববসু খন্দবদি শুকঙম ঙমদে। . . ফবে ফবে থল্লগে।

লোইবকপদা ফজতোম্বীনা ঐসু ঙসাইদগী খল্লমলিবনি অব্দুব বহিম হোয়দে হুমনি শুবে থবক শুবা লাক্তবা। লোয়ুম্বসু মখোযগী মবমদা খল্লমলিবনি হায়না শোল্লাংনা খুমই। বেডিওগী পাওদমদা ঈশিংগী লেভেল তত্তনা পীবকপদো ঈশিং ঈমায় হেনগৎলি হায়বি।

নোঙাম্বদা ঈশিং-ঈচাওগী পাওনা পাওচেগী অহাম্বা লামায় থল্লি। ঈশিং

ঈচাওগী অকিবা শক্তমগা কোন্ননা শাইদাংলিবা কাংবুশিংদা বিলিফকী চিঞ্জাক ফংই ফংদে হায়বা অমা, সংস্থা কয়ানা মানা মানা অচা-অথক য়েনবগী পাওদম, শক্তম ফোঙবা, বাজনীতি খুৎপুশিংনা শবকসিদা উংখৎলদুনা মশানা তৌবনা অফবা মীনা তৌবনা ফত্তবা মীয়েংসোমদা থন্নদুনা হায়নিং হায়নিংবা হাযবি অমসুং ফোঙলি।

মবকসিদা পাওচে অমদি লোকেল টিভি চেন্যেলগী মেডিয়াগী বিপোর্টাব নহামচাশিংনা থৌওয়না কোইচেন চেল্লি। ইনিং ইনিংবা মওংদা ইবি। উৎনিংবা মওংদা উৎলি। অদুগা ঈচাওসু অসুম হেনগৎলকই।

পুংশিং খুদিংগী খংহেন খংহেন হেনগৎলকপা ঈচাও উবগা লোযুম্বগী থম্মোয় অসুম পীকশিল্লকই। লাইব-অনং শাইদাংবশিং, অবাপ্পা অনকপা খুঙ্গংগী লৌমীগী খল্লম্বদগী, য়ুমগী মাযগৈ মবিদা ঈশিংনা কোইশিল্লক্লবদা মশাগীতা খল্লকই। হেন্না খল্লিবদি অহল ওইববী মমা অমসুং চহি অহুমতা ঙাইবিবী অঙাংগী খল্লুবদা ব্রাখল লৌশিং মমশিল্লকই। খল্লকই– কদাইদনো চৎকদবসে। ইঞ্চি ১২ বোমতমক ঙাইশিল্লকলে। লেপ্তনা হেনগৎলক্লবদি ঙসি অহিংদি শোযদনা ইমুংদা ঈশিং চংলক্লগনি। স্কুলগুম্বদা কা অমত্তং ফংগদ্রা, মদুসু থাজবকত্রে অহান্বগী কাংবুনা মথং মথং চংশিন্নখিবনিনা কদায়দগীবু অহাংবা কা লৈবমগদগে। শেল খবা তিংলবসু তিংনা হোটেলদা চৎসি হায়ববসু থাজদে। হোটেলদা ফেমিলী কযা চংশিন্দুনা লৈবে হাযবসু নহাননা তাববনি। অসুম খল্লম্বদগী মীৎ কংলা অমত্তা উইশিল্লু হাযবা যাবকত্রদুনা লোযুম্বা মপান থোক্লকই। চৈতেক অমা যুংলম্বদো ঈশিং ইঞ্চি অনীবোম থুমখ্রে। যুমগী প্লিনথ লেভেল যৌগদবা ইঞ্চি ৪বোমতমক ঙাইখ্রে। ''নোঙ ঙানগদবা পংকুই কুইদ্রে। থুম্বা তাববসু হযেং অযুক পুং ১০ /১১গীদুদা থুম্বা যাই। মবকসিদা পোৎচৈ খবা মথক্তা থাংগৎপা নংগনি। ঙাইহাক্তং তুমহৌবনা ফৈ, থবকসে য়াম্না কল্লক্কদবা মাল্লি।''

নোঙ ঙাল্লকপগা ব্রা ব্রা লাওনবকই ... অঙকপনি হন্দক্কী ঈশিংসে। অমুক ফাওবা অসি য়ৌদবনি। ব্রাংখ্রবা যুম্ফমনি।

অহিং তুমদবগী হৌনবী তাববসু তাশিন্নদে। মখোযদি মানা মানা থোকপা ঙাংনবি। ফমুং মথক্তা লেনশিল্লগা লোইবে। য়ুমথক মথক্তসু লৈবা যাগনি। মমানসু তপ্পি তপ্পি খুমই – অসিদগীদি পংহেন হেল্লবোইদা কনাগীদবু কদাইদবু চৎলি

হায়বগে ... ।

তাঞ্জাসিদা টেলিফোন অমসু লাকশিল্লকই। ফজতোম্বীনা খুম্মী।

—ঈশিংদি থুমদ্রি অদু ওইববসু য়াম্না হেঙ্গৎলকই।

—কবি হায়বা, হেলো. . ঐখোয়গীসিদা মওং চাবোই। ঐখোয়ফাওবা কবিনো উপায় তৌগদবসে হায়না খন্নবি।

অয়ুক্কী পাউ লৌই বেডিওদগী

ববাক তুবেলগী ঈশিং ঈমায় লেপখ্রে। নুমিদাং পুং ৬ য়ৌবকপদা ইঞ্চি ৪ বোম তাথবক্কনি।

ৱাখল অসে নে লাওই। হৌগত্তুনা চৈতেক অমা যুংশিল্লি। মদুবু ঈশিংদি হম্থবা লৈতে। থোইনদুম হেনগৎলকই য়াম্না তপ্না তপ্না । ঈশিং হেনগৎলকপা উবদা ইমুংগী মীযামপুম্বা ... ... ঐখোয়বু লম্বেল অমদি য়েংসিদা। মখোযনা হায়বিবদো তাবগসু থোইনা সিবিয়াস ওইনা লৌদে লোয়ুম্বদো .. ঙাইহাক্তং য়েংখিসি, ঈশিং শোযদনা হম্থবক্কনি। তুবেলগী ঈশিং হেনগৎপা লেপথ্রবসু ফিবানগী মথক্তা চেল্লিবা ঈশিংনা মীচং মীখায় নাইদনা অকুৎপা অনেম্বা মফম থিবদুনা চেনশিল্লি। মচিন তুম্বদগী তুম্বা ঈশিং মান্নবদগী মান্নবা ঈশিংনি। নুমিৎয়ুংবগী অদুৱাইদদি ঈশিংসে চপচানা লেপখ্রে।

যুমগী প্লিন্টতগী ইঞ্চি অমখক্তনি তাবিবা। য়ুমগী অকোয়বসে ঈপাকনি। ঈপাক ঈয়াইদা লৈবা জহাজ মচা অমগুম্না মখোয়গী শঙ্গায়সে লেপলি। নুমিদাং ৱাইবম ঙাংঙ্গানবা নুমিৎকী মঙালনা থকতোবকপদা ঙাংশং ঙাংই। তাঞ্জাসিদা লোয়ুম্না ঈশিংগী ঈমায় য়েংবদা চৈতেক অদুদগী খজিক হম্থবা উই। পুক্লিংদা মীপাইজবম্দু হম্থি। ঈশিংসে মমায় লৈবে, হেনগৎলক্লবোই হায়বগা অমুক্তং য়েংথোবকপদা খা নোংচুপ মায়গৈদগী গ্রং গ্রং লাওনা খোঙলকই। অবাপ্পদা কুফেৎ কাফেৎ কাপ্পা উই।

.. কৃষ্ণ কৃষ্ণ অহিংসিদা হৈথবক্লবদি ইঞ্চি অমা অনিসিদি ইবায় লায়না হেনগৎলক্কনি। অদু ওইববদি কমদৌনি।

হৌখিবা অহিংদগী ঙসিগী অহিংসিনা অমুক হেন্না থবায় লুমদ্রবা অহিংনি। থম্লাদা পকপা কোঙ্গোলগুম খজিক্তুংদা পন্দুনা লৈবনি। নুমিদাং পংথেং থেংদ্রি পুং ৭ /৮ তাবকপগীদুদা ফ্লাই ওভাবগী সোমদা ওইনা তৌই। পংলাওতা লাওনৈ। পোপ পাপ মখোলনা ফুন-চৈনবগী মওং মানহল্লি। য়ুমগী মাঙ্গোন্দগী হেন্না কুমথবা ঙমদে। খংনিংলবসু খংবা ঙমদ্রে, ঈশিংনা লংলে। লমজাও মনাক নকপা তরুনবাবুগীদা ফোন তৌই। বিলিফকী চেংচাক খৈদোবকপদগী ফানদুনা ফুন চৈনবনি হায়না খংবা ঙমখি।

—হবে হবে চানিঙাই লৈনদ্রদুনা শুভম চৎফম খংদদুনা উংদুনা লৈবিবাশিংগীদমক খবদং য়েনবসিদা হুগদবগী ব্রাখল পুখলসে। তৌবিবশিংদুদি অলৈবা ঙাক্ত ওইবমগনি। মতিকচাবা চৈবাক ফংলবদি ওহোক্লা নুঙাইব্রগনি।

নোঙ মবিক মবিক তাবি। ঈশিংগী ঈমায খবা হুম্বকপদা নুঙাইবম্বা লোয়ুম্বগী মায়থোঙ ইমক মকশিল্লি। নোঙসে পংহেন হেল্লক্কদববি মান্দে। মপুনা তম্বা অমা লাক্কনি। তুমখুন তানখি অহিংদো।

অহিং নোংয়াইদা মমাঙগী লৈবক্তুদা ব্রা ব্রা লাওনবকই নুপী অঙাং কপ্প বগী মখোলসু তাবকই। টোর্চকা টোর্চকা অমবোমদগী অমবোমদা কাবন তুবন কাপ্পসু হায়ফেৎ উই।

য়ুমথক্তা কাখৎলগা য়ুমলোন্নবা নীলমণি, বাজু হোয়গসু লাপ্লপ তৌনা হংনৈ। খঙদেনে হুবানবা চংবসু মাল্লি। অদুগা কপ্পবিবসিনদি অশি-অনা য়াওবববা খঙদে। উপায় লৈতে হয়েং খংবা হায়বদুনি। ঙাংনা ঙাংনা লোয়ুম্বা কুমথবক্তুনা ঈশিংগী লেভেল য়েংই, ঈশিং খবদি হুছে মপুক্লিংদা শোল্লি খবা হেন্না কংগদবনি, নোঙ মবিক মবিকসে নৎলমদ্রবদি।

লোয়ুম্বা মপান থোক্তবা নুমিৎ হুমনি শুবে। ঈশিং খজিক কংথবক্রবনিনা ঙাইহাক্তুং লমজাওবোমদা কোইথোক্লুগে হায়না খল্লি। অয়ুকী চা থক্লিঙৈদা থোঙ্গান্দা হি অমা থৌজিল্লকপা উই।

বাবু বাবু হায়বদুনা গেইটতা টেক টেক তৌই। অব্দুব বহিম . . . . কবি তৌবে... ...

গেইট অমুক্তং হাংদোকপিয়ু। য়াম্না জক্বী থবক্কীনি। অসুক কুইবা ঈশিং কুমথবমদবা লোয়ুন্বা চাবি শো চবুন পাইবদুনা হাফপেন্ট অমা শেৎলদুনা ফন কুমথখি। খুকউদগী কন্তক লৈ। গেইট হাংদোকপগা বহিম চংমিন্নবকই। ব্রাবীসু শাবকই ... ...

বাবু ইচানুপীসে নুমিৎহুমনি শুবে অকম হৌবিবা চাক কা অমত্তা চাদ্রে। যুম কৈ ঈশিংনা থুমখ্রে। খুঙ্গংগী অবস্থা যাম্না ফৎত্রে। শেলসু লৈতে। মমা মচাসে পুদুনা লাকুবনি। মেডিকেলদা চৎকে।

লোয়ুন্বা —ঙবাংনা পুবকপা য়াদ্রা ... ।

ফবক্কদ্রা খল্লি খল্লিঙৈদা হেঞ্জিল্লকপনি। শেল লৈতবনিনা বাংগী আশাদা লাকপনি।

লোয়ুন্বা চংখি। লুপা ৫০০ খক পি। অব্দুব বহিম মবাইবক্তা শেলদু কৎলগা লৌশিল্লগা মুন্না য়েংলকই।

য়াবদ্রা?

য়াবগদি ২০০তংগা হাপ্লিয়ু। হিগী মমলসু যাম্মী। চনীদু পীববদা যাবনি। চৎকে তৌই।

বহিম যেংউসে ইঞ্চি অমতমক ঙাইকুবে। যাম্না থব্লাই ব্রাকুববনি ঙবাং নহান্দো।

বহিমনা ঈশিংদগী মমায লৈথোবক্লগা বাবু ঐদি হাযখিবনি... ব্রাববসু ব্রানা ধালাইসে হৈবিঙৈদা অনি হৈহৌসি।

নঙগী ব্রাদো ঐ হন্দক্তা খংলি, হৈবল্লগদি মখাদা থুন্নবসু মথক্তগী কাখৎলগা কবিমত্তা চীংনদনা লেনবা য়াবমগদবনি।

হোয় বাবু, ফ্লাড লোইবগা তৌবা হায়বদুনি। বহিম হিদা তোংখৎখি। লোয়ুম্বাহোয়গী ইমুংগী মী পুম্বনা মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা য়েংহৌই। মপুক্লিংদা খল্লি ... নুপীমচাদু ফদুনা ময়ুমদা হনখিবা ওইসনু।

কাযনবগী সিনদো লোইখিবগা অহল ওইববী মমানা হায়বকই, চুম্মিনে

মথক্কী ধালাই অসিতংগা তৌবল্লবদি ফক্লাং খাদ্রবা ফাওবদসু অমা অমানা খাজিনদুনা লেনবা যাবমগদবনি।

ইমানা নত্রাও কন্না হায়খিবদো— অমুক্তা অনি হৈবা হৌনদে। যাম্না ৱাগনি নীংশিংলিব্রাও।

তশেংবমক্তি ঐঙোন্দসু অখং-অহে কযানসু হাযবিবকই— মথোন অনিগী ফাউন্দেশন ওইববদি অমুক্তংদা অনিমক্কী ধালাই তৌননবা হোৎনগদবনি। উ-ৱা ফকনচিংবা অতৈ অতৈ মায়গৈদগী কান্নবা কযামবোম লাক্কনি। নোঙ-নুংশিৎকী ঙাকথোকপসু হেনগনি। অদুগা ঈশিং চংবা যাবা অকুৎপা লমদমদদি তঙাইফদনা তৌগদবনি।

মখোযগী পাওতাক তাঙৈদগী খঞ্জানদুনা লৈবকপনি। হন্দক্তি যঙলাওনা খুদম ফংলে। উচিন নাচিন্না লাইগী নোংদমদগী হিংহৌবনি। মথংদা অসিদগী হেন্না চাউবা ঈচাউ লাক্লোই হাযবা যাদে।

ফজতোন্বীসু ইমুংদগী থোক্লকলগা ফবেনে ঐখোযবুদি ৱাববসু ৱানা স্লেব হৈবগেনে। লৈতবশিংগীদি কমদৌনি। হিংবগীদমক অসিগুম্বা খুদোংথিবসিদগী ঙাকথোককে খল্লবদি মাযগৈ সোমদা পুক্লিং চংশিনবা তাবনি।

নিপামচা অদুনসু অসুম যেংলগা— পাপা মথক্তা ওইববদি হি তোংবা হুবাম্বনা চংবসু ঙমলোই।

হোযনে ঙবাং হি তোংদুনা লাকপা হুবাম্বশিংদো চংবা ঙমলোই। মযাম নোক্ল নোক্লদুনা ইমুংদা চংখি।

❖❖❖

# মরূপ মশেল উন্নবদা

সমব —নুংশিৎসিদি ওঙ্খোল্লা নুঙাইখ্রেদা

চীংথং —নঙ অমুকফাওবা মফমসিদা হৎচিক লাংদ্রিববা

সমব —চৎথোক চৎশিন্দা উই। তৌবতবু ঐসু মফমসিদা ঙাইহাক্তুং নুঙাইথোককে হায়বগী ব্রাখল পোকখিদে।

( সমব অমসুং চীংথংখোম্বা মরূপ অনী চৎনা চৎনা ব্রাবী শাবম্বদগী পার্ককী ফানশাঙ অদুদা ফম্মিন্নে)

চীংথং —মরূপ ঐগী খ্বাইদগী হেন্বা অপাম্বদি অশেংবা নুংশিৎকী ঈপোমাদা, ঈংলবা মায়থোংনা মোমোন নোকচবনি।

সমব —ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বানগী ফজবা খিবিকসিগী মহাও লৌবা ঙমদ্রি।

চীংথং —কবিগীনো মদুদি

সমব —লোয়ননবা মরূপ অমসুং ব্রাখল লৈতবনা

চীংথং —গুব্রাহাটীদা লৈবকপা কযাদি কুইবে

সমব —চহী অহুমবু শুবক্কদৌবে। মী ফন্না যাম্না তীন্নবে, ফমিন্ন-চামিন্নবে অদুবু..

চীংথং —অদুবু নুমিদাংব্রাইবম কোইমিন্ননবা মী লৈতে। নিপা নত্রবসু নুপীগা ওইববসু পংকাই কাইদে।

সমব —নঙদি কনাগা কোইমিন্নে

চীংথং —ঐসু মীগা তিন্নদ্রবনি, তিন্নদবগা চপমান্নে।

সমব —অদুদি নঙ অবোনববা

চীংথং —ভাই অবোম্বামক্তি নত্তে, ফোঙনা চৎলিবসিনি। অদুনবু নঙ ঐ শহবগী মীয়ামবক্তা উন্নবা ঙমলিবসিনি।

সমব —ঐ নগুগী মবমদা য়াম্না খল্লি। থবক মচা অমত্তং ফংনবগী হোৎনবদা তাইবংগী মবিমতা মব্দপ-মপাংশিংদগী লাপথোক্লা লৈখি। হৌজিক্তি থবকসিমা ফংবনিনা ময়ামগা মায়োক্লবা গুল্লগনি।

চীংথং —কবি থবকনো, কবম্না ফংবনো খংবা য়াগদ্রা

সমব —ঐগী ব্রাফমবু নগুনা খংবদা কবিগী অপনবা ওইগদগে। ব্রহ্মপুত্র বোর্ডতা জুনিয়ব ইঞ্জিনিয়াব ওইনা চংবনি। ইচম চম্না ইন্টাবভিয়ু থাবগা পথাপকী মতুংইন্না চংবনি।

চীংথং —ভাই ঐ কবি তৌবি হায়বসি নগু শোয়দনা খংনিংলমগনি। নত্রা? অদুবু খংবদি য়াববোই।

সমব —ফবে অদুদি ঐ অমুক মখাতানা হংলবোই। অদুবু ব্রাহং অমদি হংনিংই .. ঐখোয় হৌজিক কদাই য়ৌবে?

চীংথং —হৌজিক নগু ঐ সংসাবগী শান্নবুংদা চংশিল্লবনি।

নহানমখৈদি চৈবাক যাওদনা পংশান শান্নবম্বনি। হৌজিক্তি লান্না শান্নবা যাববোই। বেফাবীনা হুইশেল খোংজিল্লক্কনি। ভাবোকশিংনা লাওশিল্লক্কনি।

সমব —চুম্মি, ঐগী খোঙ খুৎসে পুনশিনবগুম তৌই। কবিগুম্না অমত্তংদা চৎকে চোংগে খল্লকপদা ঐগী সার্ভিসতা হেম্পাব ওইব্রা? খল্লি মওল মওল। থাগী লেপ্তনা তলব লৌবগা সবকাবগী দমক্তা থবক খবদং হৈনা মপুংফানা তৌদ্রগদি ...।

চীংথং —অতৈসু লৈবি। ইমা ইপাগী পুক্লিং পেন্ননবা শেল থাবা, পুম্নিগী লোয়নবী অমা, সংসাব পুম্নমকসি সমব নঙোন্দা হকথেংননা পাল্লবা- নত্রা ...।

সমব —য়ুমদা শেল থাবদি পুক্লিংগী মখা পোল্লে। মদু শোয়দনবা হোৎনবি। শেল খবা তুংশিল্লগা সিটিদা ফ্লেট অমতং লৌননবা হোৎনসিবা হায়নসু খল্লিবনি।

চীংথং —সমব নঙ অদুক থুনা নয়ুম থাদোকপগী ৱাখল খল্লিবা কবিগীনো? নখোয়গী পাকচাওববা লৌ-ঈখোল ঈংতপ্লবা খুঙ্গংদুবু মীবাইবিবা কবিগীনো।

সমব —চীংথং নঙনা হাযবিবদু খবমখৈদি চুন্নবসু সহবগী পুন্সি নত্রগদি মথংগী জেনাবেশন শেমগৎপা ৱাগনি।

চীংথং —নঙগী তালোয অমা থিবগা মাগী অপাম্বা অমা লাকখিনি। মাগী খুদোংচাবা চাদবা হায়বা অমসু খন্নবকখিনি। মতমদুদা লেপ্পনা ফগনি।

সমব —অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু ঐ শহবদা লৈগে খল্লি।

চীংথং —আববানাইজেশন হাযবসিসু পোল্যুশন হেনগৎপগী মরম অমনি। শহবগী মীযামসে শাবং মনুংদা লৈবনি। অদুনা লৈবা নুংাইবকত্রদুনা পিকনিক চাব, এক্সকার্শন চৎপা, হিল স্টেশনদা কোইথোকদগী কন্না লাক্লবিবনি। পুকচাককী লিপুননা পুনখিবদগী পাইনিংলবসু পাইবা ঙমদ্রবা উচেককুম্না খাংলিবসিনি।

সমব —নঙনা হায়বিবদো ঐসু উবিবনি। ইশাগী লৈফম চাফম অমা তংতানা লৈত্রগদি লাইফকী চার্ম য়াওদবগুম তৌই।

চীংথং —অদুগা গুৱাহাটীদগী ট্রান্সফাব ওইববদি . . ...

সমব —খংঙেনে, খংলবসু মী খ্বাইনা তৌই হাযদুনা ঐসু খনবনি। যেংঙুসে হৌখিবা শজিবুগী বিহুগী ছুটিদা ঐখোয়গী মরূপ নীলকুমাব . খংইদনা

চীংথং —যেংখোমগীদো ... নুঙাইখ্রবা মীনি।

সমবনা মখা তাথে—

নোংমা বাজাবদগী হল্লকপদা ফ্লেটকী ৱাফমসে হৌদোক্লবদা মহাক মপুকনীং নুংশিখি। মখোয়তমক ঙাইবে খুল শংদুনা লৈবিবা, খুঙ্গং থাদোক্লুনা চৎখিবা খুদিংমক খুলদা হঞ্জিল্লকতে। খববু ফববদি শহবদা চৎখি। লফোই খামেন ফাওবা ফজবশিংদুদি শহবোমদা কাখৎখি।

চীংথং —য়াবে, নঙ খংনা খংনা চথবকপনি। অদুবু নঙগী মংলানগী ফ্লেটতা

**লৈমিন্নগদবা মবেম্মা অমদি শোযদ্রবনি। হৌজিক্তগী খংলব্রা .।**

সমব — **গার্ল ফ্রেন্দ লৈতে। অহলশিংনা হোৎনবদো যাগনি।**

চীংথং — **নঙ লৈবাকমচানি। নুপীমচা অমত্তগা মবি লৈনদে।**

সমব — **লৈবম্মী, মতম খবা টিউশন তৌবদগী নুপীমচা অমগা খংহৌদনা য়োৎচবীগুম চিংশিন্নখি। অদুদগী মহী মহী যেক থোকনৈ, মফমচাদে হাযনবকপদগী ইশানা খংনা লাপথোক্লবা হোৎনখি। মসিমঙাই স্পোট তাখিবা।**

চীংথং — যেক থোকপসিবু লৌন-লৈনবা শুংযা যাদ্রা?

সমব — এক্সিডেন্টেলী লৌনবা যাওই। সমাজনদি যাদে।

মতমসিদা চীংথংনা খুবিৎখাওদগী হিদাকমনা পেকেট পুথোবক্তুনা উম্মি, সমবসু মখুৎ তিংথোবক্তুনা লৌই

*নঙ হিদাকমনা উম্বাসে কদাইদগী হৈনবকপনো*

সমব — অফিসসিদা চাদবা মীবু লৈতে। ওই যেৎ খুদিংমক্তা নুংতিগী চাবকপনিনা মবক্তা লৈবা ঐসু চা কাপ অমা থক্লগা চাব হৌবদগী অসুম হৈনখ্রে।

চীংথং — মবক মবক্তা শেল খবা ফংবদুনা পেল্লদুনা ইমানা ঐবু উদ্রবসু পেল্লমগদ্রা।

সমব — মচা ছুটিদা লাক্লগা শেল যাওবকত্রবদি যাম্না থিনা ঙাংনবা যাওই। মযুমগী মাযা লৈতে হাযনৈ।

চীংথং — ঐগী হকচাংশিসু লূ-তোংনা শাবনিনা কবিগুম্বদা চীংখাযবকই। ঐখোয ইমাগী হকচাংদা কোন্থবল্লগনি, উনশাদুসু খুইজিল্লল্লগনি।

সমব — কবি চোইবোল লোল্লকইবনো চীথং নঙবু। হাযযু নঙ কবি থবক তৌবি, কদাইদা লৈবি। ঐখোযনি মবক মবক্তা উন্নসি।

চীংথং — ঐ গুৱাহাটীদা পংলাক লাকতে সিটি বস শিনগে তৌবদা নঙ উবদগী কুমথবকপনি। অতৈ কনাগুম্বা ওইবল্লবদি উশিন্নদদুনা চৎথ্রগদবনি।

সমব —কদাইদগী তোংলক্লগা কদাইদা কুমগদবা মদুমদি খংহনদ্রে।

চীংথং —খংলক্কনি, ঐসু নিংথিবা যুম অমদা নুপী অঙাং পুন্না লৈনিংঙি।

সমব —নঙবু নুপী থিবববা?

চীংথং —ঐ নুপী থিবে। মসিমদি লোৎলবোই।

কোংগ্রেচুলেশন হায়বগা মখুৎ শোক্লদুনা সমবনা চেৎনা কোনশিল্লি।

সমব —কদাইদগী, কবম্না লৌনবনো

চীংথং —বার্মিস নিঙোলনি।

সমব —কবমতৌনা বার্মিস নিঙোলগা মবিলৈনখিবনো

চীংথং —মহাক ব্রাঙ সান সু চীগী তুংইনবীনি।

সমব —নঙনা হাযজিল্লক্লিবসে কিবু কিবেদা।

চীংথং —কিনিঙাই কবিসু থোকতে, ঙক্লিঙাই কবিসু লৈতে। তিন্নবগা নুংশিনবনি। নুংশিনবগা যুম্বানমিন্নবনি।

সমব —কবি কবম খংন চান্নখিবনো হায়বদুদি . . হাযগনি থাজদে

চীংথং —মদুশিংদু ঙসিদি হাযববোই। মথং অমুক উনবা ফংলবদি হাযগে।

সমব —অঙকপনি পুন্সি। ঐখোয কদাযদগী হৌবকই। হৌজিক্লা কদাইদা ব্রহ্মপুত্র তুবেলগী নুংশিৎসিনা হকচাংসে ইংথবক্লে।

চীংথং —অদুবু ঐদি ইংদ্রি। চীন্দুইন তুবেল নত্রগা নিংথি তুবেলগী মপান্দা ফল্লগনা থম্মোয চাওবনি। অচুম্বদা ঙাওজবনি।

(চীংথংখোম্বনা সমবদা চীংনা য়েংলগা নোকমি তৌবকই)

চীংথং —ইংলেণ্ড আমেবিকাদগীদি মাযানমাবনা খবা হেন্না নকশিনবনি।

সমব —মায়ানমাবদি কলিকাতাদগীসু হেন্না নকই।

চীংথং —যুমলোন কৈবোন্নবগা নুংশিনবা হায়বসি শান্তিগী লম্বীনি। যুমলোন্নবগা য়েনছাং লান্নদুনা চামিন্নৌ হায়নবিবদুনি।

সমব —য়াম্না খংনিংবা অমত্তংদি ... নখোয়নিগী লাইনিং-লাইশোনদি কবিনা ওইবি।

চীংথং —ঐগীদি ধর্ম্ম হায়ববু অশেংবা মী ওইবনি। অচুম্বা অমসুং অশেংবা মী অমা ওইবগী ফম্বাক্তা মতমখিবিক্তা লেপ্পবগীদমক লাইনিং-লাইশোনগী মশাইগোন্দগী ইশাবু থৈদোক্কুনা থম্লবনি।

সমব —অরা-অনা তাবগা, পাম্বৈ লৈত্রগদি ঈশ্বববু নিংশিংদ্রা?

চীংথং —উপায় লৈবকত্রগা লাইগী মতেং নিবা হায়বসিমক মীকিথিনি হায়নৈ। ঐসু য়ানিংদুনা চখবনি।

সমব —য়াম্না অলুবা ফিলোসোফিনি। পুন্সিগী সেইফগার্ডকীদমক লাইদা চংজবনি হায়বসু য়াই। তৌবতবু পার্ফেক্ট এণ্ড ওনেষ্ট হায়বসি মপাঙ্হোংদা যাম্না লাইনিংবা নত্রগা লৈবাক মীয়ামগী সেবা তৌবগা মবিলৈনদবসু য়াই।

চীংথং —নঙ স্টাডি তৌববা মীশকনি। যাম্না লুনা খল্লুবগী দবকাব ওইদে। অদুম পাওচে পাবগা মীগী মতৌ-মওং যেংলগা খংলক্কনি।

সমব —নঙনা হায়গুম্না যাবিবমখৈ শেংনা চৎনবা হোৎনগে। তৌবতবু অমোৎপা মবক্তা হিংবনিনা কয়াগী মতিক লুনা লৈবা ঙমগদবা খংদে। খবদি মোৎশিল্লকপা যাওখিবসু যাই।

চীংথং —ফবে, ঐখোযনা ডিসিশন লৈতবা টোপিক অমদা চৎশিল্লে। মসিদি অসুম চৎল চৎলগা তুংদা খংলক্কনি।

সমব —মতুংদা ঐখোযনি অমুক কদাইদা উন্নগনি।

চীংথং —নিংবু নিংলবদি, নুংবু নুংশিনববদি শোযদনা উন্নগনি। ঙসিগীদি কাযনবসি।

❖❖❖

# চিঠি অমগী পাউখুম

*নুংশিজববা মরূপ,*

পুন্সিদা লাম্মী উইব্ববগীদমক চাওথোকসিবা ইকায়সিবা হাযফম খঙদে। মতম অমদা নঙ ঐ বীবচন্দ্র, হেম্ভোয়, কালামু ফমিন্নদুনা ব্রাবী শান্নবদা ঐনা হেক হেক এন সি সিগী কেডেট অমা ওইনা খোঙ থিল্লদুনা কবম্না সেল্যুট ওক্কনি, সালামী সাস, বাজু সাস তৌবদা নখোযনা নোকফেৎ তৌদুনা ঙক্লা যেংলগা পকচৈ শিনফম অসি ঐঙোন্দা য়াম্না চুনগনি হাযখিবদো ঐদি নিংশিংলি নখোযনা থাগৎখিবদা ইদোমতা হবাওজখিদুনা তুম্বা, হিপ্পা, চাবদা লাম্মীগী খোঙচৎ, লাম্মীগী ফিবেপ, লাম্মীগী ফিজেৎ, লাম্মীগী শাজৎপুম্বা শাগৎলদুনা লাম্মীগী মঙ মঙখি। মঙলানশিংদু মঙফাওনবদুনা ঐ ঙসি ভাবত ইমাগী চাওথোকচনিঙাই ওইববা ঙমখৈ ঙাকপা, যেক্লববু শিংনবা ইমালৈবাক নিংজবা মচা অমা ওইবে।

**—জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গবীযসী—**

ইমালৈবাক হাযবসিদি স্বর্গদগীসু হেল্লি হাযবিবসিনি। ইমালৈবাক্কীদমক কখোকচবগা পুন্সি অসি পূণ্য ওইবে হাযবসিমক খঞ্জবিবনি। লৈবাকসিগীদমক ফননবতনি তৌবিবসু। যেক্লবনা তুবুম নাম শোকতনবা লৈবাক্কী ঙমখৈদা অঈংবা ববফ মথক্তা অহিং নুংথিল কযা চুপ্পা পেত্রোলিং তৌই। কবিগুম্বা মতমদসু নোংমৈ কাপনৈ। শিব-চংবগী খল্লুদে পংকাপতমক কাপনৈ।পুং অমা অনি নত্তদুনা নুমিৎ খবনি লেপ্তনা কাপনবসু যাওখি। লুপা লাখ কযাগী নোংমৈ মরু কাপখিবা খঙদে। মখোযগীনা কযা শিবিবা ঐখোয়গীনা কযা শোক্লি-শিবিবা অসিখক্তদি কুপ্পা থিজিল্লি অমসুং ফোঙদোকই। মসিদসু প্লাস মাইনাস খবা যাওদবদি নত্তে। মদুশিংদু যাম্না যেংশিল্লুবা যাদে। মীযামগী পুক্লং চাওখৎননবনি। তশেংবমক্তি অশিবা নত্রগা অশোকপা হকচাংশিংদু উবগদি কবিনুংগীনো খল্লুদুনা খুৎলাই থাদোক্তুনা চেন্নিংই। খাঙুথক্তা শিবদো পামলক্তে। মসিনা নঙ-ঐগী ব্রাফমনি।

মরূপ ভাবতবর্ষগী লাম্মী অমা ওইবদুনা লৈবাক্কী ঙমখৈ ঙাকপতা নত্তনা

লৈবাক্কী মনুংদা ঈবাংহৌবা য়াওল্লোইশিং কয়াবুসু নমথবদা লাল্মীগী থৌদাং চাওনা লৈ। থৌবম অসিমক্তি পুলিশশিংগীনি। অদুম ওইনমক পুলিশশিংনা ঙমশিল্লক্তবগী মবমনা লাল্মীগী মতেং লৌই। থবক অসিমক্তি খুদোংচাব নত্তে। যাওল্লোযশিংগী মপাঙ্গল থোয়না কনদ্রবসু নাবোন্দা লুমলগা কাপলকপনিনা য়াম্না খুদোংথিনিঙাই ওই। পাঙ্গল থোক্লা শিংনবা ঙমদে। য়াওল্লোযশিংদি সিভিল মীগী মবক্তা তিনখিবসু য়াওই। অদু ওইববদি ঐখোয়গী ওপাবেশন চত্থবদা খুদোং চাদে। সিভিল মীবক্তা থিবা হুম্বদা অশোয় অঙাম য়াওদুনা মীচমদা খজিক খজিক শোক্লুবদা মীযাম অমত্তা ওইখিদুনা ঐখোয়বু য়াম্না হঙ্গোয়না লান্না খনবি। মীযামগী ফননবা হাযদুনা থৱায মাংবা কিদনা হোৎনবগা মীয়ামগী য়েক্লবা ওইবকপসিদনা খ্বাইদগী হেন্না থম্মোয় শোকলিবসে। অদুবু কমদৌনি ভাব তাদবা মখৈ তাদ্রে, ভাব তাব ঐখোযদি খবা খঙ্গনা থবক তৌবা তাই।

মকপ, ঐগী পুন্সিগী অপাম্বা শিনফম ওইনা লাল্মী ওইগে হাযনা খল্লুববসু মী হাৎপতনা ইথৌনি নোংমৈ কাপ্লবতনা ইশিঙ্গানি হাযনদি খনখিদে। অদুমকপু য়েক্লবগা থেংনবা তাববদি নিপাথোক্লা চায়নবমগে হায়না লেপখি। মসিমক্তনা লাল্মী ওইনিংলুবগী তশেংবা মীৎয়েং পান্দমদুদি নৎখিদে। মতমচানা ইশাগী শাজেল, ঈক-মায়থজবা, চাব-থকপা, শুবা-নোম্বা অমসুং লু-হেম্বা খিবিক্কী মবমদা খল্লুবদগী লাল্মী ওইনিংখিবনি। ঐখোয়গা য়ুমথংনবা খুবাতোন নীলকুমাবনা আর্মিদগী ছুটি লাকপা মতমদা মাগী মতৌ য়েংই। য়েংবদা য়াম্না নুঙাই। হকচাং চপ তিংই, মপান্নোম মদ্ধ, খুবোমনচিংবদো লৈকায়গী অতৈ মীওইদগী যাম্না চেকশিনবা হেল্লি। লুবা হেল্লি। হকচাংগী মনম-মহাসু নুংশিখি। অঙাং ওইবিঙৈদদি মসিনা মহেল্লেমাল্লে হায়না খনখি। খবা চাওবক্লগসু আর্মিশিংনা স্মার্ট ওইবদো যেংই। ঙাংবা শকপা ফৈ, লমকোয়বগী ৱাখল-লৌশিং লৈ, দিসিপ্লিন নাইনা চৎলি। খঙ্কুবগা হেক্তমক পামখি।

মকপ, ঐনা ভাবতবর্ষগী লাল্মী অমা ওইক্নবদগী পংথা থাগত্তুনা ইবদি নৎচদে। উকব্বা খবদুদা থম্মোযদা ফাওবক্তুনা ইখিবা ঙাক্তনি। কবম তৌবগা মীয়ামগী অৱা-অনা তাবকপদা মতেং পাংগনি হাযবগী ৱাখল মীযেং চাওনা লৈ। নহাক নশানা উবল্লবসু য়াই মদুদি ঈশিং-ঈচাও থোক্লকপা, কাংলুপ নাইনা খৎনবা,

শীজিন্নবা য়াবা থৌদোক খুদিংদা লান্মী চংশিন্দুনা পাল্লিকী য়াইফনবা হোৎনবি। মসিদবু ঐনা কবম্না লান্মীবু থাগৎলোইসিগে।

তশেংবদি মৰূপ, যুম-কৈ, খুল-লৈকায় মবি-মতা, মৰূপ-মপাংশিংগী খল্লুবদা থবক মফমসিদা লৈনিংদে। চহিগী ছুটি মতম যৌদ্রিমখৈ ময়ামগী শকফম উবগী আশা লৈত্রবনি। মবিমতা খংন-চান্নবগী অশি-অনাগী পাওদি তাবগসু মতেং অমত্তা পাংবা ঙমজদবনা থৱাযসে চাকপা যাওখি। খল্লি নোংমা লান্মীদগী থোক্লকলগা মযামগী মতেং পাংগে। মতম খবনিসিদি লান্মীগী শাযোল লৌদুনা লৈবনি। নোংমদি মীচম ওইবগনি। মতমদুদা খুল-লৈগী মীয়ামগা অমত্তা ওইনা হিংমিন্নগনি।

—লোইজবে—

*--নংগী মৰূপ*

বীবকুমাব সিং

পিল্লিংঙৈদগী হৌনা লুনা তিন্নবকপা মৰূপ অমগী চিঠিনি। য়াংনা হাংদোক্লুনা শান্তিকুমাব পাব হৌই। ৱাখল্লোন খেন্নবগী হৌনবী চিঠি অদু মথক মথক্তা পাবগা থম্মোযনুংদা যৌশিনবা ঙমদে। লাইবিক হৈববা ৱাখল খল্লবা মীওযবগী পম্বাংযৌবল্লবনিনা ৱাখলনা য়ানিংদবা মীশক্তুবু মহৌশাগুম নুংশিবা ঙল্লক্তে। অসুমনা ৱাখল মীযেং খেন্নবকপদগী মৰূপ ওইবন্না কযাগী মবক্তসু লৈনবম্না মবী কাথোকনবকই। মীওযবগী শান্তিগীদমক ঙাওজববা হিউম্যান বাইটসতা লুপচববা অসেম শান্তিকুমাবনা মৰূপ বীবকুমাবগী মথক্তা শাওখিদে। খংদদুনা ইবকপনি খল্লি। অদুমকপু মালেমগী চাওববা মীওযবা কাংলুপ অমা থবকশুদদুনা মপাঙ্গল যোক্লুনা থমলে হাযবদু খংহন্নিংবদগী শাংলবা পাউখুম অমা মৰূপকী মফমদা ইবকই।

পাউখুম

নুংশিথোইববা মৰূপ,

ঙসিগী নহাওইবশিংনা চিঠি ইবা হৈনবকত্রবা মতমসিদা নঙনা মবিকচুন্নবা

চিঠি অমা ইবকপগীদমক হঞ্জিন হঞ্জিননা থাগৎচবি। নঙগী চিঠিগী ৱাবোলশিং পাবগা নঙসে তশেং-তশেংনা ইমালৈবাকপু য়াম্না নুংশিজবা, ইমাগীদমক নশাগী পুন্সি কখোকপা ঙম্নবা অশেংবা লান্মী অমনি হায়না খঙবা ঙমই। নঙগী শেংলবা পুক্নিং, থৌনা লিংজেন অদুগীদমক ঈশ্বরনা চান্নিবা ওইসনু হায়না খঞ্জবি। নঙগী চিঠিগী পাউখুম ইবদা ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা থোকই। মবমদি নঙগী শেংলবা থম্মোয়না য়োৎচবীনা থকতোকপগুম হেক হেক ইনথোকই।

লান্মীগী ডেফিনেসন পিবগে। ইচম চম্না লান্মী হায়বসি লান শোক্লবিবা মীওইশিংদুনি। মালেমসিদা লৈবাক কয়াগী লান্মী মখল কয়া লৈখ্রে। লান্মী পুন্বগী পান্দম থৌদাং মখল অমত্তগীনি। মদুদি খুৎলাই অফ-অফবা পায়বগা মখোয় মশেন কাপ্লবনি। লান্মীশিংনা মীচম, মীথোয়-মীহেন কয়াসু হাৎলি। অদুগা অয়াম্বা মতমদদি লান্মী মশেন হাৎনৈ। লান্মীগী থৌদাংদি লান তৌবনি। মবৈবাক্কী ঙমখৈ ঙাকপদা যুমথংনবা লৈবাক্কী লান্মীগা লান তৌগনি। কবিগুম্বা অবাপ্পা লৈবাক্তা লান পাংবগী দমক্তা চৎলগা লান তৌরুবসু য়াওই। শান্তি থম্নবগীদমক মালেমগী লান্মী ওইবদুনা কাপ্নরুবসু কোঙ্গায অমা য়াওখি। মদুদসু শোকপা শিবা যাওবি। ইবাক, আফগানিস্থানদা হৌজিক হৌজিক অতোপ্পা লৈবাক্কী লান্মীশিং লাক্লুনা শান্তি থমননবা কাপ্লবি। অসিগুম্নবা খুদম কয়া মমাংঙৈদগীসু লৈখ্রে। অমবোমদা হায়বগদি লুচিংবশিংনা খুদোম্বী থিনবা মফমদুদনা চংশিল্লগা মখোযগী তৌফমথোকপদো তৌবনি।

আর্মিদা হায়বা ইনবা হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না মরু ওই। থব্রাই মাংবা যাবা মফমদদি মচা ফাওবদা মপানা হায়বা ইন্দ্রবা, লান্মী নখোযগী দমক্তদি ডিসিপ্লিন হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুওই। ডিসিপ্লিন যাওদ্রবদি লান্মী ওইদে। অদুমকপু হাযবা ইল্লি হায়দুনসু লান্মীগী মশিংদা য়াম্না খেন্নবা থোক্লবা, অসিগুম্বা মতাংসিদদি হাযবা ইনবা য়াব্রা যাদব্রা হায়না খন্নফম থোকই। অয়াম্বা মতমদদি হায়বা ইনবা, কামান্দ ঙাকপা তাখিবনা খাঙুথক্তা পুন্সি মাংজবনা নশুরুক ওইবি। ইমুং মনুং নুপী অঙাং খিবিকপু লম্মখাংদা লংশেকলম্লগা খঙনা খঙনা থব্রাই থদোক্লিবা সিমক্তি অপং থৌনা ওইববনি হায়বদা লান্দে খল্লি। লান্মীগী পাবাদা উইদো হায়বসিসু অচৌবা পন্দুপ অমনি। জার্মান ইবানগী ৱাব-উইদো নিংশিংনিংঙাইনি।

তৌবগীদি মৰূপ নখোযগী লাম্মী পুন্নমকসে মবৈবাক নীংবা, থৌনা ফবা, শিবা কিদবগা মবীলৈনদবসু য়াওবি। সবকাবগী থবক অমত্তং ফংবগী ৱাখলদা চংনিংদ্রবসু উপায় লৈতদুনা চংবসু য়াওবি। মখোযদুদি যানিংদা য়নিংদা খুৎলাই পাইবগা কাপ্পবনি। হাযবদি লৈবাক্কী দমক নত্তদুনা পুকচাঙ্কীদমক, হিংবগী দমক লান তৌবনি। সবকাবগী অতৈ থবক লৌদ্রগসু লাম্মীদি মবক মবক্তা মশিং যাম্না লৌবনিনা অসোমদা চংশিনবা মশানা তাবনি। খংদে সবকাব অসিগী অতৈ হিবমদা চাওখৎ-থৌবাংগীদমক অতৈ মী দবকাব ওইদ্রমাল্লে। অদুগা লাম্মীদি অদুমতা দবকাব ওইদুনা লৈ। অঙকপনি। পোখোক-চাথোক হেনগৎননবা মী লৌদ্রগা লাম্মীদি লেপ্তনা লৌবা। মসিদবু লৈবাক কবমনা ইনাকখুনগদৌবিবনো? লাম্মীগী হায়বদি ডিফেন্সকী বাজেটতি পংহেনতা হেলহনবা, অদুগা লাইবদুনা চাব ফংদদুনা শিবে, লৌমী সুইসাইদ তৌবে হায়বগী পাউসু ইতৎ-তত্তনা তাবিবা। মর্সিন মীওয়বগী মবাইবক। দেশ দেশকী ৱাবী।

লাম্মী ওইবগা লান্দা শিখিনি হায়বসিমকতি পুংচুম চুমদে। চহি তবা কুন লান তৌদবদগী লাম্মী লাখ লাখ নাপী ফোইদুনা মতম লেল্লি। শান্নবগা, লাইখুবম্বা, মপোৎ-মচৈ থাংদোক থাংজিন, অমবোমদগী অমবোমদা চৎথোক-চৎশিন তৌদুনা মতম লেল্লি, মথৌকনবা মাসহল্লি। ইমুং-মনুংগী যেক্লবশিংসিসু পংলায লায়বদি নত্তে। কাশ্মীব, নাগালেন্দ, মিজোবামদগী হৌজিকনা অৱাং-নোংপোক, অদুদগী মাওবদী কমিউনিষ্ট মতম অমগী খালিস্তান অসিগুম্লবা ময়ামসিনা লাম্মীশিংগী মথৌ ৱাৎহন্দে। য়াওল্লোয়গা লাম্মীগা পুলিশকা কাপ্পবিবা শিনবিবা পুন্নমকসি উবগদি লাম্মীগী লাম্মী ঙাক্তো ঙাইখ্রে। মীবৈবাক্কী লাম্মীগতা লান তৌগনি হায়খিবদু মতাংসিদদি চুমলকত্রে। চুম্নতং হাৎনবদগী হেল্লদুনা নুপী নহাদা শোকচিল্লকপা হায়বা টোপিক অমসু য়াওবি। অমসু অমসু অমত্তা অৱাৎপা য়াওদে। কনাগীবু কবি ফজবা ফিদম লৈবিবগে, য়াওল্লোয়সু লাম্মীগুম মী চিংশিল্লি, মীচং শেমগৎলি অশিবগী লম্বীদা চংশিল্লি।

মৰূপ, লাই হাকথক্তগী চৎনবিবা লানগী মাযোক্তা ঐগুম্বা মীশোন অমনা নঙোন্দা পংই ইবগা অহোংবা লাক্কদবা নত্তে। য়াম্না নোকনিংবগী ৱাফমনি। ঙাংনকুববা, ৱাবীনিনা খবদংগা হায়নিংই। মতম অমদা অকনবনা অঙম্বা শকপগী

চৎনবিদো থাদোক্লবা মালেমনা ডেমোক্রেসি হৌদোক্লুনা মীযামগী অপাম্বা মতুংইন্না মীয়াম্না লৈঙাক্লুনা শান্তি থম্নবা চত্থবকপনি। অদুবু শান্তি কদাইদগী অমগা অমগা কাপ্লবা হাৎনবা লেপ্তে। খ্বাইদগী ঙকপদি খুৎলাই শাবা লেপ্তবা বাকুদ মপৈ পৈবা লেপ্তবসিনি। যাম্না চাওখৎপা লৈবাক্তি এতোমবোম্ব শাবা শিংদুনি। অহেনবা খুৎলাই পাইবনা চাওখৎপগী খুদম ওইবি। ইতৎ তত্তনাইউ এন ওগী Nuclear Non Proliferation Treaty হায়না লাওনৈ। হাযজবতমক মঙাইবে মানা মানা তৌগদবদুদি অদুম লেপ্তনা খুৎলাই চাংযেংলি।

মালেমদা অইবা কযা, সমাজ সেবী কয়ানা লানগী মাযোক্তা মবোল মবোল ইথ্রবনি, লাওথ্রবনি। খব খবদি ফবকলি। মতম অমদা মৈ হৌবম্বা ইউবোপ মখোয মশেল ভাব তানবে। আমেবিকাদসু, অস্ট্রেলিযাদা লান লৈতে। ইম্নুং-মনুংগী, যুমলন্নবগা লান তোইবিবসে এসিযাগা আফ্রিকাগতমক ঙাইশিল্লক্লে। ভাবতবর্ষগী মনুং-মপান অনিমকসে অমুক মুৎ অমুক চাকপা লাংমৈ-থাওমৈনি। মৈবা অসি মুৎপগী মতম অমা ঙাইজবনি। মতম অদো লাক্কনি। মতম অদো লাক্লবদা শহিদ, বীব, গেলেন্ট্রি হাযবা ব্রাহে পুম্বসু মুৎখিনি। মদুদতা লান্মী হাযবা ব্রাহৈসি ওত্নোকনা হত্নুনা খল্লক্কনি। ঙমখৈসু ইংথবক্কনি, লান্মীসু মাংশিল্লক্কনি। নুংশি চান্নবনা খুদুম চনশিল্লক্কনি।

নুংশিববা মরুপ, ঐগী চিঠিসে পাবগা নঙদি থাজবোই, নোকনিংবসু যাই। অদুবু তপ্না তপ্না থাজনবা হোৎনববদি লান্মীসু মীচমসু লোইনমক্লা থাজবক্কনি। মতমদুদা শান্তিগী লৈনমনা মালেম শিনবা থুংনা নমলক্কনি।

লোইজবে।

*নঙগী মরুপ,*

অসেম শান্তিকুমাব সিংহ।

❖❖❖

# মারুটী কার

মমা মপানা পোকচবা মচানিপা অহুমগী মবক্তা খ্বাইদগী ইতোন তোনবা, মশক থিগ্রবা মশিন হেক মুবা মুশিন্দ্রনি। মশাসু পংনোয় নোয়দবা, মবেপ্লা ঙস্বা, খুবোম খুজেং কাকতু ইহুই হুইথববা শকওই থিগ্রবা মচানি। শক্তা থিবগী মতিক লাইবিকসু পাংখিদ্রবা, সবস্বতী মচেৎ অমত্তা পকতবা মচানি। মযাম্বা অহন মিলিটাবী চংগ্রবসু ময়াম্বা যাইমদি কলেজ, যৌখবে। অদুগা মুশিন্দ্রদি অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌদুনা লৈবনা ক্লাস সেভেন য়ৌজবে। হকচাং পাত্রিৎ পাজববসু মশাদি খিংই। উ-কাবা, লৈতুম লংথোক লংশিনদি হেলা যাদে। মাযগৈ সে মদনা মাগী হৈনবী ওইগদৌবি।

নুমিৎ অদু মচে চৌবী মপামদা লাকপদগী হনবা মতম যৌবক্লম্মী। খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং লৌবুক অমদগী অমা লান্দুনা চৎকদবনি। মবক্তা তুবেলসু লানগদবা লৈবি। মমানা মচেগী পোৎযোমদো পাইদুনা ঙাইহাক্তং থিল্লুচো হাযবদুদা মবৈ যেৎনবম্মী। কনানসু মাবুদি অফ-নুঙাইনা ঙাংবিদবনিনা মানসু কনাগী দমক্তসু ব্রানা লুনা খনবিদবগী হৈনবী লৈ। ঙসিদি থেম-নৌবদুনা মমানা উচিন-নাচিন্না পোৎযোমদো থোঙ্গৎলম্মী। মমানসু মতেক অমা থিন্দোকপা ওইনা চৎমিন্নবি।

লৌবুক্কী লৌবিদা চৎনা চৎনা মুশিন্দ্রনা হাযবকই– ইচেচৌবী ঐনা চাওবগা মারুটি কাব লোইবগা নখোং লৈবাক তাইন্দনা নযুম ফাওবা থিনবিগনি।

মমা ইবেম্মানা ফ্রং ফ্রং লাওনা শাওগৎখিদুনা

নতিক নপা চাদবা ব্রাদু ঙাংগনু। নবুদ্ধিদি ভূটনা শোকপগা চপমান্নে। কবি নতিক লৈদুনা নঙনা গাডী লোইগদৌবিবনো। মীগী ময়ুমদা শম্পোৎ খোইনা চাগদৌবিববা হায়না নুংশা থিবিবি। শকতাথি নঙগী খন্বদা লোইববনি।

ইমা ঐগীদমক অদুক য়াম্না ব্রাবিকনু। ঐসু থোকলবা অমদি তৌগদৌবিবনি।

'নচিন্দু খুমগনু' মমানা হায়বকই।

মচেটৌবীনসু তপ্না তপ্না পাওমেনলকই— যেংঙুসে নঙ তাচৌ হাযবে মিলিটাবীনিনা থবক্তগী থোক্লক্লগসু পেন্সন ফংগনি। ইকোম কোম্না সংসাব চলাইগনি। নঙ তযাইমসু মথং মথং তমথদুনা বিএ পাশ তৌথ্রবদি থবক অমা ফংজখিনি। ইমাগা ঐগনা ব্রাবিবসি নঙতগীনি।

চৎনা চৎনা খুমলকই— ইচেটৌবী ঐ যুমদা লৈববোই পোৎযোমদো লৌবিদা থল্লগা খবা চৎলগা মপান থোকই।

শবক্তা মমা মচা ঙাংনৈ— যাম্না ঙাংলুবসু যাদে, চুম্মি ঙাংলুবগা শোইগনি।

মমানা —অতোম্বসিগীনি ঐনা যাম্না ব্রাবিবসে, চবম ফুল্লিবসে। "হোযদা লাইনা তম্বা অমা লাকচবনি" মচানুপীনা থেমজিল্লি।

খবা চৎমিন্নবগা মখোয কাযনখি। অদুবু মুশিন্দ্রদি মচেটৌবীগী মমাংদা মমানা চৈখিবদুগীদমক হাযঙমদনা ইকাযখি। কবিগুম্বা অমদি তৌবগে হাযনা চপযুংনা খনখি। পংকুই কুইদে মুশিন্দ্র মাংখ্রে হায্যনা খুল লৈকাযদো ব্রা ব্রা লাওনবকখি। মুশিন্দ্র কদাইদা চৎখিবনো, কবিগী চৎখিবনো লৈকাযগী ব্রাহংনি। মীনা শোন শোন ঙাংনৈ— মযুমগী মীনা অফ-নুঙাইনা ঙাংবিদে। অদুনা অঙাংদো মাংখিবনি। চহিবু কযা শুবিগবা। এ চহি তবা মবি মঙা শুববনি। অঙাংদি নৎত্রে।

অসোমদা মমানা মমিৎতগী মপীনা অতৎ-অখম লৈতনা শিঙ্থবদুনা তেংথাজে। মচা মাংখ্রব ষম্বীনা ষনাও থিবগুম অফং অফংবদা হংঙি — ইচা মুশিন্দুবু উবম্ববনে। খবা থিনা ঙাংখিবদুনা ওইবমাবে খংলকখি। পংকুই কুইদনা মীপাও ওইনা মথং মথং তন্নক্তুনা মিজোবামদা লৈবে হাযনা খংবা ঙমখি।

মতমগী ঈবোলনুংদা তাইবংগী অব্রা-নুঙাই খুদিংমক লুপশিনখিবনা মতমনা হৌখ্রবদা মুশিন্দ্রগীদমক চাকলম্বদু ফবকখি। মুশিন্দ্র হাযবা নিপামচা অমা খুন অসিদা লৈবম্মী হাযবসি লৈকাযগী মীশিংনা কাওশিল্লকপতা নত্তনা মযুমদা ফাওবা হাযবিবা মিং অসি শোন্নবা ব্রাৎশিল্লকখি।

চহি তবামবি হৌখ্রে। বামনা বনবাস চৎখিবগা চপমান্নে। নোংমা নিংথমগী অযুক পুং মাপন তাবকপগীদুদা মার্কটী কাব আইট হনড্রেদ অঙাংবা অমখক খুঙ্গংগী লম্বীদুদা চংশিল্লকখি। লৈচিল থাবম্বদগী হম্বুখিদুনা নুমিৎকী মঙালনা তবং তবং

ঙাল্লকপগী তাঞ্জানি। নুংশাগী মঙাল অদুদা মাৰুটী অঙাংবদু ইবং ইবং লংলকখি।

মহৈশানা গাডীনচিংবা চংদবা খুঙ্গংনি। মেইন বোডতগী কিঃমিঃ অনিবোম চংশিল্লগা লৈবা খুননি। মমিংসু মনুংখুন কৌই। নুংশাগী মঙালদা ইবং ইবং লংনা তপ্পি তপ্পি থৌজিল্লকপদা চিক্লা থবক শুবম্বা খুঞ্জাশিংনা মাকুটীনা নকশিল্লকপদো ঙাইদুনা লৈখি। সোবাম পুন্সি মখুত্তা য়োৎ পাইদুনা ইখ্খোল শুবম্বদগী মাৰুটীগী মায়গে সোমদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। নুমিৎকী মঙালদা লিল খাবৌ অচৌবনা ইলং লংনা চংশিল্লকপগা চপ হেক মান্নে।

পুন্সিগী মনাক হেক য়ৌবকপদা মাৰুটী কাব অদো তপথবত্তুনা চপ লেপখি। মমাংগী থোং অনিদু হাংদোক্লদুনা নিপা অনি কুমথবকখি। মুশিন মুববা, নাতোন শুমাং চিন্বান মথক্তা মকোয শাংলপ খাকলবা মবেপ ব্লাংলবা, মকোত্তা লীগী টুপি অমা উপলবা নিপা অদুনা মুনা যেংলগা –

"তা পুন্সি নত্রানে"

খংদবগী হৌনবী মুনা যেংলগা চংশিল্লকই–

–ঐ মুশিন্দ্রনিনে, খাগেম্বমগী মুশিন্দ্র কাওখ্রববা

–মুশিন্দ্র ঐখোযগী খুবা কালেঞ্জাওনা পোকপা অতোম্বদো

–মানিনে, ঐনিনে।

পুন্সিনা –হবে কৃষ্ণ, চহি কযাগী মতুংদনো নঙনা লাক্লিবসে খুনসিদা।

মুশিন্দ্র –চহি তবা মবি মঙা শুখ্রে।

পুন্সি –লোযনবক্লিবসিনা কনা ওইবিবা

মুশিন্দ্র –এ মণিপুবগীনি, আদ থবক তৌমিন্নবা মৰুপনি।

পুন্সি –আদ হাযবদি

মুশিন্দ্র –মিজোবামগী লুংলেদা লৈমিন্নবনি। আইজলদা অহিং হোটেলদা লৈবগা নোংঙাল্লমদাইদা থোক্লকপনি।

*মকোক্তগী টুপি লৌথোক্লগা হংণ্ডি– মাল্লব্রা মুশিন্দ্র মুন্না য়েংড়ু, চুক্কপ* অমা পী। মখোয় অহুম চুক্কপ থকমিন্নে।

পুন্সি —কুইবেদনা চহি ১৪মমাংগী অঙাং ওইবিঙেগী শকফমনিদনা, অখংবা ঐখোয়নদি অদুম শাজিনবা ঙমই। অলুবীবু নঙ কবি কবম তৌখিবা, ৱাবীসে তানিংই। গাডীসিনা নশাগীবা নত্তনা...।

মুশিন্দ্র —গাডী ঐ ইশাগীনি।

অমমম, অনি অহুম তৌদুনা মী তবামুক শুজিল্লকলে। মবক মবক্তা সোবাম পুন্সিনা তাক্লি। ''ঐখোযগী মুশিন্দ্র ইন্দোন থাবলগী মচানিপা অতোম্বনিনে''।

মহি মহি ঙাংনবকই– ''শিবু শিদ্রবদি অদুম থোক্লকই নোংমা নত্রে নোংমা'' শিখি লৈখিদবা যাওবা ইমা ইবেননা ঐখোযগীদি ''অসুমনা লাক্লবোই অমুক হল্লক্লবোহ''।

*পুন্সিনা, ফবে অদুদি কোন্না ৱাবী শান্নসি, ঐখোযদসু কোইবকউ। থৌজিল্লো ইন্দোনদুসু হকচাং খবা পাংফাত্তবনি।*

*মুশিন্দ্র হোয়গী মযুম যৌনা গাডীদু থৌজিনবা য়াদবনা থোঙ্গান্দা থনল্লগা মখোয় অনি মখুত্তা বেগ অমমম যাল্লদুনা মযুম তম্না চংশিল্লকই। মমা ইবেম্মা মশাদো খবা পাংফাত্তে। মাঙ্গোন্দা ফন্নদুনা ... পাওদি ঙাসাইনা তাবে হাযববু ইযৌ যৌশিল্লকতেদো হাযদুনা ঙাইবিবনি।*

মুশিন্দ্রনা বেগ অদু মাঙ্গোন্দা থল্লগা টুপি অদু লৌথোক্লদুনা পলেম মমা হেক খুবম্বদা মমা মচা হিক্লা হিক্লা কপমিন্নে। মণিপুবগী মক্কপ বাজেনসু চংশিন্দুনা খুবম্বদা হঙলকই–

—ইবুঙোসিনা কনানো?

—ঐখোয়গীদুদা থবক তৌমিন্নবনি। মণিপুবগীনি।

ইমাগী হকচাংসে অফবা ডাক্তব অমদা ঙসিমক যেংহনসি। ঐগী মতম লৈতে। হংচিৎতি হন্দবা য়াবোই।

মমাবু শহবদা অফবা ডাক্তব অমদা হকচাংদো য়েংহল্লগা পুংখায অমগী লম্বী চৎশিল্লগা ফংবা মচেচৌবীগীদা চৎলে। মচেচৌবীবুসু য়ুমদা চৎলসি হায়দুনা পুবক্লে।

মতম কুইনদগী মমানা মংজবক্লবা মংলাননি। খুল্লক্কী মবক-শবক্কী লাযেংবসি তোকখোক্লুনা টাউনগী অফবা ডাক্তব অমদা যেংহনবা মচানুপীগীদা অমুক্তং চৎচবা। খংপ্রেক খংনা নোংমতংগী মনুংদা ওইববদা হল্লকপদা মমা-মচা ৱাবী শান্নবদা হঞ্জিন হঞ্জিন্না ঙাংই— বেমাবৈ গাডী হাযবসি তৌবা ঙম্মী।

বেমবৈ —ইমাসে মচানিপাগী মাক্নটী তোংবসিদা খবা কনখৎলমাল্লে।

মমা —হোযনা অনাবকাক ফখ্রবগুম খল্লি।

মমাংলোমদগী মণিপুবগী মরূপ বাজেননা যুমহেক যৌবা। ইম্হানগী হকচাংদো পুংফ-ফবগদবনি।

মচানুপীনা খিত্তা ফবসনুধে হাযবকপদা মযাম গাডী মনুংদা ৱা লাওনা নোকমিন্নে। মখোয মশেন গাডী মনুংদা ৱা যান্না ঙাংনৈ। অমনা ঙাং অমনা খুম মফম মবাং নাইখিদে। লম্বীদা বাজাব অমা কাবম্মী। ইমানা নৈনিংবা লৈবম্মু হাযদুনা লুপা চামখক পীবল্লগা মখোযনি ঙা লৈবা চংখি।

নুমিদাং পংথেং থেংদনা মখোয যুমদা যৌবকখি। মতৈমা অহননা থোংলদুনা চামিন্নবি। মাক্নটী গাডীদু কবম্না লৈখিবনো হাযবদুগী তাংদাংবা ৱাবীদি মুশিন্দ্রনা লীবমদে। ইমুং মনুংগী মীওইশিংদি মদুগীদমক অতম্লনা হংলুদে। মখোযনা খল্লিবা হাযববু থবক তৌদুনা শেল-থুম মবাং কাযবদুনা লৈবকপা ওইবমগনি অসিনি।

নোংঙাল্লগা মচেচৌবীনা হংই কবি কবমতৌনা মফমসিদগী মিজোবাম চৎখিবনো। গাডীসিনা কযা পিদুনা লৈবনো, লৈবনা কযাম কুইবে, ৱাহংশিং মথং মথং হংখি। মুশিন্দ্রনা মথং মথং পাউখুম পীবকই চা থক্লা থক্লা —

*ঐখোযগী স্কুল মমাংদা লৈবা দুকানদুগী মনাক্তা মিজোবাম চৎথোক চৎশিন* তৌবা গাডী অমা মবক মবক্তা লেপ্পুনা লৈ। গাডীদুদা চৎলিবা হেন্দিমেন অদু পংচাও-চাওদে। ঐনা মাগা ৱাবী হেক হেক শান্নে—

*ঐদি লাইখিকসে ওইববোই। ঐসু গাডীদবা, ব্রার্কসোপতবা শুনিংই।* য়াগদ্রা।

মহাক্না মী লাকপ্রা য়েংলগা –নঙ খবা পীকমল্লি, হেন্দিমেন ওইবা য়াখিবোই। অদু ওইববসু গাডী চামবগী থবক্তি তৌহনবা য়াগনি।

গাডী চামবগী ওইববসু লৈফম-চাফমতবু ফংলবদি ঐ চৎচগে হায়না হায়জখি। অদুদগী মানা ওঝাগা তান্নগে হায়বদুনা মাগী ড্রাইভবগা তান্নবগা ঐবু গাডীদুদা তোংখৎহল্লি। ঐহাক গাডীদুদা তোংদুনা মিজোবাম যৌখি। লম্বীদা ড্রাইভবদুনা ঐঙোন্দা কবি কবিনো ব্রা খবা হংখিবনি, ঐহাক হৌজিক্তি নীংশিংবা থোকত্রে।

লুংলেদা চৎলগা মৈতৈমচা লৈবশিংদুনা ঐবু লুনা তৌবিখি। ঐখোয়সোমদগী চৎখিবনি হায়বসু যাওবমই। ঐ গাডীদা শুবসে মতম কুইনা চংগদবা উবদগী ব্রার্কসোপতা ওইনা যাওখিবম্মী। অহান অহান্নবদি মীচৈ কয়া খাংবা তাখি। খুপাক চাবসু কয়া অমনি। চহি মঙাবোমদি শেল ফংবকাক ভাবমেন তাদে। থবক তম্নদা মতম হৌখি। ঐনা শুবা ব্রার্কসোপ অদু মাব্দটী কাব ঙাক্তা শেম্নবনি।

খবা খবা তৌদুনা ঐ মাব্দটী গাডীগী থবক শুবদা যাম্না হৈনবকখি। শেলসু খবা খবা তুংশিনবা ঙমলকখি। ঙসিদগী চহি অহুম মমাংদা ঐ লন্নাইগী ব্রার্কসোপ অমা হাংখি। বাজেনসু মাগী মপুদুগা নুঙাইনবক্তবদগী ঐগা লোয়ননা শুমিন্নখি। ঐখোয়নি যাম্না ব্রামিন্নবক্লবনি। অব্রাবগী ব্রাবীশিংসি ইচেগা ইমাগদা তমদুনা কান্নদে। নখোয়না খাংবা ঙল্লোই। নমিৎতগী নপি শিল্হবক্কনি।

মমানা ''নংগী ব্রাবী খবসিদং তাবদসু পি শিল্হখিবা খংহৌদে।'' মুশিন্দ্রনা চুরুট অদু চিংলগা হায়বকই ব্রাবী লোইদ্রি। ঐগী ব্রার্কশোপ যুম্মু নুপী অদুগী মচানিপা দিল্লিদা থবকচাওনা তৌবি। মানা হন্দক লাক্লম্নদা মাব্দটীসে যাম্না মল্লে হায়দুনা মমাগীদমক সেল্লো কাব অমা লৈবিবম্মী। থা অমবোম তাদুনা লৈববগী মতুংদা নোংমা ঐবু কৌশিল্লগা হায়বকই–

সিং ঐগী মাব্দটীসে শেমজিল্লগা যোনথোকসি। নঙোন্দসু শেল খায়গনি। মদুদা ঐনা হায় ''ঐনা লৌববদি কমদৌবা''।

নঙনা লৌববদি পীনিংবা নুমিত্তা শেল পিবকউ। হোংসু হোংনা থাদোক্কনি।

ঐসু গাডীসে লৌবা থাখায় অমত্তা ফাবি। য়ুমদবু চৎকে হায়না থোক্লকপনি। ঙসিদি ইচেচৌবী মাঙ্কটী কাব তোংদুনা ময়ুম য়ৌনা থিনগনি। নিংশিংলিব্রা?

কবিনো নিংশিংলিব্রা হায়ববু মচেনা খুমলকই

অদুগৈ নঙবু থিনবদা লৌবুক লময়াইদা ঐনা হায়খিবদো

—এহে, নিংশিংঙে, নিংশিংঙে। খংদেদা চিন্দুং ইনবা হায়বদুবা কবিনো। ফবগা লোইবেদনা। ইমানা খবা ঙাংখিবদো নঙগী ফননবনি হায়না খন্দোকউ।

❖❖❖

# ফাগিদবু তাথোকপা

নুংশিজববা পাবুং অমসুং ইমাগী মফমদা নচানা লমদম তাম্না লৈবদুনা কোক নোম্লদুনা খুকুমজবি। ইমা পাবুংগী থৌজালদগী মহৈতম্বা মপুং ফাবদুনা লেমজনিঙাই ওইববা থবক অমা তৌবি। ঐহাক্কীদমক নখোয়সু সমাজকী মীয়ামবক্তা শোযদনা চাওথোকচবা ঙমলিগনি। ঐহাকপু মী ওইননবা হোৎনবদা ইমা-পাবুংনা ব্রাবিখিবশিংদুগী তৌবিমল খংবা ঙমজগে। ঐগী খুত্তা শেলথুম মবাং কাইবগী মতমদুদি খজিক্তং যৌফাত্রি। চার্টার্ড একাউন্টেন্সী তম্বদা বেঙ্কতগী লোন লৌখিবদু শিংবদা চহি মঙাবোম চংগনি। খ্বাইদগী লুবদি মোম্বাই সিটিদা যুম ভাডা ফংবা যামনা ব্রাই। ইশানা থোঙ-থাকতুনা চাবগী মতমসু ফংবা ব্রাই। হোটেল নত্রগা কেন্টিনদগী চাবনা কোঙ্গাযনি। লাইবিক লাইশু কযা লৈবতা নত্তনা লন্নাইগী কোমপিউটাব অমসু লৈবগা ইন্সটোলমেন্টতা শিংলি। মটব বাইক অমসু লৈদবা শুংযা যাবকত্রে। মথংদা শোযদনা লৈবগনি। তলবসু হেনগৎলকপনিনা অসুম এদজাস্ট তৌখিনি। যাম্না খল্লবনু। থবক কন্বসিদা ঐগীদি হেনফদ্রবনি।

ইমা পাবুংদা খংহন্নিংবা তঙাইফদবা ব্রাফমদি ফোবেইনদা চৎপগী ব্রাফমনি। ঐখোযগী কোম্পানীসে ফোবেইন কোলাব্রেশন ওইবনিনা ফোবেইনদা ট্রান্সফাব ওইবা, ট্রেইনিং চৎপা, ডেপুটেশনদা থাবনচিংবা তৌগল্লি। হাযবিবসি থবক্তা চংবা মতমদা ওপশন হাযবদি অযাবা পীখ্রবনি। কবিগুম্বা মীবৈবাক্তা চৎপা তাববদি মাংজৌননা খংহনলক্কনি। ভিসানচিংবা লৌথোকপদা মতম খবসু চংগনি। ইমা-পাবুংগী খল্লুবদা মপান্দা চৎথোকনিংদে। অদুবু মীগী মচানা তাখ্রগদি নোক্লবক্কনি। কোম্পানিসিদা থবক তৌবিবা ওফিসাব অযাম্বনা ফোবেন্দা চৎপগী মংলান্দা তাওদুনা লৈবি। অদুগা ব্রাফম অমনা ঐঙোন্দা হৌজিক হৌজিক খ্বাইদগী লুনা ফাওবক্লিবদি ইমাগী হকচাংসিনি। মোম্বাইদা মওংচাদ্রগা ভেলোবদা যেংহনগে খল্লি। ঈশ্ববগী থৌজাল মঙাইবে। আশাদি কন্না তৌজবি।

নখোযগী নচানিপা
ইবোমচা
(শাপম নিবঞ্জন সিংহ)

কুঞ্জেশ্বর অমসুং বজনী মচানিপানা ইবকপা চিঠিদু পাবগা হবাওনা নোকচে। হবাওদুনা খরা নোক্লুবদগী লোক খুবক্তুনা উংখৎখিবদগী বজনী মথবাক পাইবদুনা তুমিন্না নোঙ্থদুনা লৈ। কুঞ্জেশ্বরসু উংদুনা য়েংদুনা লৈ। হঙ্বক্কদৌবিববা হেঞ্জিনগদৌবিববা হায়দুনা তফিং তফিং ঙাইদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈবগা বজনী খৌদেমলদুনা খুমলকই—

—হবাওরবসু হেঞ্জিনবা য়াদে।

কুঞ্জেশ্বরনা মনাক্তা লেপ্লিবা মীনাই নিপা অমুদা ঈশিং গ্লাস অমত্তং পুবকউ হায়বকই। ঈশিং থক্লগা বজনীনা খুন্নকই... ..

—ইবোমচা হায়বসিনা কয়াতা শিংত্রবা। মশাগীসু শোয়দনবা, শবকসিদা ঐখোয়গীসু খল্লি।

কুঞ্জেশ্বরনা তপ্পপনা হায়বকই— ঐখোয়না পোকপা ইচানবু ফোবেইনদা চৎপকাক হায়বকপসিদা হবাওদবা য়াবিত্রা।

বজনী— ঐদি খল্লবনি মহাক্তং চাওজবসনু। মাগী অপাম্বা পুন্না মনিং থুংজবসনু ঐখোয়গীদি কবি লৈবিবগে। লোইশিল্লক্লবনি।

কুঞ্জেশ্বরনা হৌগৎলগা— মদুমক্তি হায়মল্লেদনা। ঐখোযগীসু নুঙাইবগী মতম লৈবি। ঐখোয় পুন্না হবাও-নুঙাইবদা শরুক য়ামিন্নখিনি।

নুঙাইবা হায়ববু হবাওবিবসিনিদনা। ঐখোয়নমুক শেৎকে চাগে হাযখিগদ্রা।

নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। মচা নিঙোল অনিমক লাক্লে।

অমুশ্রা লোয়নদুনা কুঞ্জেশ্বর বাজার তৌকবে। থোঙ-থাকপগী থৌবাংদি ইবেমহল, ইবেমপিশক মচিল মনাও অনিনা হবাও হবাওনা হোৎনবি। মযাম পুন্না চামিন্নবা মতমদা বাবীগী শৈহৌ মক্তদা —

ইবেমহল— ইবোমচাদো ফনদি কুইবে উদবা, মা'তংগা য়াওববদি কয়াদা নুঙাইগদবা

বজনী— ঐসু খল্লিবনি, অদুবু হৌদোক্লুবগা নুঙাইতনবগী শরুকপুদি হায়দুনা তোকলবনি।

ইবেমহল– চহি কয়াবোম শুবে য়ুমদা লাক্তবা ?

কুঞ্জেশ্বব– মাগীসে একাউন্টেন্সী লোইগদবা চহি অমা মমাং, থবক চংবগী মতুং চহি অমা মখায। চহি ৩ লোম শুবে।

ইবেমপিশক– চিঠি পিবকই হাযবদুবু লাকপগী ব্রা হাযবকত্রনে।

কুঞ্জেশ্বব– লাকপগী ব্রাদি কয়া যাওবকতে।

ব্রাফমদো লোইফাওনা মমানা হাযবকই– ''মাগীদি থবক কনবগী ব্রাতনি, টেলিফোনদসু থবক চিল্লি অসিতনি হাযবিবা।''

কুঞ্জেশ্বব– ইবোমচাগী ব্রাখলসিদি হাযগৎপগীবোমদনি। ফোবেইন চৎপগীসু হাযবকই।

ইবেমপিশক– ইমাগা পাবুংগদি নচা নিপাগী নুঙাইবা ব্রাবীতমক ঙাংখ্রে। নমৌনুপীনা সেবা তৌবগী আশা তৌদ্রিববা।

বজনী– মৌগী ব্রাবু থোইনা খল্লুদে। থবক পাইবতা ঙাইবিদনা।

ইবেমহল– থিবগসু পাক হেক ফংগদবা নত্তে। চহি অনি অহুম হৌখিবা খংহৌবোই।
কুঞ্জেশ্বব– মৌদি নখোয অনিচংনা থিবা তাবনি হাযবগা হৌগৎখি।

মযাম চাক চান-থক্লবগী সেশন অমা লোইবদুনা মথংদা ক্বা-পানা চাবগী সেশন অমগা হৌগৎলি। কনানা ফমুংদা কনানা ফকতা কনানা চেয়াবদা ফম্লদুনা ব্রাবী শাবা চৎথবকই। চাবদা যাম্না হাওবা হাওতবদুনা মক নত্তে। মযাম উনবগা তংতানা ব্রাবী-ব্রাতাই খবা শাবদুনা হেন্না নুঙাইখ্রে।

ইবেমপিশক– অলুবীবু ঐ ঙসি ব্রাফম অমা নিংশিংগে খন্দুনা লাকপনি। মখোয়গী পাবুংগী হার্টকী প্রোব্লেম লৈবদু ভেলোবদা পুদুনা লাযেংবগীদমক খন্নবি। পংকুই কুইথদনা চৎকদবা মাল্লি। ইমাগীসু হকচাংদো মতম লৈবিঙৈদা যেংহল্লবদি... .. ।

কুঞ্জেশ্বব– চৎমিন্নববদি যাম্না ফবনি। ঐ চৎত্রফাওবদা যাগনি।

বজনী– অদুদা নহান চিঠিদা ইবোমচানদি মোম্বাইগী ব্রাসু পল্লকই। মওং চাদ্রগা ভেলোবসু হাযবকই।

ইবেমপিশক–মাগী ৱাবু খল্লুদ্রে। ইবোমচাসু মপান্দা লৈরবনিনা মাগী অখংবসু লৈবমগনি।

কুঞ্জেশ্বব– হোয়দা মাগা অমুক্তং তান্নবগা খংহনলক্কে। শেলগীসু দবকাবনি। লাক্লিবা মার্চকীসিদা এল আই সি পোলিসি অমা মেচুয়ব ওইবগনি। মদু ফাওবতং ঙাইবগে।

ইবেমহল– ঐসু ৱাফম অমা হৌদোক্তবা যাদ্রবনি। নত্রবদি হোবেন যৌখিবগা হংলক্কনি।

কুঞ্জেশ্বব– নঙগীনা কবি ৱানো

ইবেমহল– ঐখোযগীসু ইমা পাবুং হোয যাওশঙমাঙদা লাইফম চৎপগী খন্নবি। অতৈ অতৈ মীওয খবসু চৎপগী হাযনবা লৈ মাল্লে। খোঙবু ফাবিঙৈসিদা কোইমিন্নকসি হাযনা নীংশিংলকই।

কুঞ্জেশ্বব– ইবেমহল, ঐখোযগী ফিভমদি নঙনা খঙলিবদুমঙায। নখোযনা হাযবিবা পুম্নমকসে ফজখ্রবা ৱাফম ঙাক্তনি। অদুদা .

বজনী– পংকুই কুইববোইদা চহি অমা মতুং ওল্লকপা চহিদদি লোযনমক যাবগনি। নখোযনা ফজনবা তমলুচো।

কুঞ্জেশ্বব– ইবেম্মাহোয় চাব-থকপা লোইববনিনা ঙাইহাক পোত্থাগে। নখোযদি পোত্থাগদবা নত্রগা লৈকাইদা কোইথোক্কদবা। ঈশ্বরগী লীলানি। মানা তম্বা অমা লাকচনি।

কুঞ্জেশ্ববগী ফংলিবা পেনশন অদুনা মখোয়গী ইমুং মনুং হিংবগীদি লাইনা কোন্নবি হাযববু শেমগৎ-শাগৎপগীবোমদদি কবিমত্তা তৌবা যাদে। নিঙোল অনি মথং মথং থাজখিবা, ইবোমচাগী লাইবিক তমহন্বদা কুঞ্জেশ্ববগী ফংজবা পুন্বা কখোকখ্রবনি। এল পি ওঝানিনা কয়ামনসু ফংই হাযদুনা । অদুনা তৌনিংবা কযা পাংথোকপা ঙমদদুনা লেল্লি। মতম খবনিদংগা খাংলবদি অফবা মতম অমা শোযদনা লাক্কনি হাযনা আশা চাওবি।

তৌইগুম্বসুং মীওযবগী যেক্লবা ওইবিবা অনা-অযেক্লা মীওযবগী নুঙাইবা মতমবু শীংনবকলি। লোকেলগী ডাক্তবশিংনা হোৎনবদা ইফ-ফগৎলু হাযবা

*যাদ্রবা বজনীগী হকচাংগী খল্লুবদা মখোয় অনি তংতাবা ঙমজদে। ইবোমচাদা মপা ইবুঙোনা টেলিফোন তৌই –*

–ইবোমচা অসিদগী হেন্না চোঙ্থববদি নমাগী হকচাং অসি চৎথোক-চৎশিন্দা খুদোং চাবক্তবা য়াই। খবনিসিদা ঐখোয় মোম্বাইদা যৌহন্নবা হোৎনবো।

ইবোমচা মীৎকপ থোকলক্লে। সংসাবগী মনুং-মপান কয়া উবক্লে। মতমচানা মমাগী অনাববু লাযেংবা ঙমহৌদ্রবদি মাগী লাইবিক্কী মগুণ অমসুং অফবা লিচৎখিবিক অবেম্বা ওইখ্রগনি খংলক্লে। মহাক পন্থবা তৌদনা ছুটি লৌবদুনা ময়ুমদা লাক্লগা অহল অনিবু মোম্বাইদা পুদুনা লাযেংলে। থম্মোযগী ঈ পুথোক পুশিন তৌবা শিংলি পিকশিল্লকপগী অনাবনি। হোস্পিতাল অফবদা লাযেংবদা ফগৎলকলে। মতম খবা থিন্থবম্লবদি যাম্না খুদোং থিনিঙাই ওইবমগনি হাযবি।

মতম খবনিসিদি মখোযগী পুন্সিদা শবৎকী পূর্ণিমাগী নুমিদাংগুম থোকলবে। অবংবা মঙালনা ঙাল্লক্লে, অঙ্গীংবা মালংবা হুমলকলে, অশাবা পুন্না মাংখবে। মখোয পুন্না লৈবদা খুদোংচাননবা খবা মবাংকায়বা যুম অমা ভাড়া লৌবনি। অনাবসু খজিক ফবক্লবনিনা সুইট হোম হাযবগী মহাওদা তাওবে। মমা-মপানা চানিং চানিংবা খল্লদুনা ইবোমচানা লৈবকই। অদুতসু নত্তনা মখোযনা খংদবা মোম্বাইগী অহাও অথুম কয়াসু লৈদুনা পিজবি। ইবোমচাগী ছুটি নুমিৎতা অহল অনিবু পুবদুনা মোম্বাইগী অফাওবা লাইশঙ অমদি অঙকপা ফজবা কযা যেংহল্লি। মবক মবক্তা সমুদ্রগী ফজবা অঙকপা ঈথকনচিংবা উহল্লি। অহল অনি অদু হবাওখিবনি মচানিপা পোকচবগী মহৈ য়াল্লে হায়না ফাগী তৌজে।

মতম খবনিগী নুঙাইবা অসিনা কুঞ্জেশ্বরগী পুক্লিংদা পেল্লকতবাতন্থবকপা অমসু পোকলকই। পংচৎ চৎপসু য়াদগুম নহা পাখংমক্তি নত্তবনিনা পংকোই কোইবসু ঙমদে। লৈবক্কী লশ্বী ফাওদোকলগা সোবোক লমশাংদা গাড়ীগী খোঙজেল যেংঙি, তাইবং মীয়ামগী কুম্মে য়েংঙি, চা কাপ অমা থকই, পুং অমা, পুংখায অমবোমগী মতুংদা হঞ্জিল্লকই। মখোযনি ব্রাবী খবা অমুক শান্নে। ইবোমচানা থবক চৎখ্রগা মখোয় অনিনা ঙাংনবিবা ব্রাফম অযাম্না ময়ুমলোমগী ব্রাবী ঙাক্তনি। কনাগী লৌ ইশ্বোল, য়ুমগী মীনাই, য়ুমলোন্নবা, খুন লৈকাই, মবিমত্তা, মচানিঙোলশিংগী মবমদনি। কুঞ্জেশ্বরগী পুক্লিংদা খ্বাইদগী হেন্না খোইবাংনবিবদি মাগী পেনশনগী

মতাংদনি। অহান্নগী পেনশন লৌথোকপগী মতমদি চৎখ্রে। মথংগী পেনশনগী মতমসু য়ৌশিল্লকলে মদুসু ঙমলবোই হৌখ্রগনি। মথংগী চেক-অপ তৌবগীদমক থা অহুমদি লৈতবা য়াদদুনা লৈবি।

মখোয় অনি মখোয়গী ময়ুমদা পোক্লফম লমদম মণিপুবদা হনবদি শোয়দ্রবনি। খেন্নবা হায়ববু কুঞ্জেশ্বরদি থুনা হন্নিংঙে অদুগা মহাক্কী নুপী বজনীদি অসুমনা লৈথোক্লবসু লৈবগে মখল্লি। য়ুম ইম্ফোল, পেনশননচিংবগী ঈথৌবাংবা অমা লৈবিবদুগী মথক্তা খুল লৈকায়গী ব্রা তান্নবা, অতোপ্পা মরূপ থৌলুপ কয়াগসু মবিলৈনবা, খ্বাইদগী হেন্না ফাওবক্লিবনা বামোনগী লাইফমদা চত্তুনা আর্টি ঈশৈ শকপা য়াওবনচিংবা থৌবম মচা মচা মযামনা কুঞ্জেশ্বরগী থম্মোয়দা তপ্পা তপ্পা কাইহৌবকলি। মোম্বাই মহানগরদা লৈবদু থৌদাং লৈতবনা মহাও য়াওদ্রবা পুক্সি ওইবি। শিনফমনা লমজিংবা পুক্সিনি।

অমবোমদা ইবোমচাসু মচিননা হাইদোকপা ঙমদ্রগসু মপুক্লিংদা খনবা হৌবকই মদুদি মমা পাবুং অনিমক্তা অসুম্না নৈশিন্দুনা লৈবা তাববদি মাগী চাওখৎ খোঙজেলদা খোঙলৌবগনি। থবক্তগী হল্লক্লগসু ময়ুমদা চিক্লা কমপিউটাবগী থবক খবা শুগদবসু লৈবি। মবক মবক্তা মোম্বাই থাদোক্তুনা চৎথোক্কদবগী পোগ্রামসু য়াওবক্কনি। অদুগীসু মথক্তা ইউবোপ আমেবিকা বোমদা চৎপগী মংলান কয়াসু মংফাওনবা ঙাইদুনা লৈবি। মখোয়গুম্না মমা মপাগা লোয়ননা লৈমিন্নবগা মশাগী শিনফম চাওখৎনবা হোৎনবিবা ইমুং লৈতবদি নত্তে। কবিগী লৈতনি, মখল মখলগী ফেমিলীনি। তৌইগুম্বসুং খেন্নবা খবদি মীগীগুম্না চপচানা মপুজেং পুবা ঙমদ্রবা অহল ঙাক্তনি। লম্মিৎ তুমিৎ ব্রাঙাং শাঙাং এডজাস্ট তৌবদা মতম ফনা কুইনা চংগনি। মদু পুম্বদো নহা ওইবিবা নিবঞ্জনদদি খাংবা ব্রাজৈ, ব্রাখল খনবা থোক্তে। অদুনা মখোয় পুন্না লৈমিন্নবগসু থম্মোয় থম্মোযগী মবক্তা তোখাইনবকপগী মমি তাবকপদু অমসু অমসু উনবকই।

মমাগী চেকঅপ্ লোইবগা হনখিনবা কবম্না হায়সিগে খল্লিঙৈদা কুঞ্জেশ্বরনা হায়বকই– "ইবোমচা, ঈশ্বরগী থৌজালদগী নমাগী হকচাংসু ফবক্লবনিনা ঐখোয় অমুক কুইথদুনা লৈবগী মথৌ তাদ্রমাল্লে। অদুনা ঐখোয়গী হন্ননবা থৌবাং তৌবসি।"

ইবোমচাসু ঙাইহাক উংলগা খুল্লকই – "পাবুংনা হায়বিবদুনা চুল্লমাল্লে। ঐখোয় অহুম পুন্না লৈমিন্নবসে মশানা তাবনি হায়ববু মতাং অসি খজিক্তং চাফাত্তবনা ইমা পাবুং মফমসিদা অসুম লৈমিন্নবসি হায়বা ঙমদ্রে। তুংদা অমুক লৈমিন্ননবা হোৎনবা হায়বদুনি।"

মমা মপাগী নুমিৎ থাগুল্লবা মচানিপা অদুগা নুংশি নুংশিনা কাইনবা তাখি। মোম্বাই সিটিদা অফবা কোম্পানী অমগী অফবা থবক অমা তৌদুনা শকচু নিংথিবক্লবা, ফিজেৎ চাকচা, ৱাঙাং ফিদম খিবিক্তা লেমজনিঙাই মশক ওইববা অমত্তা ঙাইববা মচানিপাবু থাদোক্তুনা মমা মপা ওইবনা শুংচৎ চৎনিংদে। অদুবু তাইবংগী হৌনবী মাগী মাগী পুক্নি শিল্পা হৈনখ্রবা লিচৎ অমদি চুনখ্রবা লমদমনা লিচিং ওইবদুনা মীগা মীগা তোখাইনহল্লি। নিংথৌমচা ফাওবা মাগী মাগী অপাম্বনা লমজিংলদুনা নিংথৌ কোনুং থাদোকই। হল্লকপদদি এবোপ্লেনদা লাকপনিনা ইবোমচা যাওদনা মণিপুব য়ৌনা খোঙশানলকপদা কবিমত্তা খুদোংচাদবা লৈখিদে।

অহল অনি লাকলে তাবদা খবা নক্লা ওংবী ইবেমপিশকসু থুংলবে। চাক চবা অমা চামিন্নবগা ৱাবী শাবমখৈ শাবগা পোলোইদা লুহোং খোংদোংবগী মবমদা ঙাংনববা হংলকপদা মমা বজনীনা খুল্লকই– হকচাংসিতং ফবগা লোইবে হায়দুনা মথং মথং চত্থবকপদা ৱা অহেনবা ঙাংনফম খংখিদে। মাগীসু নংনবা ঐখোয়গীসু ফননবা হোৎনবিবা শবক্তুদা লুহোংবগী ৱাবী শাবগী খুদোংচাবা ফংখিদ্রে।

–থা অহুম লৈমিন্নবদুবু . . ৱাবীদু খজিক্তং ওইববসু কাঙথোকত্রিবা ইমা নঙনা হেন্না ঙকখ্রে।

–বেমশক ঐ খংঙে, ঙাংনদুনা য়াখিবোই। মতম খজিক ৱাৎলি।

–ইমাহোয়নদি ৱাৎলি হায়বি। ঐখোয়দি মীগী পাউশিং তাবগা পুক্লিং লৈতাফম খংদ্রে।

–কবি পাউ তাগেনে

–কবি হায়কনি। মপান্দা লাইবিক তমদুনা থবক চাওনা তৌবগা অতোপ্পা জাতকী নিঙোল লৌদুনা ময়ুমগা মবি লৈনবকতবগী পাউনা মনম মনমনি।

ব্লাফম অসি তাবদা বজনী কুঞ্জেশ্বব অনিদু অমুক ইনৌ নৌবা ব্লাখলগী লাইহৌ অমমুক হৌবকই। কুঞ্জেশ্ববনা শোনতকনা খুমলকই– কদাইদনো অহল অনিখক মমিংসু উদ্রে হায়, মীনা হংবগা ইচানিপা লণ্ডনদা ডাক্তব ওইবিতমক হায়না খুমই হায। ময়াম ব্লা লাওনা নোকমিন্নে।

❖❖❖

# থবক থিবগী লম্বীদা

বোশন মবক মবক্তা ঐগীদা লাকই। মশাগী অপান্থা কযাগী মবক্তা নিঙমদবগী ব্রাফম খবসু ফোঙদোক্লদুনা ব্রাবী শাই। ঐখোযগী কলেজদা খবনিদং থবক তৌবগী মবমদা কযাবক হন্না খন্নববসু ওইদ্রি। ছাত্র ইউনিযন তৌবম্বদগী পোত্থাবদুনা মাযগৈ অমবোমদা খবা কোমথোকচবে। তৌইগুম্বসুং ফম্নাইবা ছাত্রশিংনা তামোবোশন কৌবদুনা ছাত্র মক্পকী পোবম-পোলিসিগী মবমদা সাজেস্ট তৌননবা হাযজবগদি হবাওজৈ। কবিগুম্বদা থৌ ইশা-শাবিবকত্রগদি মহাক যাম্না ওলাং-ওনশাওই।

থিংবা ঙমদনা হেনগৎলকলিবা চহি মশিং অমদি থবক ফংদবগী কাইথবক্লগা আশানা বোশনগী মথৌনা অমসুং মথৌদাংদা অমম্বা মমি তাবকপদগী সমাজকী থৌদাংদগী হেক হেক লাপথোকনিংই। অদুবু কবম্বা ফিবেপতা লেপচবি হাযবদু খংহনলকই –

–তামো, হৌখিবা ইলেকশনদা ঐখোযগী মন্ত্রী সাহেবকীদমক নাকপক যাদুনা ফনা-ফজনা নোমখিবনি হাযববু থবক্কী ব্রা হেক পল্লুবদা "সবকাবগী পোলিসিসে যাম্না লুবি। এপোইন্টমেন্টগী মাযোক্তা থমলিবা অথিংবসে পাক হেক হাংগদবা মান্দে।"

ঐনা মখা শমথবকই– বেন্দ লৌথোকত্রবদি ভেকেন্সি লৈবিবা মযামসিগী থবক কনানা যেংশিনগনি, হাংদবদি শুংযা যাবোই।

–ঐখোযগী মন্ত্রীনসু মদুমক হাযবিবনি, বেন্দ হাংবগা ঐগী থবক অমা শোইদনা ওইহনগনি।

–মন্ত্রীগী আশাদা মতম মাংহনবদি যাদে। কোম্পানীগী থবক ওইববসু পিকপা চাওবা থিদনা অমখক হান্না তৌবনদি ফগনি।

–খংদে তামো চহিশিনা কবম কবম্বা থবক্তা যাগদৌবিবা। এম এ পাশ

তৌবগা হোৎনবন্নদি ফবমগদবনি। থবক অচৌবা তান্নকবদগী শোয়থবকপনি। মতমদুদদি ঐখোয়গী মন্ত্রীসু ফম পায়দ্রি।

মাগী বাহৈ লোয়ফাত্রিঙৈদা ঐনামুক 'ফবে' ঙাইহাক খন্থবগা ওইতা ওইদ্রগদি এড্-হোকতা লৈবা কলেজ অমদা শুননবা হোৎনসি।

—তামো, শহবদগী পংলাপ লাপথ্রবদি নুঙাইবোই। লন্নাইগী চেনথোক-চেনশিন থবক খবদি তৌদবা য়াবোই।

নোংমা ট্রান্সপোর্ট ষ্টেশনদা বোশন মমান্নবা অমগা ফমলম্বা উই। ঐবু উবমক্তদা হৌগৎলদুনা চংশিল্লকই। ঐনা হংই

—চথোক্কদবা লৈব্রা

—হোয তামো, হাইলাকান্দিদা চৎলুগে।

—হাইলাকান্দিদা কবি থবক্কীনো

—কবি হাযকনি ঠিকা শুবনি। তৌবগীদি সাপ্লাইনি।

—ঠিকা তৌবগী শেলদি কবম্না মেনেইজ তৌই।

—ঐখোযগী মন্ত্রীগা যাম্না নক্নবা ঐখোযগী দাদা অমনা পুথোকপনি। ঐঙোন্দগীসু খবসু পুথোকই।

—অদুদি নঙ কন্ট্রেক্টব ওইবা তাবে।

—বোশন মমায খবা মকশিল্লবসু খুম্বদি লেপ্তে, তপ্লি তপ্লি

—তামো মসিশু অচৌবা পাব্লিক সার্ভিসনি। লাইবিক হৈববা, ইঞ্জিনিযাব তম্বা ফাওবা যাওনা প্রোফেশনসিদা ঙাওবি।

মদুমক্তা লোইবে হাযনদি খনখিনুদা হাযনা হাযবল্লগা ঐ অফিসবোমদা চংশিল্লি।

বোশন হান্নগুম তোয়না তোযনা ঐগীদা লাকত্রে। থাবুম খবা হৌখ্রবগী মতুংদা নোংমা মী-কুংলবা বাজাবগী মচি অমদা শেল চবুন অমা পাইবদুনা থিবা।

উই। মাঙোন্দা থৌওইনা য়েংলুবা তৌদনা ঐগী লম্বীদা লাকই। ঙাইহাক মতুংদা ''তামো জয়'' হায়না কৌবদুনা লুপ্পবা মখুৎতুনা লেংবান্দা পাইবকই।

ঐনা ফনা কুইবমাল্লে নঙ উদবা কবি কবম চৎথবি

নোকমি নোকমি মচিন্দা ক্কা শাইবদুনা খুমলকই

—হন্দকতি অঙকপা শিনফম অমগা পাযখৎলে। পোলট্রি ফার্মনি। মখোযদগী শেল খবা খোমজিনগে লাকপনি।

—শেলদি তোংই হাযববু যেনশিংসে নাব-যেকপা তোযবনা খবা লুই হাযনৈ।

—আঃ অচুম্বনি। অদুনা ঐনা যাম্না হৈশিংবা মীওয অমবু কুপ্পা শেন্নহল্লি। শেনদোংদি লৈ, মার্কেটসু ফৈ।

—নঙগী ঠিকাদুদি শুবিববা ?

—হোয চৎথবি। খবদি সিজনেলনি

—কবিগী সিজনেল ওইবিবনো ঐনা খঙনিংনা হংই।

—দুর্গা পূজা, মার্চকী মতমদা ট্রেনজেক্সন কল্লি। এপ্রিল মে-দদি কবিমত্তা লৈতে। ফাগু লাকপগী মতুংইন্ননি।

বোশননা হাযবদগী মাগী বাইক অদুদা তোংলদুনা মতেক অমা লাকমিন্নে। কুমথবগা যুমলোমদা চৎনা চৎনা ইতোমতা খল্লি — বোশনগী হৌজিক ওইবকলিবা লাইফ-ষ্টাইলসিনা ওঝাগী শিনফমদা চুনবকতবসু যাই।

নুমিদাং খবা থেংথবগা ঐগী নুপীগা ব্রাবী শান্নবগী মবক্তা বোশনগী টোপিক অমা যাওবকই। ঐনা হায
—বোশনগা অনিতাগা কবিগুম্না মবি অমা লৈনব্রা
—নঙদি কবমনা খংলিবা
—খংবগী ব্রা নত্তে। মখোয অনী পুন্না চৎমিন্নবস্বদা থেংনখিবা খবা যাওখি। নোংমা বাস স্টেন্দদা ঐনা বোশনবু উখি। অদুগা সুনিতাসু মদোমদগী থোকখিবদো লাপতক্না উখি।

—ঐসু মীপাওদগী হায়ফেৎ অমা তাবা ফংখি। অদুবু মখোয় মপুজেং পুবা ঙমদ্রিবনিনা পাকতা লৌন-লৈনগদবা মান্দে।

অনিতা ঐগী নুপীগী মচেগী মচানুপীনি। বোশনগা মহাক্কা ক্লাশমেট ওইব্রা ওইদব্রা হায়বদু তশেংবা খংদে। অদুবু মখোয় মাষ্টব ডিগ্রী লোইবগা থবক ফংদদুনা লৈবনি। চহীসু পংলিক লিকত্রবনি। অদুবু ইংলিশ স্কুলদা ওঝা ওইবনিনা মশাগী কেজ-নৌজবদুদি মেইনটেইন তৌবি।

মান নুংশাস্বোব শাংনা হোল্লদুনা মখা শমথবকই— কৈদৌনি, কনাদসু ব্রাবী তৌকবা যাদবনিনা ঐখোযগী চেচেনা হেক হেক মথব্রায ব্রাজবিবা। নিঙোল চাওশিল্লকপগী হৌনবী ইনুং-লেনবা ঙাইবনি।

ঐনমুক মখা তাথৈ —থোইনা ব্রানিঙাই থোকতেদা। বোশন মথৌনা লৈবা নিপামচানি। মতম খবা থিহ্ববসু শোযদনা পঙ্গুংফম যৌখিনি। থুংনখিবনসু ফৈ।

ঐখোযগী লৈকাইগী লুহোংবা অমগীদমক "বোশন ডিলাক্স" হায়দুনা ইলং লংবা শাংলবা গাডী অমা থৌজিল্লকই। নহামচাশিংনা ঙাংনৈ গাডী মপুদো ছাত্র-মব্দপকী প্রেসিডেন্ট ওইবম্মী। হৌজিকনা লমদমসিগী মন্ত্রীগী যাম্না নক্লবা মীশক ওইবি। অমনা হায়বকই ঐ খংই বোশন কৌবনি। ভাব তাবাঅমনা ব্যাঙ্কর্কী লোন লৌবনি। গাডী মনিংদা ইবিবসে উবেদনা Hypo to S B I।

ঐ মপাহ্মোংদা কবিমত্তা থৌশাকবা তৌদনা তাই। মনুংদদি হকচাংগী শিংলী পুম্বা লেংখৎলকই। বোশনগী তৌবঙম্বা থৌনা লৌশিংগী খল্লুবদা ইদোমত থম্মোযনুংদা নাপল তৌই। যাওশঙ মতুং চৈবাওবা মমাংগী নুংশা শাগৎলকপা মতমনি। ওঝাশিং লোযশঙলোযশিংনা লোযশঙগী বেলকোনীদা লেপ্লদুনা বেলী খোঙচৎ যেংলি। মীখলদা মাযপাকপগী বিজয় মিসিলনি। লান-ঙম্বগী খোল্লাওনি, লাপ্না তাবম্বদগী অসুম অসুম নকশিল্লকই। খোল্লাওদুনা থোইনা হেন্না কনখৎলক্লবদা ফম্বা যাবকত্রদুনা মপালথোকতুনা মিসিল অদু যেংই।

ফিঙৌ শেৎপা অহল্লোন, মচু মচুগী ফিজেৎ-লৈতেংলবা নহাবোল, নুপী কাঙলুপনি। আবেবগী মচু কযানা কোক্তগী হৌবদুনা শেৎলিবা ফিজোলগী মফম কযাদা মপাক মপাক মচু শংলি। লুচিংবশিংগী ঙকশমদা মচু মখল কযাগী লৈপবেং

হুকলি। মাংদা য়ুনিফোর্ম শেৎপা বেণ্ড পার্টিনা ইথৌবিবি। তুংলোমদগী লাউড্ স্পিকাবদা নহাবোল কাংবুগী ঈপোম নাইববা শ্লোগাননি।

নহা কাঙলুপতুদা লাপতকনা বোশন মাম্বা অমখক উই। ঐগী মীৎফমসু মহাক্কী মথক্তা তাখি। কাংলুপ অদুনা কলেজকী মমাংলোমদা যৌশিল্লকলবদা বোশনগী অবেপ্পা শকফমদু উবা ফংলকই।

অঙৌবা মচুগী ট্রাওজাব পাযজামা অচোনবা, মখুদাং মথক পান্বোম যৌনিং-যৌমাং তাখৎলি। মক্রক মক্রক নাইববা মখুজেং অদু শ্লোগানগী ইথিলগা লোযননা মবক মবক্তা নোংমদোল থক্তা হাযগৎলকই। হুমাংনা লংলবা মখুৎ-মশা অমদি মাযথোংদা নুমিৎকী মশেক্লা যৈবদা ইবং লংই।

চীঙ-লেম্লবা অমদি চুঙ-ফিবাল চাববা হকচাংনা মীযামগী মীৎযেংফম ওইবি। নাকযেৎ কনাদসু যেংলুবা তৌদনা লাওব-লাওবদুনা চৎখি বোশন। মীৎযেংগী ৱাংমদৈ তামখি। ইতোমতা পুক্লিংদা পেঞ্জহৌই–

বোশন নঙ মঙালগী লম্বীদা চৎলিদো, নঙগী লম্বেলদা অপনবা লৈতবা ওইসনু।

শজিবু চৈবাওবগী চহি হৌগৎলকপগী লোকেল পেপাবনি। মীথোয কযাগী মফমদগী ফোটোগা কোন্ননা মেসেইজ কযা যাওবি। মতম মতমগীনি খন্দুনা থোইনা খোযজংলুবা তৌদনা মথং মথং যেংলকপদা বোশনগী ফোটোসু যাওবমলে। অঙকপগা লোইননা পাকবদা ইবম্লে– ''লাক্লিবা অনৌবা কুমজাসিদা লৈবাক মীযামগী যাইফবা ওইসনু হাযনা তাইবংশেম্বা মপুদা নিজবি।''

কে, বোশন সিংহ
প্রেসিডেন্ট,

. .. .......... .   .. .. ..

হবাও তুজুংলবা থম্মোযসিনা মতোমতা হাযজবকই– ''বোশন নঙগী পুন্সিগী মঙালদো তবানি পানবা থাজগুম ঙানথোবক্লে। নোংমদি মপুংফাববা পূর্ণিমাগী থাজগুম ঙাছোবক্লগনি।''

❖❖❖

# পুন্সি খোঙথাং

নুমিৎ খুদিংগী উন্নবিবা পবেশপু ডোলফিন কম্পিউটাব ইন্সটিটিউটতা উদ্রবদা পিংকীগী পুক্লিং লৈতাবমদে। কম্পিউটাব ক্লাস লোইবগা পবেশপু থিবগী ব্লাখল অমনা পিংকীগী পুক্লিং লৈতাবমদে। ক্লাস লোইবগা পবেশপু থিবগী ব্লাখল অমনা পিংকীগী পুক্লিং লাংতক্লহল্লি। নুতিগী ক্লাসতা ফম্মিন্নবা, ক্লাস লোইবগা ঙাইহাক কোইমিন্নবা কবিগুন্দা বেষ্টুবেন্টতা চামিন্নবা, নুংশি-নুংওনগী চেৎলবা লংলা অমনা পুল্লবা থম্মোয অনিগী মবক্তা শাফু যাওদ্রবা ব্লাহৈগী অব্লাই-অখুম খুদিংমকসে থাদোকপা যাদ্রবা কটিন নাইববা লিচৎনি। অচম্বা ব্লাখল অমনা লমজিংলদুনা পিংকী বিক্সা তোংলদুনা এমপ্লোযমেন্ট এক্সচ্যেঞ্জ তম্না ডাইবেক্ট লাকই। মখুত্তা চে অমা পাইবগা পবেশনা লোযশঙদগী থোক্লকপদো পিংকীনা লাপতক্লা উই। মবেপ্না ঙন্নবা জিন্স পেন্ট শেৎলবা পবেশপু উবদা নে লাওই।

মটব বাইকতুদা ফন্নগা পবেশনা হাযবকই–

–তোংখৎলো, চৎলসি

–কদাইদা চৎকনি

–কদাইদমুক ওইগনি, বেস্টুবেন্টদনি

–অদুদা নত্তে, পার্কতা ফমলুসি ব্লাবী শাকসি

--ব্লাবী নুঙাইবা লৈব্রনে তানিংখ্রেদা হাযবগা পবেশনা নোকফেৎ তৌবদুনা তুংদা যেংথোকবকই।

পিংকিনা পবেশকী হকচাং পাইবদুনা নপলি

–ক্লাসতা লাক্তবদগী ব্লাবী যাম্না শাননিংঙি, উননিংদুনা থোবকপনি। মটববাইক অদু মফমচানা থন্নগা মী তিনবা মফমদগী লাপতক্লা মচি অমদা মখোয় অনি ফম্মিন্নে। পিংকীনা মাগী বেগতুদগী চিপ্‌স পুথোবক্তুনা চামিন্নবগা ব্লাবী হৌদোকই। পিংকীগী

অহাম্বা ৱাহৌদো

—ঙসিদি নঙগী অবেপ্পা ৱাফম অমা খংবা পাম্মী।

—কবিগী অদুক হাথু হাথুবিবনো

—হাথুবা হায়ববু ঐদি খাংবদা ওহ্নোক্লা ৱাববনি। মীনসু ঐগী মবমদা পংঙাং ঙাংনবে। ইমুং-মনুংসিদা নোংমা নোংমগী লৈনিংদবনা হেঞ্জিল্লক্কুনা হন্দক মবকসে খমথেংবী যৌবক্লে।

—মদুদি কুৱাইট নেচাবেল। নিঙোলনা চহি যামশিল্লকপনিদনা। ঐ লোযনা খংই। অদুবু খুদক্তা কবি ডিসিশন লৌগনি।

—নঙগী থবক ফংবগী মতম, খুদোংচাববা তাঞ্জা ঙাইদুনা কযানি খাংখিগনি যুমপানবা হাযবসি এইজ ফেক্টবনি। ইকোনোমিক ফেক্টবদা ডিপেন্দ তৌববদি ঐখোযগী লুহোংবগী নুমিৎ যৌবক্তবসু যাই।

—পিংকী নঙগী ৱাহৈশিংদো খবা কনমল্লে। ঐ খংদবা নত্তে। ইমান্নবা মোহন, নন্দকিশোবহোযগী মচাশিং হাযাব ক্লাসতা তমখ্রবনি। ফবে ঐ হিংবা ঙমগনি। অঙাং টিউশন তন্বিদুনতা ওইববসু শহবসিদা হিংবা ঙমগনি। লো ডিগ্রি অসিসু কুইদ্রেদনা। চহি অমা মখায বোমতনি।

—ওহো, নঙগী প্লানিং খংলে অমগী মথং অমা। হাযবিবশিংদো যামদ্রবদা চহি ২/৩ গী ৱাফম নত্রা? চহি অমা হাযবসি ঐঙোন্দদি শাংখ্রবা মতমনি। ঐ মীযাম মাংদা খোঙথাংবা ঙমশিল্লকত্রবনি।

পবেশ— নঙনা পামলিবদো ঐ খঙদবা নত্তে। ঙসিমক হাযববসু কবিগী ঙমদনি, খল্লিবসি ইমান্নবগী মমাংদা স্টেন্ডার্দ, সমাজকী মীযামবক্তা প্রেস্টিজকী ৱাফমনি।

—প্লিজ তোকথোকলো ঐখোযগী পুন্সিগী খোঙচৎ ঐখোযনা শেমগদৌবিবনি। চৎনবী, প্রেস্টিজ যেংদুনা চৎকদবা নত্তে। টেকনিকেল ফেক্টব যেংবা তাই। নঙনা হাযবিবা পুম্বসি শেলগী ৱাফমনি নত্রা। ঐখোয়নি পুল্লগা শেল তানসি। ঐসু খবদি ফংলিদনা। শোযদনা হিংগনি।

—হিংলোয হাযবগী ৱা নত্তেনে পিংকী। লৌ লৈতবা, চাকবী তৌদবা মীসু সংসাব

পাল্লিদনা। খজিক্তং খাংবগী ৱানি।

পিংকী- ঙসিদগী খাংবগী মতম লোইববনি। ঐখোয় চযোনসিগী মনুংদা ফাইনেল ডিসিশন লেপ্পগদবনি। লোন্না নত্তে। ফোঙনা মন্দিবদসু চৎকনি, বেজিস্ট্রেসনসু তৌহনগনি। বস পিকপা চাওবা পার্টি অমা জোইন্টলী কৌগনি।

পবেশ – নঙনা য়াৎলিবা কায়াৎ অসিদগী থৈদোক থৈজিন শুংয়া য়াবোইদ্রা

–যাববোইদবনি।

মখোয় অনি ঙসিগীদি ময়ুম ময়ুমদা হঞ্জিনখ্রে। মথং নুমিৎ কবি ওইবক্কদবা খংদে।

পবেশনা মাগী মরূপ নন্দকিশোবদা চুমদ্রিং চত্তুনা ৱাবী শাই। থোঙ্গান্দা চৎনা চৎনা –নন্দ ঐ তৌফম খংদ্রদুনা নঙগী নাক্তা লাক্লিবনি। পিংকিদো থাম্বা যাদ্রে। যুম পানমিন্নবসি হাযনা কন্না তকশিল্লকলে। ঐনা মাবু খামদুনা থমলক্লিবসে চহি অহুমলোম শুখ্রে। হন্দকতি ঐগীসু পাঙ্গল যাওশিল্লকত্রে।

নন্দ – থবক মচা অমা মতমচানা তৌখিদবগীদমক যুম্বানবা ডিলে তৌবনি। মরূদি শেলনি। শেল তানবগী অকক্নবা মতম লৈতে। যুম পাল্লগা অপাম্বা মওংদা শেল তানবসু যাই। অদুনা নুপীদি মতম লৈবিঙৈদা থিবা, তুংগী জেনবেশন যেংদবা যাদে। চহি নিফু হাযবসি অঙাং নৎলকত্রবনি। যহা মওং অমদা চৎথবনা ফৈ।

পবেশ– ফবে অদুদি কোর্টতা বেজিস্ট্রেশন তৌগনি। মন্দিবদা চত্তুনা লাইমাংদা লৈ হুক্লগনি অদুদগী পিংকি ঐখোযনিগী তবফতগী পার্টি মচা অমা তৌগনি।

নন্দ– ও নাইস সিলেকশন, ফজখ্রবা প্রোগ্রামনি। অদুবু অহল লমনদি খংহনফম থোকত্রা?

পবেশ – মদুগীনি মকওইনা ঐনা নঙোন্দা লাক্লিবসু। বেজিস্ট্রেশন তৌবা তাববদি গার্জিযানগী মাযগৈদগীসু সাইন তৌবা তাগনি। তাচৌগা ইতৈমাগা খংহন্দ্রবদি কবম্না চত্থগনি। মখোয়গী মমাযসু যেংদবা যাবিববা।

পবেশকী মযাম্বা কুন্দলাল অমসুং মতৈমা বিতা অনিগী মফমদা নন্দকিশোবনা যাম্না ইকাই-হঙ্গোযনা ৱাফমসি হৌদোকই। কুন্দলালনা হাযফেৎ সেন্টিমেন্ট ফাওবদুনা খুমলকই –

নন্দকিশোব মন্দিবদা হোৎবা হায়বসি য়াম্না পাশ্বে লৈজদবা মীগী থবকনি। ইপানা ঐখোয়গীদমক য়ুম-কৈ শাদুনা থল্লম্মী। লাইবিক তমহল্লম্মী। ফবে বেজিস্ট্রেশন হাযবদুদি মতমগীনি। তৌফম থোকপনি। কোন্না তৌববসু যাই।

নন্দ – তাচৌ, শেল থোকতবনিনা ফগদ্রা হাযনা খল্লিবনি।

কুন্দ – লো ডিগ্রীদুতং পাশ তৌবগা যাহ্য অফংবা খবদুনা হিংমিন্নবা তুংদসু তপ্না চাওখৎলক্কনি। মবকসিদা অসুক যাম্না থুজিল্লকলিবসি খংদ্রে।

নন্দ– লো পাশ তৌবা, তৌবগসু হেক্তমক কোর্ট কাবা যাদে, ফোর্মেলিটিস লৈবি। অদুগা চহি ৩ লোমদি ঙাইনবা তাগনি। অসোমদনা থেংবদো পামলকত্রবা।

কুন্দ– মদু যৌববদি ঐসু হাযফম খংদ্রে। অদুমকপু মতাংসি খজিক্তং চাফিত্রিমাল্লে ..

তাঞ্জাসিদা ইমুংদগী টেলিফোন কোল অমা লাকলি হায়বকপদগী ব্রা ঙাংলম্বা লোইদনা কুন্দলাল ইমুংদা চংশিনখি। কুইবক্লবদা নন্দকিশোবসু ঘড়ী যেংলগা তাচৌ ঐসু হল্লগে হায়দুনা লাওবল্লগা থোক্লকখি।

থংঙ্গেশেংবা ব্রাফমসিমকনি হায়দ্রবসু য়ানিংদে হায়বগী ঈবাংদুদি পিংকীনা টেলিফোনগী মতেংনা নন্দগী মফমদগী খংবা ঙমখি। পিংকী অনৌবা ফিবেপ অমা লৌবগে হাযনা চপযুংনা খনখি।

হন্দক মবক মখোয অনি ইন্সটিটিউটতা উনববসু কযা ঙাংনদে। পিংকীনা ব্রাবৌচাওবী অদুগা পবেশনা শোনবদগীনি। অদুগা থম্মোয় থম্মোযদা ওমচাক্লবদি হান্নদগী হেনগৎলক্লি। ইংনা তপ্না চাক্লকপা মৈশাদু খমথেংবী য়ৌবক্লে। অসিগুম্লবা যাম্না নিংবা কাযববগী মতম অসিমক্তদা থোযদোক্লা নিংহন্নবগী শক্তম অমা ওইবকখি। পবেশ খংহৌদনা কমপিউটাব মহৈশঙদা লাকখিদ্রে। পিংকীনা অমা অমদগী চীক্লা পাও লৌবদা কনাসু অবেপ্পা ব্রা হায়বকখিদে। পিংকী যাম্না নিংবা কাযখি। কবম্না লম্বীদা চৎকদবা থিফম খংখিদে।

পিংকী কমপিউটাবগী ডিপ্লোমা পাশ তৌববগী তুংদা কোম্পানীগী থবক চংননবা হোৎনবি। অদুবু অপিকপা শহ্বদদি কমপিউটাব হৈক্লবগী চপচাবা মমল ফংদে। অচৌবা শহ্বদা অচৌবা কোম্পানীদা চংলবদি তলব মতীকচানা ফংগনি

হায়বগী আশা তৌই। আশাতমক মঙাইবে চৎপদি ওইথোকত্রে। মতাংশিদসু নুপী ওইবীশিংগীদি কাইদোংফম অমা দবকাব তাবকই।

ইংলিশ স্কুলদা ওঝা ওইবনদি জোব সেটিসফেকশন ওইদে খনবদগী মখোয অনি কম্পিউটাব তম্মিন্নবনি। কোম্পানীগী থবকতা চংবগী আশাদা হোৎনবনি। ঙসিদি লম্মখাংদা কাংখোঙ নাম্ম শোক্লবা গাডীগুম চংশিনবা ঙমদদুনা লৈবে। নিংবা কাযবা মযামসিগী মবক্তা হেনগৎলকলিবা পুক্সিচহিগী মিটাব বিডিং অমসুং ইমুং মনুংদা লৈমিন্নবগী ওলাং-ওনশাও মযামশিনা পিংকিগী মাযথোংদা মমি তাবকলি।

শিববাত্রী পুজা নুমিৎনি । পিংকী মশক নাইবা শিবগী খুভম কযাদা মমান্নবীশিংগা লাই খুবম্বা চৎমিন্নবি। চৎমিন্নবিবশিংদু মাগী মখাগী অঙাং ঙাক্তনি। মমান্নবীশিংদি মৌ ওইববা ঙাক্তনি। খন্দুনতা লৈববা ব্রাখলনিনা ব্রাখলগী ব্রাখল ওইনা লৈজে। অদুগা হকচাংদি মাগী তৌফম থোকপা চৎফম থোকপদে অদুম চৎথবি ।

মমান্নবী নত্রবসু তিন্নবদি তিন্নবিবা মেম্মনা লাইখুবম্বা লোইবগা হল্লকপদা হংলকই–

–তামো পবেশকী ঈ-পাও কবি লৈবগে?

–ঈ-পাও অমত্তা পিবক্তে।

–ঈ-পাও লৌকদ্রা?

পিংকী – পাও লৌকদে। অদুবু মহাক মোম্বাইদা লৈ হাযবসিদি খংবা ঙমলে।

মেম্মা – হৌজিক কবি তৌগনি, ইচেম্মদি

পিংকী– তৌনিঙাই কবিমত্তা লৈতে। মহাকনা লাক্লবদি খন্নগনি। নত্রগদি

মেম্মা– নত্রগদি ইচেগী পুক্সি যেংদবা য়াদে।

পিংকী–অদুনা চুন্নববা। কলিযুগতা সতী লৈতে।

মেম্মা– অদুনি কলিযুগতা সতী চৎনদ্রে।

ইচেম্মা ঐসু য়েংগে। খংন-চান্নবা কনাগীদা কেন্দিদেত লৈববা থিগে।

পিংকী – যেংবা তাবনি। ঐখোয় পুন্নমক অমনা অমগী যাইফনবা হোৎনবা তাবনি।

মতম পংকুই কুইদনা নন্দকিশোব ইংলিশ স্কুলগী ছুটি থাবকপা মতমদা পিংকী উনবা লাকই। পবেশকী মোবাইল নম্বব পীবম্মী। নুংথিল পুং৫গী মতুংদা নত্রগা অযুকতা নত্রগা নোংমাইজিং নুমিত্তনা ৱাবী শান্নবগী খুদোংচাবা হেনগনি। ৱা শাংনা ঙাংনদে। নন্দ বাইক তোংলদুনা চৎখি।

মোবাইল নম্বব অসি ফংবদা পিংকী পুক্লিংদা হবাওবা, শাওনিংবা, ওইনবা, নুংওন্নবা পুন্নমকনা যান্নখি। বিক্সা তোংদুনা মযুমলোমদা হল্লকপদা মিৎলুদগী মপি চদুম চদুম শিন্থবকখি। মী উখ্রগনি খল্লদুনা কমালনা তৈথোকচৈ। মযুম যৌবগা মোবাইল নম্বব অদু মহাক্কী ফোন-বুকতা ইশিল্লি নুমিদাংৱাইবম অঙাংশিং ট্যুশন তাকপা লোইবগা পোৎচৈ অমনিদং লৈকগে হাযবল্লগা থোক্লকই। যাম্না খুদোংচাগদবা পিসিও বুথ অমদা চংশিনখিদুনা ফোন তৌই। মোবাইল নম্বব অদুসু নিংশিংমনখিদুনা চিনফা পুবে। অহান অহানবদদি নেটৱার্ক বিজি ওইবনা লাইন ফংবা ঙমখিদে অদুবু অকোম্বদদি যাদুনা ঙাংনবে–

হেলো

হেলো   পিংকী, নঙ শা উবিব্রা

– শাওদদি অদুম হাযনা  তৌবা হৌনব্রা

– মতাং চাদদুনা তৌবনি । হৌজিকতি খজিকতং শাফবে ।

পিংকী   – কবি মও ংদা শাফবিবনো

– ঐনা যুমদা তাকলম্বদি গুৱাহাটিদা থবক অমা ওইবা যাই অসিতনি। গুৱহাটীদগী পুনেদা লৈবা মৰূপ অমগা পাও ফাওনবগা চৎপনি। থবক মচা অমা হান্না পাইবগা মতুংদা থবকখবা ফবা অমা তৌবিবসিনি ।

পিংকী– ঐঙোন্দা খংহল্লকতবগী মবমদি

পবেশ– কুইদ্রিদনা থা তরুকলোমতং শুবি। নঙগী কমপিউটাব একজাম

লোইবল্লগনি হায়দুনা তৌবকপনি।

পিংকী– পরীক্ষা পাশ তৌবে।

পবেশ– য়াম্না নুঙাইবে। নঙগীসু ফিউচাব লৈ, শোয়দনা থবক ওইগনি। ঐখোয়নিগী অফবা মতম লাকলে। ঐসু লোগী ক্লাস চথবগনি। লো পাশ তৌবগা যাম্না অফবা পোষ্ট ফংগনি।

পিংকী– হৌজিক ঐ কবি তৌগনি।

পবেশ– নঙ অসিদা লাকলো। ফ্রাইটনা লাকউ। নোংমদা য়ৌবক্কনি। ঐ এবোড্রামদা ঙাইবমগে। ভাড়াগী শেল লৈগনিদনা

পিংকী– মদুবুদি লৈগনি। অঙাংশিংগী পরীক্ষাসিমতংদি লোইখিসনু। অদুদগী ঐ থোক্লকলগে।

পবেশ– ফবে অদুদি তুংদমুক ঙাংনবা হাযদুনি ও কে, বাই।

পিংকী– বাই।

হৌজিকতি পিংকীগী পুকনিংদা অচৌবা পোৎলুম অমামুক ননশিল্লবে। মযুমদগী মপা, মবুং অমসুং মনম্মাদগী কবমহাযনা তান্নদুনা থোক্কদবা হাযবসিনি। তাক্লমদনা থোকখিবসু মপুক্লিংনা যাদবনিনা কবমতৌনা ইংনা-তপ্না থোকখিগনি হাযদুনা খল্লি।

পিংকীনা মনম্মদা হাযখিবদি থবক্কী ব্রাফমনি। লমদমসিদা লৈদুনা কমপিউটাব তম্লুবগী চন্নফম লৈতবনা তামো পবেশনা ফননবা শিনবসিদা যাবগে। লমদমসোমগী নিপামচা নুপীমচা কযা কযা দিল্লি, মোম্বাই, বাঙ্গালোব, হাইদ্রাবাদতা থবক তৌনবি। অদুনা মায়গৈ সোমদা চৎলগতা মতিকচাবা থবক ফংগনি। লমদমসিদদি সবকাবগী থবকসু মওংচাদবনা ইংলিশ স্কুলদা পুম্নি মাংহন্দুনা কান্নদে।

লৌন লৈনবগী ব্রাফম পল্লকপদা মদু তুংগী ব্রাফমনি। পিংকীনা মপা-মমা শক্লবা মবুং অমসুং মনম্মগী মায় চোপ্তনবা, সমাজকী মমাংদা মখোযগীসু ঈজ্জৎ লৈননবা চৎথগনি হাযখি। মখোয পুম্নমক যানবগী মতুংইন্না টিকেট কক্কুনা পুনা য়ৌনা পাইখি।

লমদম অদু য়ৌবগা মখোয়গী থবক য়াম্মী। অদুবু মখোয় অনি কবম্মা লৈমিন্নগনি। পবেশ অমসুং পিংকীগী মবক্তা লৈনবিবা মবি অদু শেংদোকপনা ইহান হাম্বগী থৌদাং ওইখি। নোংচুপলোমগী সমাজদা চৎনবক্লিবা ‘‘লিভ টুগেদাব’’ হায়বগুমনা লৈমিন্নবগা তুংদা সমাজকী মমাংদা লুহোংবদি চৎনদবনা হিন্দুগী চৎনবীদা অশম্বা পথাপ শীজিন্নবা তাখি। মসিসু মতমসিগী পুন্সি খোঙথাংনি।

পুনেদা লৈবিবা মণিপুবীগী মশিং পংলিক লিকপা নত্তে। লাইশঙ অমদা হোংলগা, উকিল অমগী মতেং লৌদুনা মেজিষ্ট্রেট পুবক্তুনা বেজিষ্ট্রেশন তৌই। অদুদগী মীওয খবদংগী ওইনা পার্টি অমা কৌদুনা চামিন্নৈ। মসিগী মতুংদা পিংকী অমসুং পবেশকী যুম্বান পুন্সিদা অমকপা লৈতনা খোঙজেলথুনা চেনশিনবা হৌখি।

❖❖❖

# পাইরিদো চেক্লা অনি

ম্যুনিসিপালিটিগী টেপকী ঈশিংনা তাংকক লোমলদুনা লেপখিবগুম চুবম্বা নোঙনা হেক লেপখিবদা শহবগী ময়াদা থুপ্পুনা লৈনবম্বা মীয়ামনা মৈথ্রুবী পাইথোবকপগুম মায়গৈ শলাই খঙদনা চাইথোবকই। নোংজু কুমদাবকপদা কৌজেং হাবৌ হঙোই খোংবগুম বিক্লা স্কুটাব গাডীগী মখোলনা কোইনিল নিল্লি। ঐসু শহবগী লমলোংগী দুকান মচি অমদা লেপ্পুনা বিক্লা ঙাইদুনা লৈবি। মীযামলক্তা স্কুটাবগী মনিংদা নপ্পুনা মকোক খুমদুনা চৎখিবী মৌ মানবী অমগী শক্তম মীৎনা খংউ উহৌই। উনা উনা মাংখি থব্রানমিচাক মথিগুম। স্কুটাব থৌবিবা নহা অদুসু থাঙ্গৈশেংনা খংবা ঙমহৌদে।

ঙাইহাক মতুংদা উচিন নাচিন্না বিক্লা অমা ফংলদুনা মমলি মমলি লম্বীদা চৎখৎলি। ঙমলপ তৌবা থেকচিনবীগী অদুব্রাইমক্তদা লান্মীগী গার্শী অচৌবা অমা শংলি শংলি মুশুক মুনা লম্বীগী নাকন্দা লেপ্পুনা লৈবা উই। মীপোং খবা চেনথোক চেনশিন তৌদুনা লাওনবগী মওংশু উবকই। ঙাইহাক মমাংদা উখিবা নিপা অদুগুম্বা অমনা লৈখোম তোৎলবা স্কুটাব পাইদুনা লেপ্লি। নুপী অমনা লম্বীগী মচি মযাদগী ঈশিং কোৎলদুনা মফিমবোল শেংদোকপসু উই। তুংমাংদা লেপ্লম্বা গাডী খবা বিক্লা অটোশিং সাইড ফংলদুনা চযেৎনবম্বদো শেংদোবকই। তপ্না তপ্না ঐনা তোংলিবা বিক্লাদুসু মখোযগী মনাক য়ৌশিল্লকই। স্কুটাব পাইবিবা নহা অদুনা ঐবু তঙক তঙক য়েংলগা থান্নকই।

—দাদা ঙাইহাক্তুং ঙাইখো।

ঐনা হেক কুমথবকপগা নাক্তা চংশিল্লক্লুনা শোনতক্লা দাদা নহাকপু ঐদি খংঙি। অদোম্নদি ঐবু খংলমদবা যাই।

ঙাইহাক মমাংদা স্কুটাব তোংদুনা চৎখিবা অনী অদুনি হাযনা খংলবদা হংই।

— কবি কমদৌনবনো, থেংজিন্নবা য়াওখ্রববা।

হোয় মখোয়গী গাড়ী অচৌবশিগা তৌবনি। ঐগী মিসেসকী হকচাংসু খুদোং থিবে। অদোমগী য়ুমদা খবা পুবিখো। ঙাইহাক্তং বেষ্ট লৌহনবিবস্মু। ঐ স্কুটাব অসি শেমজিল্লগা থুনমক লাকচগে।

—ঐখোয়গী য়ুম মশক খংইদনা

—খংজে দাদা, ইচেবু মশক খংবনা হায়জবনি। কোন্না মবম খুদিং খংহঞ্জগে। হায়বি হায়বিঙে মৌনহা অদু ঐগী বিক্সাদুদা কাখৎলি। হকচাংদু খবা শেক্লি শেক্লি তৌই।

ঐসু মখাতানা থোযনা হংলুদে। লমদম অসি বিক্সাকাক পাক পাক ফংদবনি। নুপী অদুনা তপ্না তপ্না হায়বকই— নোঙ চুবগী চোৎলি চোৎলি তৌবসিদা সাইড যান্না লিক্লা থাই। মমশিল্লকপসিদা ঐগী মিস্টাব খংনা খংনা তৌফম খংদবনি। মাদি ঙাকথোকহৌবে হাযববু ঐদি মাংলোমদা উপশিন্না তাবনি। স্কুটাব স্টার্ট তৌবা যাহৌদবনি।

মধুমিতা ঐগী মিসেসকী মরূপকী মনাও নুপী ওইবমলে। মখোযনি যান্না লোন্দিন্ননা ৱাবী শান্নবদুনা হকচাং নুঙাইনবা হোৎনবি। ঙাইহাক্তং হিপথবনা ফগনি হাযমন্নদগী মধুমিতা ফমুংদা হিপহনলি। মধুমিতাগী হকচাংদু কযা হৈনিংদবগুম তৌই। মহাক ঙাইহাক্কী ওইনা মীহুন থকৎখ্রবনি।

ঐনা মখোযগী ৱাবী-ৱাতাই অদু তানা তানা ড্রইং রুমদা টিভি যেংলিঙৌদা স্কুটাব লেপহল্লমলগা সঞ্জয চংশিল্লকই। চংলকপগা নোকলপ্ শাওবপ ঙাংবা হৌখ্রে।

কেবল তৎলমলে, শেমজিন্দুনা যাবে। লম্বীনগা মথোংচাদবনে মিলিটাবীশিংসিদি অফাও শাথ্রপোৎনি। মখোযমক ঙাযবে হাযদুনা পোংবনা মীগীকাক য়েংবি পোৎ নত্তে। ঙস্মগা লাম্হোকখো মতানি। লম্বীনগা ঙস্বনে মখাসোমদা লৈথবনি। মধুমিতাদো খবদি নাতৈচাদনা তুথ্রমাল্লে।

ঐগী মিসেস ইন্দ্রানীনা মখাতানা যান্নদি শোকপা নত্তে। হযেং নোংঙাল্লগা হোমিও প্যাঠিক ডাক্তবদা য়েংহনবদি ফগনি। ঐখোযগীদা আর্নিকা লৈবস্বনা খবা পিজখ্রবনি। টিটি ইনজেকসন থাবগীদি থোয়না দবকাব ওইবোই।

—চুম্মি ডাক্তবদা য়েংহনবদি শোয়দনা দবকাব ওইগনি। সঞ্জয়সু খুন্নকই। নৌনা য়ুম্বাঞ্জবকপনিনা কয়াদি থব্বায় ব্রাবমগদবা।

ইন্দ্রানীনা চা থকখিসি ভাইহাক্তং ফমখো হায়বকপদো লোয়ফাত্তনা সঞ্জয়না হৌগৎলদুনা খুন্নকই—

চা তৌবিকুগনু ঐ স্কুটাব শেম্ফমদা থকলক্লে। মধুমিতাসু খামজিল্লি— নোঙ হাংলিঙৈসিদা য়ুম য়ৌখিবনা ফগনি। পাওখুম খবা তৌবা নত্তনা মখা য়াম্না চথকুদে। মখোযগী ব্রাহং কযা ফোঙদোকনিংবা ব্রাফম কযা লৈবম্বদো মবানয়াইদা চৎলগা ইমুং মনুংগী অতৈ মেম্ববশিংগা লোযননা খুদক্তা থোকখিবা থৌদোক অশিগী মবমদা ট্রেজেদী, কোমেদী, সেটাবিং বস খুদিং যাওনা ব্রাবী শাকুবগনি।

চৎলমদাইদা হৌনখংবগী নিংথিবা ব্রাহৈসু হাযবমই।

পংকুই কুইদনা নুমিৎ হুমনি মতুংদা ঐখোযগী ইনে অতোম্বীদো গোল্ড ব্লাডাবগী প্রোব্লেম ওইদুনা নার্সিংহোমদা পুবক্লে তাদুনা হংলুবদগী থোক্লকপদা সঞ্জযগা হেক থেংনৈ।

ওহ্মোক্লা কেজ মৌজববা নহা অদু অবাপ্পদা চেল্লুবা শেংদোকপিদ্রবা মাব্ধটি কাবগুম ইমক মকথৈ। ঐ উবদা মপুক্লিং নৌথৈ, নোল্লুকই। মহাক্লা ঙাংদ্রিঙৈগী মমাংথানা ঐনা হংই—

—সঞ্জয নখোযগী পেসেন্ট লৈব্রা?

—দাদা, ঐগী মিসেস হোস্পিটেলাইজ ওইদুনা লৈবি।

—নহানগী থৌদোক অদুদগী থোকপবা

মানি

মওংদো কবি কমদৌবনো হাযবা যাগদ্রা

ঙবাং ডি এন সি তৌই। ঙসিদি বিলিজ পিবগনি হায়।

—হৌজিক মধুমিতাগী হকচাং কবি থোইদোকপা তৌদ্রা

—ডাক্তবগী সাজেসন মতুংইন্না সিবিয়াস ওইনিঙাই লৈতে।

ঐ অমুক মখাতানা চংশিন্দুনা য়েংলুদ্রে উইমেল্ল ৱার্ডলোমদা। নহানদগী অসুম পুক্লিংদা চিংনবা অমদি লৈগ্রবনি। য়ুমদা য়ৌবগা ঐগী নুপীদা তন্নুবদা মানদুম হঙ্গৎনা ৱাবী পুন্না লীবকই–

মধুমিতাগী মীবোনবা থা অনী শুববনি। ডাক্তবদা চ্যেকঅপ তৌবা চৎলুবদগী হল্লকপদা থোকখিবা এক্সিডেন্টনি। উপনা তুবদুদা নুং য়ৌনা শোকগ্রমাল্লে। ব্লিডিংসু যাম্না ওইখ্রমাল্লে।

—নংদি কবম্না খংলিবা

—ও, মধুমিতাগী মচে বিথিকানা ফোনদা ৱাবী তৌবকই। ঐখোয়দা নহান পোথাবন্নদুগী ওইনা ৱাবী শাবদো অৱাবগী ৱাবীনা মপুং ওইখবে।

—হৌজিককী মতমসিদি চ্যেকশিন্না লৈবফাওবদসু শোয়গনবগী কেইস তোযনা থোক্লবনি।

—মদু মখোয়সু কবি খংলোইদগে। লাইবক্তসু লৈবে। য়ুমদগী মপান থোক্তদুনা লৈবা হাযবদুদি ওইথোকপ্রা।

চহী খবা মতুংদা অঙাংগী কলচাবেল প্রোগ্রাম অমদা ঐগী নুপীমচা অদু পুদুনা শরুক য়ারুবদগী হল্লক্লগা ইন্দ্রানীনা পাওদম্মী– ঙসিদি বিথিকাসু থেংনবকই। মাসু অঙাং খবা পুদুনা লাকই।

মাগীদি জগোয ঈশৈগী তোঙান্বা মহৈশঙ লৈবা নত্রা? হোয মদুনবু মাগী টুপ য়াওবিবনি।

অদুদগী কমদৌবা হায়না ঐনা মখা চত্থহল্লি। হবাওকুম্মৈগী ৱাবীদো তানিংবনা হেল্লকই।

লেপ্তুনা উংলিবা ইলেক্ট্রিক ফেনগী নুংশিৎ লাংনা লাংনা হাযবকই– ঐখোয অনি মতম কুইববগী তুংদা উন্নবনিনা ৱাবী যাম্না শাখি। অঙাংগী কেবিযাব শেন্নগী মবমদা মাসু যাম্না খংলমলে। মাগী মচানুপীদুসু য়াম্না নুংশি।

—মধুমিতা হোযগী হকচাংগী মবমদদি ঙাংনখিববা...

ও মধুমিতা হোযদো য়াম্না ফ্রাস্টেসন ওইবে, মপাল্লোংদদি খংহন্দে।

বিজনদি থোকখিবা এক্সিডেন্ট অদুবা।

মানি, অদুঙৈগী এক্সিডেন্টকী মতুংদা ডি এন সি তৌবদুদা নুঙদা খবা শোকখিদুনা ইনফেক্সন ওইখি হায়। অদুনা মখোয় ভেলোব ফাওবদা চত্তুনা য়েংহল্লুবদা কোনসেপসনগী চান্স ৱাৎলি হায়না রিপোর্ট পিবকই।

—লুহোংবদি চহি মঙা তরুক শুবল্লগনি

—হোয় অদুনবু নীংবা কায়দুনা মধুমিতাদো অঙাংশিংগী ফাংশন, বার্থডে ফাওবদা চৎলু হাযবা যাখিদ্রে হায়।

—এডোপ্ট তৌবগী ৱাফমদি লৈত্রা

—মদুসু তৌবোই হায়। লাইবক্তা লৈত্রবদি লৈত্রে বস। মখোয় যানবিদনা

—হোয যানদ্রবদি অনৌবা পাও অমা তাবকপা শোযদ্রবনি।

ঐসু লিবি হূমলিবা ফেনগী নুংশিৎতা লোংনা হিপ্পগা হাযজে—

অসিগুম্বসে হৌজিক কালদনা খবা মহেল্লে। অদুনা অঙাংগী ৱাফমসে পাক পাক হংবা য়াবকত্রবনি।

—অঙাং যাওবা যাওদবা মতৈ-মনাও নুঙাইনা কোইমিন চৎমিন্নবিবদুসু নুঙাইবা পুন্সি মখল অমনি, তোঙাম্বা মহাওনি।

অদুদগী ইদোমতা ঙাংজৈ তপস্যাগী ঈশৈ—

দো পন্সি দো দিলমে...   .

মখোয় পোম্বী চেক্লা অনি পাইমিন্নবি, ভেলেন্টাইনগী চিংদোন কযা কযা লান্না। ফেন অদুসু লেপ্তনা লৈবি লোদশেডিং কবম্বা তাঞ্জাদা লাক্কনি খল্লুবা ঙমদে।

❖❖❖

# য়ৌদ্রিবা পনথুং

লীনা ঐগা যান্না চুনববা নুপীমচা অমগী মমিংনি ।মাবু ঐনা লীনা হায়না কৌকগা ঐগী পুক্লিংগী যাৱা মপাউ খবা ফোঙদোকপদা মানা যান্না থুনা খঙবা ঙম্মী । ঐগী শানিংবা ৱাবী কযা লীনাগা শাবগা অৱায-অখুম কয়া তৌনখিবা, মাগী মাগী অপাম্বা ফোঙদোকনখিবদা ফংখিবা নুংঙাইবদো কনাগুম্বা মাইচৌ অমগী মনাক্তা ফম্লুববসু অদুক য়ৌনা নুঙাইগনি হায়বা থাজদে ।

মানা ঐবু যান্না লূনা নীংজবতা নত্তনা ঐবু নিংথিনা মশক খঙই । ওজা অমা ওইনবা, মবুংগুম্বা অমা ওইনবা, নত্তদুনা ৱাখল মীংযেং তীন্নবা অমা ওইবনবা খঙদে । মতম অমদা ঐনা মাবু লাইবিক তাকপীবম্বনি । অদুবু মিংগৌদি তামো হাযনা অদুম কৌই । লীনা ইংবেজীদা এম, এ পাশ তৌদুনা লৈবকলিবসি চহী মঙাবোম শুবে । তপ্না তপ্না থবকসু থিবি, পাক হেক ফংলোই হাযবা খঙবনা কন্নসু হোৎ নদে। মতমগী থবক মনোম, নোমবিনবা মীসু মাগী লৈজদে । মবমদি মপাবুং থবক্তগী পোৎথাগদৌবে অদুগা মৌপৱা অমতং লৈজবসু কোলেজ তমলি । মতম লেন্‌বা ওইনা অঙাং খবা খবা লাইবিক তাকপিবসু উই। ইংলিস স্কুলদসু ওজা ওইবা চৎপগুমসু তৌই । কবিগুম্বদসু খনখি, হৌজিক কালগী লৈশাবীনা সাইড বেগ অমা যানশিল্লগা চুডিদাব শেৎলদুনা থবক চিনবা শাদুনা পংচৎ চৎপা ওইবমগদ্রা ।

নোংমা নিংথমগী অযুক অমদনি । ঐ ঙল্লপ ওফিস চৎলি । শিলং পট্রিগী মচিন উল্লাসকব দত্তগী মুর্ত্তি লৈবা মফমদুমক্তা ঐ বিক্সা ঙাইদুনা লেপলম্মী । খঙহৌদনা লীনা বেগ অমা য়াল্লদুনা মশমদো ফাবপ তৌবদুনা ঐগী নাক্তা চংশিল্লকলম্মী । মাবু উবমক্তদা ঐনা,

"লীনা নংবু কদোমদনো, অয়ুকশিদা"। মা ইকাইবপ তৌনা খোঙথাং তপলপ মাঙলোমদা মখুৎ থিল্লদুনা ,

— আঃ অসিদা নবসিংটোলাদা ইমান্নবী অমগী ময়ুমদা চৎলিবা ।

— নংবু ঐখোয়বোমদা ইকোয় কোয়থোবকখিদ্রে। শাওনিংবকা লৈববনে ?

" কবিগী শাওকুগদগে তামোশিম, ওনথোক ওনথোকপা বা হায়জল্লকই" অসি হায়বদুনা লীনা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকলে । ঐনা হায়রুই'।

— নংবু থবক্কীদি কবি কবি হোৎনবিগে ?

— পংথিতা থিবি, এডভবটাইজমেন্ট থেংনববদি? অমত্তা থাদোকতে। গোভট গার্লস হাযাব সেকেন্দাবীদসু ইংবেজীগী ওজা অমা বিটাযার্ড ওইবে হায ।অদুগা শিলচব পোলিটেকনিক্কী লেকচবব অমগীসু থাজিনখ্রে ।

— আঃ চুম্মি ঐসু পেপাবদা থেংনবম্মী। পোলিটেকনিক্কীদুমদি ঐসু খবদি মতেঙ পাংবা ঙমগনি নিংঙি ।

— খঙজবে, খঙজবে, উবাকান্দা হেক তৌশন্নবা ।

— নত্তে, নখোয নুপীমচাশিংসে থবক ফঙদবা ইযামক যাদবা জাৎলনে?

— ইখুৎতা শেল খবা থোকচববদি ফৈদনা তামো ।

লীনা ঘড়িবোমদা হাযফেৎ যেংবগুম তৌই ।ঐসু ঙসিদি থেঙবা যাদবনিনা বিক্সা অমা লাকপা উবদুনা, 'ফবে ফবে যান্নসু পংখন খল্লুনু, ঐখোযসু চহী মবি মঙা ঙাওবল্লিবনি বেকাব ওইনা'। ব্রাহৈশিংসি লোইফাৎত্রিঙৈদা মহাক মখোঙ থাংবা হৌগৎখ্রে। বিক্সা অদো খামলদুনা ঐসু ঐগী ওফিস তন্না লাকখি ।

লীনাগী মতৌদু উবদা যান্না নুংশিখি ।মহাক শোযদনা মাগী মমান্নবী অদুগী মযুমদা থবক্কী তান্নবা চৎপা ওইবমগনি । মখোযগী মমানসু নবসিংটোলাদা লৈবী অসিমা নন্দী কৌবী মমান্নবী অমসু ইংবেজীদা এম, এ পাশ তৌদুনা থবক থিমিন্নবী হাযনা নোংমা তমখিবনি ।থা মবীবোমগী মতুংদা ঐনা ওফিসতগী হল্লকপদা প্রেমতলা পুলিস পোইন্টকী চীল্লবা লমলোংদা নুপীমচা অমা হিবো হোন্দা মনিংদা ফমদুনা চৎখিবদো হাযফেত উহৌবদা লীনা ওইবমাল্লে হাযদুনা থকচাননা যেংহৌই । মা ওইবমগনি হাযবা থাজবা অমদি লৈবগসু মটব সাইকল

থৌবিবা জীন শেৎপা নিপামচা দুবুদি মীতৈসু মান্দবনিনা য়ান্না চিংনখি । মতম খবনি মতুংদা নুমিদাংবাই অমা লীনা ইচম চন্না শাডি অমা শেৎলদুনা মশমদো বাই বাই থাদবদুনা ঐখোয়দা লাক্লম্মী । মানা শাডি শেৎপসি ইহান হান্না নুমিৎ অদুদা ঐনা উবা ফংখিবনি ।

ঐনা হায়রুই, কবিনো শাডিকা শেৎলদুনা তৌবকইসিনা ?

— ঐ মবক মবক্তা শেৎলি তামো, ফনেকসু অসুম শেৎপা সাওই । ঐঙোন্দা অথীংবা অমতা লৈতে ।

— হোযনে অদুবুদি ঐখোযসু খোংগ্রাওনে, পঞ্জাবীনে ফৈজোম, খুদৈ মতাং যেংল যেংলদুনা শেৎলিবসিনি। বাফমসে লোইফাৎত্রিঙৈদা লীনানা হাযবকই, "অদো তামো ঐঙোন্দা পাননবা মণিপুবী মেগাজিন খবদং পীবিযু।"

"নঙবু মণিপুবী মেগাজিন অমুক পাখৎ লগেবো, লৈববুদি মনিপুবী মেগাজিন যান্না লৈযে" অসি হাযদুনা ঐনা সেলফকী মীংশেলথোং অদু ইনথোক্লগা মনিপুবী মেগাজিন থল্লিবা কাখন অদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা "অসিদগী পানিংবা মেগাজিন খল্লু" হাযখি ।

লীনা হৌগৎলগা মেগাজিনগী মখুমশিংদু যেংল যেংলদুনা যান্না হৈনিংনা মানা পামজবা মেগাজিন ৫/৬ খক খল্লগা টেবিলদা থম্মি । মবকসিদা ঐগী নুপীনা চা পুথোক্কুনা থকমিন্নবে । মখোযনিদি নুপীগী হৌনবা শেৎচাবগী ফীবোলগী মবমদা বাবী শানবি । লীনানা পানবা খল্লিবা মেগাজিনশিংদু কবি কবিনো হাযনা য়েংলুবদা সাহিত্য, বাখল , ঋতু, অনৌবা ঈচেল, খোবিবোল, মঙাল অমসুং সাহিত্য পবিষদকী নিংশিং চেফোঙনি। নোংপোক মৈবাগা বাকৎকদি মখোযগীদা লৈ হাযবা খঙঙি । ঐগী নুপীনা মবক থৎনা হংখিবা তায়, "নঙগী থবক্কীদুনা কমদৌবি। পোলিটেকনিক্কী হাযবদু ইন্টবভিউ থাখ্রববা ?

— হোয় থাখ্রে চৎমিন্ননবা মী অমতা লৈতদুনা ঐখোয সমবগী মৰূপ অনিৰূদ্ধগী মটব সাইকলদা চৎথোক চৎশিন তৌখি।

ঐ খংনিং নিংশিলক্কুনা খংহং হংলুই, "কমদৌখি ফখিববা ?"

— ফখি তামো । অদুবু ইন্টবভিউ ফবনা কৈদৌনি, হৌজিকী মতমসিদবু, থাজবা হাযবদুনি । অদো তামো ঐ অমুক যৌজশ্রগে , তামোগীদা মণিপুবী আউটবুক যান্না লৈ — লৌবখিদৌবনি । অসি হায়বল্লগা মহাক মেগাজিন খবদু পুবগা চৎখ্রে । ঐনা মেমচৌবীদা হায, "ঙসি লীনানা তৌবিবা মতৌসে উবদা ঐঙোন্দদি অঙকপা অমা ওই । মহাক্না মণিপুবী লিটবেচবদা থৱায যাওবক্লিবসে যান্না নুংঙাই ।"

— মাদি হোলিক্রোসতা তমলকপগী হৌনবী ইংলিশতনি খঙলিবা । তৌববুদি মহাক্না মণিপুবী জগোযনচিংবা মণিপুবী কলচববুদি থাগৎপনিদা।

— "মণিপুবী কলচব হাযবগা নিংশিংলকলে, কুমশিদি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী চহীগী মীফমলেনসু শিলচবদা তৌগদবনিনা কার্পেট, পর্দাকাকসে অনৌবা শিন্দোকতবা যাবোইদৌবি।"

— হোয, লিটবেচবদা থৱায যাওকুববনিনা মতম অমদি শেল খবা হেন্না মাঙবা থিকবা যাদ্রেদনা ।

নোভেম্বব ২৫, ১৯৯২ ইং নোংমাইজিং নুমিৎ কী অযুকনি । মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ আসামগী ৩২ শুবা চহীগী মীফম শিলচব ডিস্ট্রিক্ট লাইব্রেবী ওডিটোবিয়ামদা চৎথবকপগী নিনিচনবা নুমিৎনি । ঐনা অখঙবা ওজা ওইবী নুপী খবগা লোযননা লীনা মীতিন হোল তন্না চংলকই । লীনা যাম্না থাজদনা মখোযগী মবক্তা যাওবকপা উবদা মাবুতা যেংদুনা লৈবম্মী। নহালমখৈ চুবিদাব শেৎলম্বদগী মীতৈ ফীজেৎ শেৎলকপদা কযাদা খেন্নবে। মশক অদু পুমনৌ নৌখ্রে, চীংলেম্বসু হেল্লে । লীনা মখুত্তা লিটলবেগ অমা পাযবগুমসু তৌই । ঐবু যেংলগা ইকাযবপ তৌনা হাযফেৎ নোকলম্বদু নত্তনা ৱা অমত্তা ঙাংলমদে । ঐদি মহাক অযুক্কী মীফম লোইবগা চৎখিগদ্রা খল্লম্বনি অদুবু নুংথিলগী মীফমদা কবি সম্মেলনগী মতাংদা মহাক্কী মিংসু যাওবকলে । কোম্ব্রৌজম অনুপমা হাযনা কৌবক্লবদা লীনা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎলগা মীযামবু খুরুমজববদা তীল্লিবশিংদুসু অঙকপগা লোয়ননা মাবু যেংনৈ । লীনাগী ৱাহৈদা, 'পুন্সিদা বাংলা অমসুং মণিপুবী কবিতা খবদি ইখ্রে হাযববু কবি সম্মেলনদা শৈবেং থিবদি ঙসিনা অহানবনি ।" শৈবেংথিবা হৌবকই । মাগী শৈবেং ফজ্রে তিল্লিবা মীযামসু অপেনবা ফোঙদোক্লনা

খুবাক ফজনা খুবকখি । ঐগীদি লনাই ওইনা পেনজবদগী হেনদোক্নুনা মাগী যুমদা চৎতুনা থাগৎ লুনবগী মীৎকুপ অদুতবু খোইবাঙনা ঙাইজবা তাখি ।

মথংগী নোংমাইজিংগী অযুক অমা লীনাহোইদা চৎলি । কবি সম্মেলনদা পাখিবা মাগী শৈবেং থাগৎকে খন্না লৈবকখিবনি । চৎলমদাইদা মেমচৌবীনা হাযহৌই — চাক হাপলগে, চাখ্রোকা থান্নসু চাবিবক্লনুকো ।

অযুক পুং মাপন হেল্লে । চিংনদনা অসুম লীনাহোইদা চংশিনখিবদা মখোযগী দ্রোযিং কমগী মপান্দা খোংউপ জোবা অনিখক লৈবা উই । কোল্লিং বেল খিংবা নংদে, থোঙ হাংদোবকলে মখোয পাবুঙনা। ঐসু এটমোসফিযাবসে মওং অমনি খন্দুনা ৱা পংঙাং ঙাংদবে । লীনাবু যেংবা লাকপনি, তোলেনখুনগীনি । মচানিপাদু ডাক্তাবনি, হাফলংদা থবক তৌবি। লীনাগী মনে অমনা শিল্লকপনি । মপা শাবসি স্কুলগী ওজানি, ইচম চমনা ৱাবমখিবিক মচা খাযনা শান্নবদা নুংঙাই । শেল যান্না চাদিং তৌদবা, অউনপোৎনচিংবা কা হেঞ্জিনদবা মখোযগী কবি মতেং ওইগদবা, অশোমগীসু খুদোং চাগদবা ৱাবম খিবিক মখোযগী অহল লমন্‌শিংগা শান্নবিবদুগী মথক্তা ঐগী হাযজবা হাযববু সহবসিদা অতোপ্পা ফুৰূপকী মীওই কযাসু তিনগদবনিনা ঐ খোযগী ইনাৎকী ওইবা চপ চাবা লুহোংবগী শক্তম অসি নিংথিনা উৎশি হাযবসি খকতনি ।

ৱাবী শাবা লোইবক্লবদা মপাশাবদুনা হংলকই ইতিং তিংনা লীনাগী থবক থনাগী মবমদা । মতমগী ৱাফমনিনা পংলায লাযনা খন্দোকপা যাদবনিনা ঐ ঈশামক্লা শন্দোক্লা হাযবা তাখি পোলিটেকনিককী অমদি অতৈ অতৈগী । নোম্বা খোৎপগী দাযিত্ব পুন্নমক মখোযনা লৌবগনি হাযববদা থোযদোক্লা নুঙাইজখি । মখোয লীনাগী পাবুংগা লোযননা থোকখ্রে । তাঞ্জাসিমকতদা মখোযগী মমানা হংলবে "কবি কমদৌবগে, নিপামচাদুবু ইবুংঙোহোয খংবিব্রনে । খংদেনে তৌবিবসিবু যামনা থুমনখ্রবনে" হাযববদা ঐসু 'ইনে মসি মাগী মাগী লাইবকনি' হাযনা হাযবগা লীনাবু তপ্পা কৌখি । মহাক থোকলকলবসু হাযফেৎ ইকাযবে ৱাবী অতৈ শাবগী ফিভম নৎলকত্রে । থাখায় মতুংদা হোংগদবনি ।

যুমদা হল্লক্লগা ঐগী নুপীগা ৱাবী শানৈ, লীনাগী লুহোংবগী মবমদা। যুগকী খোংচৎতা চুমনা চৎচবা মীওয অমগী খোঙদাফম লৈত্রগুম খল্লি। অদুবু অমুকসু

খল্লি লিফটকী মতেংনা খঙহৌদনা কাবক্রুগা থুংলববা প্লেট ফোর্মি অমদনি । মাগীদমকতা কবি খুদোল তমখিসিগে খন্নবদা ঐনা খম্বা-থোইবী শৈরেং অপুনবা ভোল্যুম অমা ঐগী নুপীনা মীতৈ বাণী ইনফি অতাঙবা অমা পীখিসি লেপ্নবে। অফবা খেনফম অদু যৌবকতুনা লুহোংখবে মপুং ফানা। লীনা এনসি হিলসকী ফজবা দৃশ্য য়েংলুবগনি হাফলংগী চীংগী ক্বার্টাব ফজবদা হাউস রাইফ্ ওইনা পোৎথাকুবগনি, খম্বা থোইবী শৈবেংসু পাকুবগনি। লোকতাক পাৎতা কুমদুনা ইনচিংনিংবগী মথি ফোংলকপদদি পোৎথাবগী অমুক তংতাবা লৈখিগনি থাজদে। মাঙদা কবম্বা পনথুং নৈবিবা থুংলুদ্রিমখৈ খঙবা ঙমদে।

❖❖❖

# লমলানবীদুগী অরোইবা মপাও

আসামগী কোকবাঝাব শহ্বদা থবক তৌবিবা অফিসাব অমগী ব্রাখলনি। কবি অমুক ওইগনি। কৈদৌঙে মফমসিদগী ট্রান্সফাব ওইগনি। চঙখ্রগা থোক্লকপা পংলাই লাইদবা লুশৌগুম্বনি। মহুৎশিনবিনবা থিবা ফংদবা হাযবসিনা খ্বাইদগী অচৌবা মবমনি। অদুবু খাংলি মযাম্না খাংনবগুম সুবচন্দ্রসু। খুঙ্গং কযাদা ইন্দাস্ট্রি তৌবগী ট্রেইনিং সেন্টাব হাংবগীদমক লাক্লিবা থবক ফংদ্রবা লৈশাবী পাখং কযাগী লোন লৌবগী এপ্লিকেশনশিংদা বিকোমেন্দ তৌবি। অব্রাং-নোংপোক ভাবত্তা নোংমৈ মখোন্না নাগা লমদমদগী মথং মথং শন্দোবকপদা খবা থেংতকনা থুংলববসু মৈচাক কন্না চাকলিবা মফমনি। খুল-লৈদা চত্তুনা হকথেংননা যেংলুবগী থৌনা থোক্তুবা ইন্দাস্ট্রিগী অফিসাবশিংনি।

মকোক মতোন চপ মান্নে। এন্টাবপ্রিনাবশিংনা হাযবকপা অপাম্বশিংদো যাবে হাযবগা লোইবে। মথংদা লোন পিবা পিদবা হাযবদু থেংনকুবা বেঙ্কশিংগী মশকক ওইবসনু হায়না চৎথবিবা থৌওংনি। ঙাইহাক্কী হিংননবা পংতৌ তৌববসু মথম্মোযনদি যাদবনিনা চাকবীগীসু খল্লুবদা পুক্লিং লৈতাদে। সবকাবগী নোর্মস পুথোকলুদুনা ব্রা ঙাংলুবগী থৌনা থোক্তে। চহি অহুমশুনা থবক তৌবা তৌদবগা মবিলৈনদে। মানা মানা ঙস্না মওংদা ঈবাংগী লমদমসিদগী থোকখিবা অসিতনি তুম্না হিপ্লা চাবদা খন্নবিবসে।

নৌনা থিবক্লবী মহাক্কী তালোয প্রমোদিনিগা চহি অমবোমদি লৈমিন্নবম্মী। ঈবাং-ঈহৌনা হেঞ্জিল্লকপদগী মাগী চান্নবীদুবু মযুম লমদম কাছাডদা লৈহনখি। ডিষ্ট্রিক্ট ইন্দাস্ট্রিজ সেন্টাবগী এক্সটেন্সন অফিসাব ওইবকপসু ফনা কুইবক্লবনি সুবচন্দ্র। প্রমোশন কাববদি তাঞ্জাচানা কোকবাঝাবদগী থবক মফম হোংবগী শরৌ অমসু শিল্লিবনি। হন্দক্তি খুদোং অমা চাবে হায়ববু মবমদম কাছাড লমদমদদি ওইদ্রে। মী যাম্না লৈবা গুব্রাহাটী মহানগবদদি শিন্দোক শিঞ্জিনগীসু খুদোংচাবনা প্রমোশনগা লোয়ননা পোষ্টিং ওইবক্লে।

গুৱাহাটীদা লাকপদগী সুবচন্দ্রগী লাইফ-স্টাইল পুংহোং হোংখ্রে। মহৌশানা কেজ-মৌজবা পামজবগা এসিস্টেন্ট মেনেজাব ওইনা প্রমোশন ওইবকপদগী অঙকপা ফংনা লুবা-নানবদা পুক্লিং খোইজংলকখি। কবিগীসু লুদনি। মাগী কলিগ বিতাগা লোইশঙ অমত্তদা থবক তৌমিন্নববসু ৱাখলগী ঈচেলদি তাইওন্নবনি। নুংশি-নুংওনগী লমদা নৌনা খোংদাবক্লিবা শাবী-শানৌগী পাংখকনি। বিতাদি বি ই পাশ তৌবগা থবকসিদা চংবনি অদুগা সুবচন্দ্রদি বি এসসি ফাওবতং তমখিবনি। মতিক-মগুণ লৈবী অফিসাবসিগা লম্বা পাবদা নোপতনবা সুবচন্দ্রনা মাগী লৈজবা অহেন্বা মতিক-মগুণশিং হেক হেক থাদোবকই। সুবচন্দ্রনা সবক-মবক্তা ভাইওলিন খোংবদগী তুংদা বিশাবদ পাশ তৌখি। বিতাসু নাটক যাওবীনি। ফিল্ম তাইবং অমদি ঈশৈগী শৈহেক্তা ঙাওমিন্নখি। বিতানা পুবকপা অহাওবা টিফিনসু চামিন্নখি মবক মবক্তা।

গুৱাহাটীদা লাকঙৈদগী হোলিডেগী ফিভম যেংলদুনা সুবচন্দ্রনা হেক হেক শিলচবদা লাকই। মমিত্তা মচা অমা উজবা ফংদ্রবী মাগী তালোয চন্দ্রসখীনা গুৱাহাটীদা চৎনিংবগী ৱাখল তত্তনা ফোঙদোকই।

"গুৱাহাটী সিটিদা লৈজগে হাযবসি থবক তৌবা অযাম্বগী ৱাখলনি। অদুনা গুৱাহাটীদগী থোকপগীদমক অতোপ্পা মহুৎ থিবদা ৱানিঙাই থোক্তে।" সুবচন্দ্রনা ফমুংদা ফল্লদুনা চন্দ্রসখীগী শন্নাং অদু পাইবদুনা তাহল্লি।

চন্দ্রসখীসু সুবচন্দ্রগী হকচাংদা ঙাথবদুনা হাযবকই—

থোক্লকপদা লাইববদি শিলচবদা লাকত্রিবা কবিগিনো। মতম খবা কোকবাঝাবদা লৈমিন্নবম্বদুদগী হেন্না ঐগী যুম্বান পুন্সিগী তংতাবা হাযবদু ফংদদুনা লৈবিবসিনি।

—ঐনা ঙম্বমখৈ যুমদা লাক্লিবসিনি। নঙ য়াওনা গুৱাহাটীদা লৈবা হাযবসি তযাং তযাং লৈবা যাব নত্তে। চহি অমবোমদি লৈতবা য়াদবনি। ঐগী সার্ভিসকী চে-চাং শেমগৎকদবসু লৈবনিনা মতম খবদং লৈবসে ঐগীদি যাম্না তঙাইফদবনি।

সুবচন্দ্রনা খংঙি মদুদি চন্দ্রসখীগা লোযননা গুৱাহাটীদা লৈমিন্নববদি বিতাগী মবমদা শোযদনমক্কী চন্দ্রসখীগী নাকোং য়ৌখিগনি। অদুগা নুঙাইফম খংদ্রবা ওলাং-ওনশাওগী যুম্বান অমদা তাবগনি। অদুবু মতম কযা কুইনদি নমশিন্দুনা থমগনি।

**তাইফেৎ তাইববা ময়োনগুম্না লৈনুংদগী ঈনখৎলক্লুনা লৈমায়দা উৎলকপা** শোযদ্রবনি। অদুনা চন্দ্রসখীগী থম্মোয়দা পেন্ননবা গুৱাহাটীদগী ট্রান্সফাব লৌবকনবা হোৎনবা তাবকখি। কবম্বা মতমদা কনাগা মিউচুযেল ট্রান্সফাব তৌব যাবা নত্রগা কনাগুম্বা প্রমোশন ওইবদগী কৈদৌঙে ভেকেন্ট পোষ্ট লৈগদবা হাযবা ৱাখলশিংসিদা উংলদুনা মীগা ৱাবী শাবা হৌগৎলি। ডিবেক্তব ওফিসতা চত্তুনা ঈ-পাও লৌই।

মাযগৈ অমবোমদা বিতানা সুবচন্দ্রবু মপুঙ্গিগী ওইনা লৈমিন্নবা যাব্রা হাযবগী থৌবাং লৌখৎলকই। বিতাগী মযুমদা পাংথোক্কদবা সবস্বতী পূজাদা নুমিদাং ৱাইবম লেংবিবক্লবা কন্না বিকুৱেস্ট তৌই। সুবচন্দ্র চত্তবা যাদে খল্লদুনা চৎলি। পংথাপ থাপ্লদে। বিতাগী মচে অদু মীযাম্না শকখংনববী লেডী বিংকু মুখার্জী কৌই। মখোযগী পাকচাওববা যুম্ফম কোম্পাউন্দদা ইংলিশ স্কুল অমা লৈবি। স্কুল অদুগী ওনাবাবী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুবি। নুংথিলদা মহৈশঙগী ওইবা ফাংশন মচা অমা তৌই। সুবচন্দ্রসু ভাইওলিন খোংবগীদমক কন্না হাযমনবদগী ভাইওলিন খোংখি। সুবচন্দ্রবু কোম্পাউন্দগী অকোযবদো যেংহল্লদুনা বিতা মুখার্জীনা হায-

—যেংউসে পাকখ্রবা ইংখোল অসে ঐখোযগী ইপুধৌনা লৈবম্বনি।

—নখোযগী নপুধৌদি কবি থবক তৌবম্মী।

—মহাক ফোবেষ্ট ডিপার্টমেন্টকী এসিসটেন্ট কোনর্জাভেটাব ওইবম্মী হায। ঐখোযনা খংহৌবদা বিটাযার্ড ওইবমলে।

—নখোযগী পাবুংনসু কোম্পাউন্দ অসি মাংহন্দনা ঙাক্তুনা থমলম্লে।

সবস্বতী পূজা নুমিৎকী হৌনবী মতুংইন্না অঙৌবদা ফিবান অঙাংবা চেনবা শাডী অমা শেৎলদুনা সেম্পু লুববা তেল্লবা শম্লাং অদুনা ৱাই ৱাই শন্দোক্লদুনা মবেপনা ঙল্লবী বিতাগী চেংলৌ শক্তমদু কযাদা পুক্লিংহুনিঙাইগী মশক ওইবি। সুবচন্দ্রসু যাম্না নিংথিববা লৈতেং তৌববা চোল্লবা পঞ্জাবী শেৎলি। মপুক্লিংদা খ্বাইদগী হেন্না নুঙাইজববা অমসুং মপুক্লিং নুংশিববা নুমিৎওইবদগী বিতানা থম্মোযনুংগী ৱাবী কযা অবোৎপা লৈতনা সুবচন্দ্রগী মফমদা পাউদমলকই।

ঐখোযগী পাবুংনা ইমা লৈখিদবগী মতুংদা মৌ থিখিদবগী মবমসু চেচে ঐখোযনিগী দমক্তনি। নিপা অমা যাওদবদগী পেন্দবা লৈববসু ঐখোযনা নুঙাইবোয

খনখিদুনা নোংমতসু ফোঙদোক্তে। শহবসিদা য়ুমফমগী লমগী ক্রাইসিস ওইবকপনা প্রমোটাবনা কয়াবকহন্না হায়ববনি। পাবুংনা চেচে ঐখোয়নিগী তুংগী খন্দুনা লমশিং অসি য়োনথোকখিদে।

মখোন অনিগী স্কুল শঙ অসি শাববনিনা হৌজিক্তি মীনা মীয়েংতাবা ব্রাৎলগনি।

—মহেশঙ লৈবিবা মাযগৈসে চেচে বিংকুগীনি। অদুগা ঐখোয়গী য়ুম লৈবিবা লমশিং অসোমদনা ঐগীনি।

—মমল যামখ্রবা লমনি। সুবচন্দ্রগী ব্রাফম অসি লোইফাত্তনা বিতানা চংশিল্লক্লগা সুবচন্দ্রগী মখুৎ পাইবদুনা "লমশিং অসিগী মপুদি নঙনা ওইগদবনি..."

সুবচন্দ্রনা ঙকচাননা হংই বিতা ঐনা খংনিংবা হাযববু নখোযগী চেচেনা মযুম পান্দ্রিবসিনি। মবম খংবদা কাযব্রা।

—কবিশু কাযদে। মবম হাযববু পাবুংগী দমক্তনি। লমদমসিদা লৈগদবা নিপা পান্নম্বননি। মদুশিংদো ইথোক থোকখিদে। অদুনা ঐবু থাজবিবগা চেচেনা অহল ওইবক্লবা পাবুংবু যেংশিন্নবা লৈবগে হাযনসু খনখিবগুম তৌই।

—আই সি, ঐ ভাব তাবে। থৌদোক অসিদগী নঙোন্দসু ইমেইজ অমা তাবকপনি।

—নো নো, মদুমক্তি সেন্ট পার্সেন্ট চুম্বা নত্তে। ঐগীসু অশোযবা খবা লৈখি।

— কবি অশোযবা

— মতম অমদা ঐসু অপাম্বা নিপা খন্বদা যাম্না শাথিবম্মী। অদুনা ঐগী অপাম্বা পাত্র ফংখিদে।

— হৌজিক্তি

— হৌজিক্তি ঐনা পাম্বদু হেক্তমক ফাজিল্লগে খল্লি। মখোয়নি নোকমিন্নবদুনা অচিকপদা কোনশিন্নে।

সুবচন্দ্র সাহেব অমসুং বিতা মুখার্জী অনিগী মবক্তা লৈনবক্লিবা নুংশি-নুংওনগী মবি অসিদা অতৈ স্টাফকী মায়গৈদগী চীংনমীয়েংনা ঙাংনবসু য়াওবকই।

অবোনবা শাজৎকী অমুক ফজফম লৈবা নত্তে। মশাগী ৱাখল-লীচৎ পার্শোনেলিটিদা অমসুং সার্ভিস বেকর্ডতা শোকচিন্নকপা য়াবগী চীংনবা অমসু সুবচন্দ্রগী মপুক্লিংদা ফাওবকই। অদুগা বিতাগা লৈনবিবা মবি অসিদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্কনি হায়বগী থাজবা অদুসু মহাক্লা খংঙি।

অদুনা সুবচন্দ্রগী পুক্লিংদা মতম অযাম্বদা খনবা হৌবকখি – ''গুৱাহটীদগী থুনা থোকখ্রবদি চযেৎনবা অসিদগী কোকপা ঙমগনি। তৌইগুম্বসুং খুদোংচাবদুদি হেক্তমক লাকতবনিনা ৱাখলতমক খন্দুনা অকেমফাত্তা তাই। অমবোমদা বিতাসু সুবচন্দ্র ট্রান্সফাব তৌনিংবগী ঈবাং উবকপদগী নোংমা অফিস লোইবগা ৱাহং হংলকই ... .. ... সুবচন্দ্র সাহেব নহাক কবি খল্লিবগে।

সুবচন্দ্রনা হাযফম খংদ্রদদুনা ''কবি অমুক খনগনি। ঈশ্বরগী লীলানি, পুম্নমকসে মাগী নোংদমনি।''

– যেংঙু হি অনি তোংবা হাযবসিগী বেজান্ট কৈদৌঙৈদসু অফবা ওইদবনি।

– অদু ঐ কবম্বা হি তোংসিগে হৌজিকপু।

বিতানা নোকফেৎ তৌবদুনা ...

– ইবুঙো নহাক যাদ্রে। হি অঙাওবী অমা তোংলুবদগী নকোক অদু যাদ্রে। বট্ অসিমদি খছৌ মীওযবগী পুন্সিদা অৱাবা অমগা নুঙাইবা অমগনি। নহাক্কী নুঙাইবদা অতোপ্পা অমগী অৱাবদো লুনা খল্লুগনু। নুপীসু অমখক্তংনি। নুঙাইগদবদুতং খনবিযু। নহাক্কী পুন্সিগী হিমায নহাক নশানা চুম্না হোনগদবনি।

–থাগৎচবি লৌশিংচাওবী বিতা ম্যাডাম। ঐসু খল্লি মদুদি অৱাবদো কনাগুম্বী অমখক্কী ওইবসনু, অদুগা নুঙাইবদুসু কনাগুম্বী অমখক্তগী মশকক ওইবসনু। নুংশি নুংওনগী ৱাবীশিংগী মবক্তা লেডী ডাযনাগী অৱাবগী ট্রেজিক লাইফ অদুসু নিংশিংনিঙাই ওইবনি।

ঙসি ঙাংনখিবা ৱাবী ৱাতাই অসিনা মীওযবগী মপোক্তা ঙাইহাক্কী ওইবা বোমান্স অমসুং পুন্সিগী অবেপ্পা ফিদম হাযবা অনিসিগী মবক্তা মুক্রবা লাকই হাযবদু খংহল্লি। সুবচন্দ্রদা চন্দ্রসখীনা ইতৎ তত্তনা টেলিফোনদা হংলি– চহি অমা হেনখ্রে, ট্রান্সফাবগী হোৎনবদু যাদ্রিববা। ঙাইখো, হোৎনবি হায়বা নত্তনা অতৈ

কবিসু অহেন্বা হায়নিঙাই লৈতে।

বিতাদি সুবচন্দ্রদা লন-থুম, য়ুম-ইস্থোল অমদি মাগী সার্ভিস পুন্নসি উংলগা সুবচন্দ্রবু মখুৎচল্লগে হোৎনবকপনি। মখোয় অনিগী মবক্তা নুংশিগী লংলানা পুল্লদুনা থবক তৌমিন্নখিবা চহি অনিবোম হৌখ্রে। তৌবতবু সুবচন্দ্রনা মাগী থেংনগদবা অবাবা খিবিক্কী খল্লুবদগী বিতাগা লৌন-লৈনবগী অবোইবী খোঙথাং অদুদদি থাংজিনখিদে। অসুম্না চহি অনিবোম হৌখ্রবগী মতুংদা সুবচন্দ্র সাহেব শিলচবদা ট্রান্সফাব ওইবগী ওর্ডাব ওইবে। পাউ অসি তাবদা বিতা হায়নিঙাই লৈতনা মথবাই নুঙাইখিদে। নুমিদাং কয়াদা পুঙমদ্রবা নুংশি মৈচাকপু খাংবদা মিৎলু পীবাং শিহুখি।

শিলচব ডি আই সিদা (District Industries Centre) য়াম্না হবাও-তয়াম লৈনবা মতাংনি। সুবচন্দ্রগী মচানুপা অমা ফংবগী অহাও-অথুম চাদুনা নুঙাইবিঙৈগী মতাংনি। গুবাহাটীদগী এক্সটেন্সন অফিসাব অমা ট্রান্সফাব লৌবক্তুনা জোইন তৌববে নুমিৎসিদা। অসুম বাবী-বাতাই শাবদগী সুবচন্দ্রনা বিতাগী বাফম হংবদা খুল্লকই — ‘‘মহাক্তি নহা ওইবিবা বিজিনেসমেন অমগা লৈমিন্নখ্রে। কাব তোংদুনা অফিস অকা-অকুম তৌই’’। সুবচন্দ্রগী মাযথোং মকশিল্লি— ফবে ঈশ্বরগী নোংদমনি। অফংবা পান্থী অমদা য়েৎপা তাবনি।

❖❖❖

# বি, পি,

শজিবু-কালেন থাগী নুংশা খংহাই হাইগৎলকপা মতমনি। সহবগা তাইনবদা লৈবা খুঙ্গং অমগী আসাম-টাইপকী পীক্তক তৌবা যুম অমদা ওঝা চন্দ্রকুমাব পোখাবি। পুং তবা তাবকপগী অদুব্রাইদা মহাক্কা স্কুল অমত্তদা শুমিন্নবম্না ওঝা তোলমু সাইকেল অমা তোংলদুনা খবা ডল্লপ তৌনা নক্লবা খুঙ্গংদগী শহব পাংনা স্কুল কাখৎলকই। শবক্তা ওঝা চন্দ্রকুমাবগা উন্নবমগে হায়দুনা চংলকই। ওঝা চন্দ্রকুমাবনা থবক্তগী পোখাবসি চহি অমবোম ফাজিল্লক্লদৌবে অদুবু পেনশনগী শেল-থুম অমত্তা ফংদ্রি। গ্রুপ ইন্সুবেন্সকী শেলখবদি ফংলে হায়ববু গ্রেচুইটি, জিপি ফাণ্ড অমসুং থাগী ওইনা ফংগদবা পেন্সননচিংবদি ফংগদবা ব্রাৎলি। ওঝা ওইবনিনা ওফিস শুবাগুম্না লিভ সেলাবীসু খুদক্তা ফংগদবা লৈতবনিনা মতম খবনি ওঝাসি যাম্না ব্রানা ইমুং-মনুং চলাইবি। মাগী পেনশনগী ব্রাফম খবা তান্নবগীদমক তোলমুবু পাওচেনখিবনি। তোলমুনা চংলকপগা মখোয অনি ব্রাবী খবা শান্নে। ব্রাবীগী মওংনা তাকপদি মী অমা শেলখবা পুদুনা গুব্রাহাটী চৎলগা ব্রানোমলুবা তাই অসিনি। ওঝা চন্দ্রকুমাব কোকচাওবী কাই। য়ামদ্রবদা শেল লুপা লিশিং মঙাতং পুথোক্লুনা চৎকদবসে যাম্না ব্রানা থোকই। কবম তৌসিগে হায়না খন্থে।

ওঝা চন্দ্রকুমাবগী মফমদা খ্বাইদগী হেন্না অব্রাবা ওইহল্লিবদি মচানুপা তোম্পোক অসিনি। লাইরিক খবা পাংফাত্রবসু উচিন-নাচিননা বি,এ, ফাওবদি তন্নগা পাশ তৌবদি ঙমদবনা মতম খবনি ইম্ফালদা মখুবাগীদা চত্নুনা থবক মচা-মশু অমদি তৌকবনি। অদুবু মদুনা কবিমত্তা ওইবা যাবক্তবদগী ময়ুমদা লাক্লুনা লৈবি। এম, ই,গী ওঝাগীসু হোৎনবনি। পেনশনগী শেল অসি পুন্না ফংলবদি মাগী থবকসি নোম্বদা শীজিন্নগে হাযদুনা চপযুংনা খন্দুনা লৈবনি। ওঝা চন্দ্রকুমাব হাইস্কুলগী ওঝানি। লাইবিক তাকপিবদা মমিং লৈববসু চম্না অমসুং চুম্না চৎপা মীওযনি। ওঝাগী ওঝা হাযদুনা অসুম পাঙ- শানবা পাল্লকপা যুম্বাননি। অনিশুবী নুপীমচাসে লাইবিক খবা ফবনা বি,এ, পাশ তৌববগী মতুংদা টিচাবগী থবক

চংবদা খুদোংচানবা হায়দুনা বি,এড,তমথবি। মচানুপী অতোম্বীদুসু কলেজ তমলি। ওঝা চন্দ্রকুমাব খাংবা কয়া হৈনেগন্দবা মীওয়নি। খবনিসে শেল-থুম কবিমত্তা ফংদবনা মশাসে তৌফম খংদে। পুবা ঙমশিল্লকতে সংসাবগী মথং মথং লাক্লিবা চৈনাখোলশিং। হৌখিবা নিংথমথাদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা মাগী মফমদা লাকখিবা ওলাং ওনশাওবগী ব্রাফমদি মাগী মচানুপী অসিগীনি। বি,এ, পাশ তৌববী মশক মতৌসু য়েংবদা নুঙাইববী মমা মপাসু লেম্না লৈবসিনা মপানগী মীয়েংদা মীনা ঙাইশেল ওইননিংবা য়ুমদা ওইনা তৌই। মচানুপীসে যেংবা লাকপা যাম্না ফব ফববা নুপা যাওখ্রে। ঙাচৎনাইনা লাকই হায়নবগুম ডাক্তব ফাওবা লাকপা যাওখি। অদুবু মখুত্তা শেল পায়দবনা থাজবিবা যাবগী নিংথববা খুদোংচাবসে লৌবা ঙমহৌদনা চৎখি অমসুং মদোমতা মথব্রাই চাকচৈ। মাগী মচানুপী অহনগী মতৈ অদুনা এক্সাইজ ইন্সপেক্টব অমগী ব্রাফম পুদুনা লাকই। শজিবু মনুং অসিদা হোংসি হায়দুনা ফনা কন্না হায়বম্মী। ঙমলোই ঙমখিবোই হায়না হায়না ঙমদবা য়াদে হায়বদুনা মবাইদু চৎখি। অদুনসু ওঝা চন্দ্রকুমাববু অমুকহেন্না নুংনাংহল্লি। 'মবাইদুবু শাওখ্রববা' হায়না খল্লদুনা মদোমতা কোকচাওবী কাই।

পুক্সি অসি খজিক্তং খোংফম চাহৌদবদা য়াম্না ফিভম চাহৌদে হায়বদু মহাক্কী মবাইবক্তা থোক্লে। মহাক্কী মচানুপাসে য়ামদ্রবদা মহাক্না চাকবী তোকপগী চহি মবি মঙা মমাংদনা থবক তৌবা যাবম্বনি। অদু ওইবম্লবদি মহাক হীবম খুদিংমক্তা ইনুং নুঙাইগদবনি। কবিমত্তা ব্রানিঙাই থোকলোইদবনি।

ওঝা তোলমুনা চৎখিবগী মতুংদগী পেনশনগী ব্রাখলদা মহাক্না উংখৎখিবসি ইংথৌ হাযবা ইয়ামক যাদ্রে। নুংশানা অসুম হাইগৎলকপা ইলেকট্রিক কাবেন্টসু লৈতবগা মহাক্কী কোকসে অসুম অসুম শাগৎলকই। নিঙোল থাজবগীদমক নিঙোলমতৈগী অকম্বা শাফু অমগা। অব্রাবা ব্রাখলগী পোৎলুমনা মথং মথং নঙ্বক্তুনা পুঙমদ্রবা কোকথোং অমা পুবগুম তৌফম খংলক্তে। মাগী হকচাংদা হাই-ব্লাড প্রেসাবগী প্রোব্লেম অমা লৈবক্লিবসি ফনা কুইবক্লবনি। হিদাক খবা খবা চাদুনা অসুম খাংলকপনি। হন্দক মবকসে হিদাক চাদবা ফনা কুইবে। বি পিসে ব্রাংখৎখ্রে হায়বসি শোয়দ্রবনি। ঙসি ঙবাংসিদা অমুক খংহেন হেনগৎলকলিবনি। হৌখিবা অহিংদি তুম্বসু মওংচাখিদ্রে। অদুনা ওঝাসে নুংশা হাইগৎলকপা অদুদা মপান থোক্কদবা কিদুনা লৈবিবনি। পুং তবানিথোয হেল্লকপগী অদুব্রাইদা মকোকতা

কাকয়েৎ অমা য়েৎলদুনা ঈকুজথোক্কে হায়দুনা ৱাখোং ময়াদা লৈবা লেত্রিনদগী থোক্লকলগা উশা ৱাশা খবা শেংদোক্লগা মশা অদু হুমাং কাবদুনা পুত্রি ময়াবোমদা ংশিল্লি। ঈশিং বাল্তী অমা শোক্লগা মকোক্তা অমুক্তুং হৈথবকপদা মশা অদু তু চুংখিদুনা বাল্তী মখুত্তগী তাখি অমসুং খংহৌদনা হায়থখি।

মতম অসিদা মাগী নুপীনা চাক থোংদুনা লৈবম্বদগী খোঞ্জেল অমা তাখি হায়দুনা চেঙ্খোবকই। অঙাংশিং অয়াম্বসু মপান্দা থোক্লখি। মচানুপা তোম্পোকতি থোঙ্গাল অনি লাঙ্খোক্লগা মমান্নবশিংগা কেবোম শান্নদুনা লৈবম্বনি। চন্দ্রকুমাবগী নুপী সনাবৈনা যুমলোন কৈবোন্নবা ময়াম কৌনবকপদগী তাবদুনা মচানুপাদুসু চেল্লক্লে। মমিৎ মনা ঈলোং লোংখৎখ্রবা মশাপুম্বা ইচোৎ চোৎলবা ওঝাদুবু মাঙ্গোল তান্না পুশিল্লক্তুনা লাইকন্নবি। তোম্পোক্লা অটোবিক্সা লৌরুগে হাযদুনা সাইকেল পাইদুনা থোকখ্রে। অটোদু থুংলবগা হোসপিতাল তম্না পুবে। লৈবম্বা ডাক্তবশিংনা থৱাই যাওনা হোৎনখি। সেলাইন, ইনজেকসন অতৈ হিদাক-লাংথক কয়া শিজিন্নদুনসু হুহুবা কৌবা লৈখিদ্রে। বিপি ২৬০-১৩০ তা অসুম চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে মিনিট তবা। কুন খুদিংগী যেংবদা বিপি ২৬০দগী হুহুবসু তৌদ্রে হেনগৎপসু তৌদ্রে। পুং অমা তাবকপগী দুৱাইদদি ওঝা চন্দ্রকুমাবগী মিহুন-থাহুন থিবা ফংদ্রে। অবোইবগী নুংশাশোব হোল্লন্নগা মালেমদগী বিদায লৌখ্রে। ডাক্তবনা লাওথোক্লে শীবে হাযনা।

মাগী নুপী অমদি মচাশিংনা লৈমাযদা হাযহত্তুনা মথৱাই প্রোক প্রোক চাকনা কপলি। খুল লৈকায মবী-মতাপুম্বা লাক্লবে। মাগী তৌফম থোকপা হৌনবী থৌবম খিবিক তৌবগা নুংথিল পুং ৪গী অদুৱাইদা অমংগী যাইথোং কুমখ্রবা হকচাং অদু খুনগী মী পোলোইফম ওইবিবা সোবোক মনাক নক্লা চেল্লিবা খোঙ অদুগী মপান্দা পুথবে। ওঝা তোলমুনা হল্লকপদা মী পোলোইবগী মৈ হৌবিবা অদু উবদা সোবোক মপান্দা ফমলিবা মী অমানিদা হংই– "কনা লৈতবা যাওববগে?" অহল অমনা খুমলি ঐখোযগী ওঝা চন্দ্রকুমাবদো চাকচামাংদা ইখং-খংহৌদনা ঈকুজবদগী হাইথদুনা তাখিবনা, হোসপিতাল যৌবগা ইকুই কুইদনা লাযেংলগা লেত্রে হায়বেনে।

ঐখোয়গী নামৈবাকপম ওঝা চন্দ্রকুমাব নত্রনা।

হোয় মানি। তৌবিবসি অঙকপনি। সিবু মণ্ডলা তাইবংলা খংদ্রেনে। ঙসাইতা ঐগা উন্নদুনা লৈহ্রৈবিবনি। ওঝা তোলমুনমুক অদুদি স্ট্রোকনিদনা" "হোয় ইবুঙো ঙসি ঙবাংসে প্রেসাব খবা নুঙাইতনা লৈ হায়"।

—শোয়দনা ব্রেইন হেমোরেইজ ওইবা তাবে। মেসিভ স্ট্রোকনি।

—ওঝা তোলমু সাইকেল অদু সোবোক ময়াদা লেপহল্লম্লগা চংখিদুনা পোলোয়ফম অদুদা খুকমখি অমসু মমিৎতগী মপী শিষ্টদুনা "ঐনা নঙগী অফবা পাও পুবকলিবসে কনাদা তমগনি তাদ" হায়বদুনা খংহৌদনা লাওখি। অঙকপনি ইবুঙো নঙগী লীলাসে"। ওঝা তোলমু অমুক মীগা ৱাবী শানিংদবে। ঙাইহাক লৈবমলগা নক্লবা মী অমনিদা হল্লগে হায়বল্লগা সাইকেল ইল্ল ইল্লদুনা লাকখি। ওঝা চন্দ্রকুমাবগী জি পি এফ কী লুপা ৮২,০০০.০০ খক এ জিদগী ফাইনেল বিলিজ তৌবক্লে। নুঙাইবা পাও অসি তমলুগে হায়দুনা লাকপনি। পাও অসে নোংঙাল্লগা ইংনা তপ্পা তমলুগে হায়দুনা মখোয়গী ময়ুমদমুক চংলুদবে।

ওঝা তোলমুনা অঙকপা ফংনা কিনিঙাইগী মশক ওইববা বিপিগী ৱাখলদা উংখৎখিদুনা মমিৎতা উবকই। মাগী অখংবা মীওয় কযা অমদি মবিমতা কয়া বিপিগী চৈনাখোল ফংদুনা লেংঙম-শাঙমদনা তাদুনা লৈবিবা শোইনাইববশিং। শজিবুগী নোংলৈ নুংশিৎনা নৈহৎপিবল্লবা নাম শোইববা উপাল ৱাপালগুম নোংদম থিনা লৈববা প্রেসাবগী অনাবা ময়াম খল্লুবদা মতোমতা শোঞ্জে— "বিপি নঙসে কেন্সাব এইড্সতগী হেন্না কিনিঙাই লাইনা অমনি। বিপি নঙোন্দগী কবম্না ঙাকথোক্কনি মীওয়বগী থোৎলবা হকচাংসে।

❖❖❖

# তাইবংদগী লাপথোরকপা

ময়ামনা বিন্দিয়া হায়না কৌবগসু মপুবোক্লদি নুংশিনা কৌজৈ থবোলৈমা হায়না। মমাদো নিংথেমচনুনি। বাজকুমাবী ভানুসনা হায়দুনা ফাওবিবনি। মৌ ওইদুনা মচানিপা অমগা নুপী অমগা পোক্লবসু শকফমদা ময়েং তাদ্রবী ইফতা-ফজদুনা লৈবিবীনি। মচানিপা বিক্রম মচানুপী বিন্দিযা অনিমক সেন্ট্রেল স্কুলদা তমলি। মমাসু সেন্ট্রেল স্কুলদুদা ওঝা ওইবি।

গৌবচন্দ্রগী মচানিপা অমত্তনি। মণিহাব, ইউকো বেক্কতা থবক তৌবনা শহবসিদা তংতানা থবক তৌবা ঙমদে। চহি অহুম মবি শুবমগনি অমুক অতোপ্পা মফমদা চৎখিনি। তংতানা শিলচবদা লৈবা ঙমজদে।

মমা মচা মখোয অটোবিক্সা তোংদুনা স্কুল কাবি। অয়ুক্তা পুং নিপালগীদুদা চৎপ্রগা নুংথিল পুং অনি তাবদা হল্লকই। অহল ওইববা গৌবচন্দ্রদি মশুশিং ঙাইবদা যাম্না ৱানা খাংঙি। পুং অনি তাবমদাই ওইবকপগা থোঙ্গালদা অটো লেপ্পবা হাযনা মথক্তগী যেংই। মথোল অনি ৱাংবা যুমদুগী মথক্তা মখোযনা লৈ। মখা থংবা গ্রাউন্দ ফ্লোবদা ভাবাগী মী থমই।

মমাংগী বেলকোনীদা ফল্লগা গ্রীলগী কাবক্তগী অঙাংশিং হল্লকপদো যেংজৈ। মখোয অহুম তুংথা-মাংথা চংঙক্লবসু মশুনুপীদনা মাগী মীযেংফম ওইবি। মশুনুপীনা নমদা বেগ পোবগা ঈশিংগী ফ্লাস্ক অদু হাইব হাইবদুনা চংলকপা উবদা মতোমদা নোকমী নোকমী তৌই। থবোলৈমাসু টপ টপ তৌনা সিডীদা কাখৎলক্লগা মপুবোক্কী মখজাইদা হাইফেৎ নানলল্লগা চংখি। গৌবচন্দ্র মশুনুপীগী মতৌদা নোক্ল নোক্লদুনা য়েংহৌই। নোক্লা নোক্লা মিৎলুদগী পীবাং মবিক অমসু শিঙ্খবকই।

নোংমা গৌবচন্দ্রনা পীক্লিঙৈদা মপু-মবেননা লুনা চান্না নিংজবম্মী। মতমগী ঈবোলনুংদা মখোয় লোয়না অহল ওইবক্তনা তাইবং থাদোকখ্রে। মাগী মচানিপা, মচানুপী নুংশি নুংশিনা লৈবম্বদু চাওব মপুং ফাবক্তনা মাগী মাগী মথৌদাংগী খোঙচৎতা চৎখ্রে। লাপথোকখিবদো কাওশিল্লকই। অনকপদা নোংমগী অযুক-

নুংথিল নুমিদাংদা উবিবা অঙাংশিং মমৌনুপীবু য়েংজবগা লেঞ্জবতনা নুঙাইবা ফংলি।

গৌবচন্দ্র অয়াম্বা মতমদা পাননবা লাইবিক নত্রগা মেগাজিন অমা মনাক্তা থম্মি। ট্রানজিস্টাব অমসু হেক হেক পুথোতুনা তাই। লীগী চেয়াবদা ফন্নদুনা লাইবিক পাই। মবক মবক্তা লৈবক্কী লম্বীদা মী চৎথোক-চৎশিন তৌবা য়েংই। মকওইনা নুংথিলগী মতমদনি ফমলিবা। মশুনুপী থবোলৈমাসু মদোমতা চেছোক-চেনশিন শান্নবগা মপুবোক্কী মনাক্তা নাওথি শাই। খবা পাইনবা,খবা চিংনবা তৌবন্নগা চেনখিবদা মপুবোক্লা নোকচৈ। অমুকসু ঙাইহাক লৈবগা মপুবোক্কী মনাক্তমুক লাকই। কবি কবিনো খবসু ঙাংনবগুম তৌই। মশুনিপা বিক্রমদি চাওশিল্লক্রবনিনা খবা লাপ্লা চৎখিদুনা মমান্নবগা শান্নে। মকুবোক্কা মচানুপীগা ফাগী-জুগাই তৌদুনা শান্নবদো মমানদি খংই। অদুনা মাসু চিংনক্বা তৌক্দনা ইমুংদা অদুম লৈথোকপা ঙম্মী। লুনা চান্না তৌববসু মপুবোক্লা মশুনুপীদা খক থৌদাদে। গ্লাস সিমা পুশিনখো, লাইবিকসে থমজিল্লু হাযনা খক হাযজদে। যাবিবমখৈ মশাগী থবক মশানা তৌজে।

মশুনিপা নুপী অনিমক্তা হৌনা লাওনা কৌদুনা থৌদাবা ঙাংবা ব্লাবক-ব্রাতেম্না পাওতাক পীবা কযা তৌগন্দে। কবিগুম্বদা থবোলৈমাদা পুপু ব্রাবী লীবিগে হাযদুনা ব্রাবী লীবি। মতমগী ব্রাখলনি, মশুনি হায়দুনা পংঙাং ঙাংবা পংলাও লাওক্বা যাদে। মাগী মাগী কটিন নাইনা চৎথবক্লিবনি। কাতুক কাবন হেক তৌক্বদা অঙাংশিং কন্ট্রোল তৌখিনি হাযবগী চিংনবা লৈ। অদুনা অহনসু যাম্না চোকশিন্না চৎপা তাই। মহৌশানা উবকপা মশু-মপুগী বিলেশনদুগা হৌজিক্কীগা মান্নদ্রে হাযবসি খংই।

মণিহাব থাংজ নুংথিলদা থুংলখি। ভানুসনাগী মৌপা লুহোংবগী দমক পাঠাবকান্দিদা চৎকনি। মাকটী ভেন অমদা পুম্নমক ঙন্না চৎমিন্নে। অদুগা অহলদি য়ুমদা লৈহৌই। মীনাই নুপী লাক্লগা যেংশিনগনি। লম্বীদা চৎল চৎলগা নুঙাইবকত্রমাল্লে বিন্দিযাদো। অহান্বা চৎখৎপদদি য়াম্না হবাওবম্বনি। চৎল চৎলগা মপুবোক নিংশিংলক্তদুনা মপুক্লিং নুঙাইবমদে। মানা ঙাংনিং শকনিদংবদো মমানদি খংঙি। শোয়দনা মপুবোক্কী চিন্তাদগী ওইবমগনি হাযবা। মখোয় ময়াম থোঙান্দা গাডী তোংবা মতমদা মপুবোকনা মথক্তগী য়েংলগা মখুৎ হাইবকপদো বিন্দিয়াগী

মমিত্তা উঁদুনা লৈ।

গৌবচন্দ্রদি মতোমতা লৈমল্লদুনা চুশিল্লক্লে। শহবগী নিউক্লিয়াব ফেমিলি মচা মচাশিংদা ঙাইহাক ফম্মিন্নদুনা ব্বাবী ব্বাতাই শাক্মবগী তাঞ্জা ফংদবা অদুগা কনাগুম্বনসু মনাক্তা লাক্কুনা ব্বাবী শাবিদবনা মবম ওইবদুনা তাইবংসিদগী তোঙানলবনি। মাগী হাযববু থবো লৈমা, লৈমা হাযনা কৌজবদুতনি। লাইবিক পাবা, বেডিও তাবা, টি ভি যেংবগীসু মহাও যাওশিল্লকত্রে।

মামগী লুহোংবা চৎলুবদগী বিন্দিযাগী হকচাং নুঙাইবকত্রে। শাংনা গাডী তোংলুবা অমসুং লুহোং মযুমদা লাংব খোৎপা মযামদুনা তুমশিৎ ফাখিদ্রে। লোক অক্ম গুম্বনা নাববদা স্কুল চৎত্রে। মমাগা বিক্রমগা স্কুল চৎখ্রগা মহাক মতোমতা লৈববদা মপুবোকনা চংশিন্দুনা মনাক্তা ফমলম্মী। মপুবোক উবদা থবোলৈমাগী মমিৎ মনা ইশিং শিংলকখি। মপুবোকনা মাগী হকচাংদুদা নাছবিববদা নুঙাইবদুনা হৌগৎলকই অমসুং ব্বাবী লীবিয়ু হাযবকই। মপুবোক্লা অসামগী মহাবাণী সতী জযমতীগী ব্বাবী লীবিবম্মী।

গৌবচন্দ্রগুম্বা অহল অশোম্বা অমা লৈবদগী মখোযগী ফেমিলী অদু মনিংতম্না চৎথোকপা ঙমলক্তবা কুইবে । অঙাংশিংগী পবীক্ষা লোইবগা মপান্দা কোইথোকলুসি হাযনা লেপ্পবম্মী। মণিহাবনা– পাবুং ঐখোয মপান্দা কোইথোক্লুগে হায়না খন্নবি।

গৌব —নুমিৎ কযানিবোমনো

মণিহাব —নুমিৎ ২০/২৫ নিবোম ওইবগনি।

গৌব —ফবে, অদুদি চৎলমদাইদা ঐবু ওল্ড এইজ হোমদা এডমিট তৌবন্নো। অম্বিকাপট্টীদা লৈবনি।

মণিহাব —মীনা তাবগা নোক্লগদ্রা অসিনি। নত্রগা মীবা হোয়গীদা (মচল নুপী) থনমগে।

গৌব —নত্তে নত্তে মীবাগীসু অহল অনিনি। মখোয়গী ইমুংদুসু মতা অমনি। ঐনা হাযবিবসিনি নঙ হৌজিকমক চত্তুনা কদাই-কবি লৈবা হংদোক্লুচো।

অঙাংশিংগী পরীক্ষা লোয়রদুনা সাউথ ইন্দিয়া কোইবগী দমক মতম লেপনবে। মখোয়না কোইবা চৎপগী নুমিৎ নিনি মমাংদা অহল ওইবক্লবা গৌরচন্দ্রবু এডমিট তৌকরে।

মপুবোক্লা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎপা মতমদসু বিন্দিয়া ময়ুমদা লৈবমদে। বিন্দিয়া লৈববদি য়াম্না নুঙাইত্রবা সিন অমা ওইবগনি খন্দুনা মমাগা লোইননা মখোয় দুকান্দা পোৎ-চৈ লৈবা থাদোকখি। মণিহাবসু মপাবু অসুমনা তৌবসে কযা পাল্লমদবনি। অদুবু নাবক য়েক্লকপা খুদিংমক্তা য়ুমদা মতোম লৈবগী মহুত্তা অহল অশোন অনা লৈনবগী য়ুমসিদা ফগদবোই খন্দুনা থল্লম্বনি। নুমিদাং বিন্দিয়ানা হল্লকলগা মপুবোক্কী মরমদা কয়াবক হংই।

পুবোক্তি নেনে মীবা হোযদা খবনি লৈকগনি। ঐখোযসু মপান্দা কোইথোক্কদবনিনা মতোমতা থনল্লবদি মওংচাবোই হায়দুনা মমানা থেমজিনখি। মখোয় ভেকেসন কোইকবদগী হল্লকপগা বিন্দিয়ানা তপ্না তপ্না মপুবোক থিবা হৌগৎলকই। মপাবুংগী থবক্তগী ছুটি লাক্লগা লৌবা চৎলুগনি হায়দুনা মমানা থেমজিল্লি। অদুবু বিন্দিয়াগী মপুক্লিংগী নুঙাইতবদুদি কোকহনবা ঙল্লমদে।

ভানুসনাগী মপুক্লিংদসু য়াম্না ওলাং ওনশাওবম্মী। মকুবোক লৈতবনা ইমুং মনুংগী থবক-থনাদো ইয়াং য়াংলম্মী। অহল অমগী যেংথোক যেংশিন, চান-থক্লবা, ফিজু-ফিজাম্বা, হিদাক-লাংথক মায়গৈ খিবিক য়েংশিল্লকপদা মাগী মফমদা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইবম্মী। ঙসিদি পোৎলুমদো লৌথোকখিবদা ইযাং য়াংলম্মী। অমবোমদনা মকুবোকপু ময়ুমদা থমদুনা সেবা তৌনিংদবী, মচানুপীগীসু মপুক্লিং নুঙাইতদুনা লাইবিক তম্বদা অকায়বা ওইবে খংদবী, থম্মোয় পান্দবী নুপী অমা ওইববা হায়নসু চিংনবকখি।

মণিহাব লাক্লদুনা নোংমাইজিং অমদা থবোলৈমাবু পুবদুনা মপুবোক্কী মনাক্তা চৎলম্মী। মপুবোক উবামক্তদা থবোলৈমানা চেনশিনখিদুনা কোল্লম্মী। মপুবোক্লসু মকোক্তা নানবিবম্মী। অহল অদুগী মমিত্তগী পীবাংসু শিন্থবম্মী। অহাও-অথুম খবসু পুথোক্তুনা চামিন্নবম্মী।

মণিহাবনা পাবুং খবনি য়ুমদা লৈকসি। হৈনদ্রগা অমুকসু লাকসি। লৈমাগীসু খজিক্তং খন্থবিয়ু।

গীবচন্দ্র —মসিদা লৈবসিসু অতোপ্পা তাইবং অমনি। মহৌশাগী সংসাবসিদগী
তপ্পা তপ্পা লাপথোক্লবা হোৎনবসিনা চুমগদবা মাল্লে।

ণিহাব —ঐ থা অনি মতুংদা প্রোমশন ওইদুনা লাক্লগনি। শিলচবদা তংতানা
লেবা ওল্লগনি। অদুদগী অমুক পুন্না লৈমিন্নসি। ঐ পাবুংবু শোয়দনা লৌবা লাক্কনি।

গীবচন্দ্র —মণিহাব নঙগী অঙাং অনিসি নোংম নোংমগী চাওশিল্লক্লি মখোযগী
ুননবা, চাওখৎনবা হোৎনবদা পুক্লিং চংঙু। ঐগীদমক নঙ ব্রাকুবগনু। ঐগী
অবোইবগী থৌবম অদুদি নঙনা ফজনা পাঙথোকপা ওম্বা ওইসনু। অদুনা নখোয
চৎলো। ব্রাহ্মেশিংসে হাযবগা মখোয়বু বিদায পিবকই। মণিহাবসু মমিত্তগী খংহৌদনা
মপী শিন্থখি। মপাবুংগী পীবাং শিন্থবা মাযথোং উকুবদা বিন্দিযাসু ইঙক ওক্লা
যেংলম্মী। মখোয তপ্পা তপ্পা মপুবোক্কী মনাক্তগী লাপথোবকখি। মপুবোকসু
থবোলৈমাদগী লাপথোকখি।

❖❖❖

# নিংশিং খুদম

জাবিবোন লমদমগী অৱাং-নোংপোক থংবদা লৈখ্রিবা খুঞ্জাশিংগী হবাওজবা নুমিৎ অমত্তং হায়ববদি শগোলশেন নুমিৎনি। মবমদি নুমিৎ অসিদা নাক্তা লৈবা কালাছড়া কৈথেল অমসুং নোংপোক চীংলক্তা লৈবা ধুৱাববন্দ কৈথেল অনিমক্কী অপুনবা মহাও মীয়াম্না ফংজদুনা নুঙাইজে। লমদমশিংসিদগী কিঃ মিঃ তবামবি মঙা বোম লাপ্না লৈবা ধুৱাববন্দ কৈথেল অসিগী মাযগৈ খুদিংদা চীং ঙাক্তনি, অৱাংথংবা শিলচব মাযগৈ অসিতনি তম ওইবিবা। মীতৈ নুপী-অঙাং, অহলশিংনা দুৱাববন কৈথেল হাযনসু কৌই। ঙমজদবগী ৱানি দুৱাববন কৈথেলদ পোৎশিৎ-চৈশিৎ ফবা শেন্দোং যাম্না ফংবা অহোং-অচাও ঙা-চাক, হৈ-বা ফংবগী খল্লুবদা অযাম্বনা কৈথেলসে কানিংঙি। বাজাবসিগী নুঙাইজবা অমত্তং নিংশিংলুববদি চাতলাগী মীতৈ ইমা-ইবেনশিংনা যোনবা মৈঙাশিংদুনি। ক্রেম ক্রেম লাওবা তঙাং তঙাংবা ঙা অয়াইবাদুগা মুবী চেম্পাক্কা মফমদুদা চাবগী মহাওদু অমুকহন্না পুন্সিদা ফংগনি থাজদ্রে। কনাগুম্বনা চুম্নসুম অহোং-অচাও লৈবগীদমক্তসু বাজাবসিদা চৎলি। অদুবু খুনদা ফৌ লৈবকত্রবা নোংজুথা যৌবকপদদি জাবিবোনগা ধুৱাববন্দগা নুংশিমবী খবমক পীকশিল্লকই।

*থিংগোম খুনগী ময়াই লৈকাযদা লৈবা সিনাম ধম্বৌ ধুৱাববন্দ কৈথেল* তত্তনা কাগনবা লাযববা মীওয অমনি। অঙাং মবী শুজবে মচানুপীনা অহল অদুগী মথংদা নুপা অহমনি। মচানুপা অহল মণিবাবু চহি তবেৎ নিপান শুবদুনা অনকপা পাঠশালা স্কুলদা লাইবিকতম্বা হৌবে। থম্বৌনা ধুৱাববন্দ কৈথেল কাক্নবগা ফংলকপা শেলথুমগী হিসাব তৌবিবদুগী মনাক্তা ফম্নদুনা কৈথেল ঙামোক চাবি। লাইবিক খবতং হৈববসু হিসাবতি থাইনগী অহলশিংদি কুপ্পনিনা পৈশা অচোয়বশিং সিকি, মঙায, লুপা চৎপীশিং অনি মঙা তবাগী নোটশিং চিবোন চিবোন থমলগা হিসাব তৌবি। মচানুপাদগী শ্লেট পেন্সিল লৌদুনা তিনশিনবনে খায়দোকপনে ফৌগী মমল মহাজনদা কয়া পীগ্রগা কয়া তোংহৌবা কন্না হিসাব পাবি। মবক মবক্তা হেক হংলকই সিকি তবামঙানা লুপা কয়ানো? ''লুপা অহমগা বাবোনা''ঙাইহাক খল্লগা খুম্মী মণিবাবু। মপানা লৈবকপা শাবেং মচাদু চাতলাগীনি হায়বদুনা মীশেং খাংলদুন

চাক ঙাইহিবি। মমাশাবী লৈবাকলৈ মচানুপীগা ৱাবী শাবদুনা পাংথোক পাংশিন তৌদুনা য়াম্না থৱায় য়াওনা থোংলি। মচানুপী চন্দ্রমুখী ইংবেজী ময়েক খবা চংলগা মমাগী মতেং পাংনবা লাইবিক তোকহল্লে।

খুঙ্গংসিদা নিংথমথাগী শগোলশেন অয়ুকতি হায়ফেৎ য়েংবদা নুঙাইজববা মওং অমনি। থোঙ্গাল অম'নি লাছোকপগা চেংবোৎ মপৈ থাদুনা লৈবি। মখাদা ফক থাবগা অচৌবা মোন অনি, অনিমখায় চনবা বোস্তাদা চেং হাপ্তিনজবগীদমক থুম্মোক্তে কবিদৈ মৌ পাখং লৈশাবী খাক্তনা চেং হোছোবক্লি। কাকনা চেং লাকখিনি হায়দুনা অঙাংশিংবু শংহল্লি। চেং হোনবা ষণ-গাড়ী য়েংবগীদমক অঙাংশিংসু নুঙাইবা অমা য়াওনা সোবোক থোক্লক্তুনা শান্নদুনা লৈ। অসুম য়েংখিবদা অয়ুক পুং তবেৎ-নিপানৱাইসিদি লমজাওসে মী ময়াম চাদুনা লৈবা উই। অদুবু ষণগাড়ীশিং লাক্তুনা চেংবোৎশিং হাপকৎখ্রবা মতুংদদি খুল-লৈকায় অসি ইচিক চিকথখি। নোংঙাল্লমদাইদগী হৌগত্তুনা ফৌ, চেম্পাক শুবদা ৱা ৱা লাওনা নিলখোংলম্বদু পুংচিক চিকখি। মাগী মাগী হাপখিবা পোৎশিং বাজাব যৌবদা নংলুনবা য়ুম্বু নিপাবা নুপীবা চৎকদবনিনা চাকসু ঙন্না থোংঙি। ওফিস কাবা, ওঝা ওইবা য়ুম অনিহুমদুগা লোয়ননা পুং ১০ মমাংদা চাক লোয়বা য়ুম ফনা যামলে। মঙা তক্কনি ৱাজবকপগী মতুংদা চাকঙন  চাদুনা ক্না-মতপ হাওনা চাদুনা পোত্থানবি, খল্লুবগা হৌজিক মতমগী নোংমাইজিংগুম্বনি। থোয়না হেন্না অঙাংশিংগী মায়থোং মকা লামজবদি ''হোবেনদি ঐখোযগী পাবোনা দুবাবনদগী অদু লৈবক্কনি অদা লৈবক্কনি'' হায়বসিনি।

নোংমা নিংথমগী নুমিদাং অমদদি থম্মৌ ধুৱাববন্দ কৈথেল কাখিবদগী হল্লকপা কৌবা নাইখিদে। অয়ুক্তগী হৌনা কাখৎপা কৈথেলনিনা ঙন্না ঙন্না কৈথেল কুম্বগী চৎনরী লৈ। থেংলবদা পুং নিপাল মঙাই। থম্মৌগী নুপী লৈবাকলৈ নুমিদাং চাক থোংনা থোংনা মপুবোইবা লাকপগী ঈবাং য়েংলি মাঙ্গোনদা থোক্ল থোক্লদুনা। মহৌশাগুম মমাং লৌবুক্তা উতোং থাওমৈ পবেং পবেং থান্দুনা হুন্নবকপসু লোইখবে। খবা থেংথবগা ষণগাড়ীশিং অদুগী মখাদা লেমতোন য়াল্লদুনা নুংগী সোবোক মথক্তা ক্রেক ক্রেক লাওদুনা, বিহাবী নিপা অদুনা ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা হনখিবদুসু লৈবাকলৈ তফিং তফিং উহৌবি। মপা হল্লকপগী নুঙাইবা মিকুপ অদুতবু ঙাইজবম্বা অঙাংশিং লোয়না তুমনখ্রে। চাক থোংবা পুমলোয় লোয়বদুনা য়ুমলোন

অনি লাছোক্লগা মচে জিনিগীদা হংলুবদসু চেম্পাকনিনা ঙস্তানা য়োন্দুনা হল্লক্কে হায়বকই। মহাক্না হুপ্তিল্লক্কুনা শুমাং হেক য়ৌবকপদা নবসিংপুব বাগানগী ঘন্টা য়েবকলি, চ্যেকশিন্না থিহৌবী লৈবাকলৈ তবাখক শুখিবদা শ্বাই শ্বাই লাওই। শুকশুনা মমলবা থোঙ্গানগী তন্দন মযামদু য়েংলগা মমিত্তগী পীবাংশিছবি শেবানবা ব্রাখল কয়া খংলাক লাকপদা মপুক্লিংদা। কবিগীসু থব্রায় ব্রাদনি, ইকুই কুইদনা থাখায় অমবোম মমাংদতা অয়ুক নুংথিলদা চা-হেকপী নুপী অমা মায়গৈ অসোমদা শানা শোকই হায়দুনা ফোং ফোং শানা ব্রাবীনবিবনি।

খুল-লৈকায়সে চ্যেকমোক লাওবকত্রবদা লৈবাকলৈ ইমুংদা চংখিদুনা ফম্বোই হিপ্লোই নাকোং থাঙ্গৎতুনা তাবি মী লাকপগী মখোল অমত্তং .। থবক-থনা শুখিবশিংদুগী চৈনাগা অনকপা কালাছড়া কৈথেল কাকবগী চৈনানা খংহৌদনা উইথখিবন্মী। কোম্বোং শৎপগী মখোল অমা তাবকপদা মমিৎ খংশিং শিংদোকলদুনা থোংনা অদু হাইদোক্কুনা য়েংবদা থোঙ্গান্দা মী চংলকপগী নাশোন অমা ফংলম্মী। থম্বৌসু লোক খুবোই-খৌদেমবোই তৌদুনা চংশিল্লকখি। লাকলববা হায়বগা লৈবাকলৈ ইমুংদা চংখিদুনা থাওমৈ মখু অমা পুথোবক্কে। শুমাংদা থোক্কুনা পোৎচৈখিবিক লৌশিনবিদুনা খবা ব্রাহং-পুহংনবি। মখোং-মখুৎ হামলদুনা ইমুংদা পুন্না চংমিন্নবক্কে। লাই-তিন খুবম্বা লোযবগা থম্বৌনা হাযবকই যাদে যাদে লাইবকনবু য়াদ্রবদি ষণ মনিঙ্গোংদা চু-থাদুনসু ফবা যাদে হায়নবদুনি।

চেং খবা য়াম্না পুবনি, শেন্দোংসে খবা হেন্না ফংগদ্রা হায়দুনা মতৈ-মনাও নুঙাইজবম্বনি। চাক থিনা-থিনা লৈবাকলৈনা হংলকই – ''অদুবু কবি তৌববগে মবমদো অমুক্তংদি হাযবোদনা'' থম্বৌনমুক খুমলকই– মহৌশা শিলচবদগী লাকপা মহাজনশিংদু লাক্তবনি, ফনা থেংলফাওবদা ঙাইবনি। চোয়না য়োন্দুনা হন্নখিবা য়াওববসু ঐখোয় অহুমগীদি য়াম্বনিনা তৌফম খঙখিদবনি। বাজাবগী বাকেশ পাল হায়বা মহাজনদুদা তাইশিল্লেল্লে। হোংনসু লৌহৌবে, শেলসু খবা ব্রাৎহৌবি পীবক্কদবা। ঐখোয়না ধুব্রাববন্দদগী থোকলকপদা পুং নিপাল হেল্লে অসম্বা চাবক্কা লাকত্রবনি সোবোক লম্বী ওইনা লাকপনি অদুনসু থেংবনি।

মপুবোইবগী অব্রাৎ-অপা য়েংলন্নগা লৈবাকলৈসু চাব হৌবে, ব্রা য়াম্না ঙাংনদে অদুবু মবক মবক্তা থম্বৌনা হংলকই অঙাংশিংগী ব্রাফম, স্কুল চৎপ্রা মণিবাবু লাইবিক পাব্রা। পাওখুম খুমনা লৈবাকলৈনা মখা শমথবকই– ''ইবাইবক্ত

তম্ববরনিনা অঙাংশিংদি চাওননবা হোৎনদবা যাদে"। থম্বৌনমুক "অদুনবু হায়বিবসিনি নিপামচা অহনসিমতংদি মমিৎ-মনা শিংহন্নবা তৌসি। খালিপাবগী খুবা নিলোহোয় দুবাবন কৈথেল কাদবা কুইবে মচা ওঝা ওইখিবদগী। "থম্বৌগী ব্রাদু লোয়ফাত্রিঙৈদা লৈবাকলৈনমুক শমথবকই– "অহনসিবু মী ওইখ্রবদি মখাতাবশিংসিদি অসুম ওইজবক্কনি। ব্রাখলগী নুঙাইবা অসিনা ব্রাখিবা খিবিক্কী পোত্থাফম ওইবি।

কুমগী খোংচৎ মতুংইন্না ঈচেল পিকথবকপা, কনখৎলক্লবসু কাংব নাইদ্রবা ধুব্রাববন্দগী ললোন-ঈতিক্কী ঈচেলদা ঈখমনবগী খুদম অমা লাকখি। মহকুমা অমদগী অতোপ্পা মহকুমা অমদা সবকাবগী পার্মিসন য়াওদ্রবদি চেং পুবা যাববোই হাযবদগী সিভিল সাপ্লাইগী মোবাইল পার্টি থোক্লুনা চেং ফাবে, চেং ট্রাক ওইনা ফাদুনা এস ডি ওগীদা পুবা য়াওবে। অমাং-অতাসু থোক্লবে। শিলচব মহকুমাগী মনুংচন্না লৈখিবদগী ধুব্রাববন্দ, লমদমসিগী মীওযশিংগী চাকতাফম ওইবা ঙমলকত্রে। লাইববা থম্বৌগীদি কোকতা খুৎ হাপ্পনি, মচাশিং চাওশিল্লকপগা কবিগা অনকপা কালাছড়া কৈথেলদা ললোনবা, অফং-অফংবা খবা শুবা তাবকখি।

ব্রানা ব্রানা তমহন্দুনা মণিবাবু মেত্রিক পবীক্ষাদা সেকেণ্ড ডিভিসনদা অঙ্কদা লেটাব মার্ক ফংদুনা পাশ তৌবে। মখা তমথবগী থৌনা লৈখিদ্রে, মপা ইবুঙো লাইথুং পক্লুনা তুশোন্নবে। মনাওশিং মীগী যুমদা থবক শুবন্নগা স্কুল কাবি, মচে লৈশাবী ফি শাদুনা ময়ুমগী অব্রা-অনা যেংশিল্লি। মণিবাবু লৈকাইগী মমান্নবা অমগা তান্নদুনা নোংমা লোন্না ময়ুম থাদোক্লুনা চৎখি। ড্রাইভববা, সিফাইবা অফংবা অমা চংলুগনি নিংদুনা থোকপ্রবনি হাযদুনা লৈকাযনা ঙাংনবক্লবদা মমাগা মপাগা মথব্রাই ব্রাজে, অথেংবদা অঙাংশিং তুমনখ্রগা মমিৎতগী মপী তানা কপই। থা মঙা তকক মতুংদা পীয়ননা চীংন-চীংননা মখোয়গী ময়ুম থিদুনা চিঠি অমা পীববে। চিঠিকাক শুংলাক লাকতবা য়ুমনিনা মণিবাবুনা ইবকপা ওইবমগনি খন্দুনা খংনচান্নবা পীয়ন অদুসু খংনিংবা অমগা লোয়ননা ফমলে। মণিবাবুনা থাবকপনি, মপাইবুঙো থম্বৌ লাইবিক খবা হৈজহৌদবদগী পুক্লিং চংনা পাবি। ব্রাবমদি মখোয় অনি চুমদ্রিং ডিমাপুবদা ব্রার্কশোপ শুদুনা লৈবা খুনসিগী কালেনজাও হায়বদুগী মনাক্তা চৎখি। খবনি মাগীদুদা অসুম লৈবম্বদগী নোংমা সিপাই লৌগদৌবি হায়দুনা মণিপুবগী ড্রাইভব অমনা নুংশিদুনা হায়বিববদগী চৎলুবদা মাগী সার্টিফিকেট

অদু য়েংলগা অদুম লৌশিনখবে। বিক্রুইটিং ওফিসাব অদুনা মাগী মার্কসিট কাকতু য়েংলগা মাগী কাদ পুসিন্দুনা ব্রাবী শাবদা মণিবাবুনা তপ্পী ইংবেজীনা মযুমগী অৱাবা খিবিক্তগী লাইবিক তমথবা ঙমদবনি হায়ববদা ওফিসাব অদুনা মাবু ক্লার্ক ওইনা চংহনখিবনি।

ট্রেইনিং মনুং ওইবনা ব্রাববসু ব্রানা শেলসু থাবক্কনি হায়বকখি। ট্রেইনিং লোয়বগা ছুটি ফংবগা যুমদা লাক্কনি। মনাওশিং লাইবিক তমথবা, মচেম অমদি মমাগী ব্রাফম কয়াসু পল্লকখি। পীয়ন অদুসু ক্কা মতপ অমা চাবগা ‘মঙ্গল ওইবে’ হায়বল্লগা চৎখ্রে। অদুম ওইনমক মানা থবক মচা অমা তৌববসু ইমুং অসিদা নোংমা নোংমগী অৱাবগী শাফু কযা লাকলি। মণিবাবুগী পঙ্খৌ অপোকপনা নোংমা নোংমগী শোঞ্জিল্লকলি, মনাওশিং মেত্রিক পাশ তৌবা য়াওবক্লে, মচে অমসু থাজগদবা লৈবি, যুমকৈগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবা অসিনচিংবনি। অদুগা য় য়ৈগে অমদা মণিবাবু কমিশন ওফিসাবগীদমক্তা হোৎনবদা মহৈ যাল্লে। পুনাদা আর্মি কেডেট কলেজদা তপ্লিঙৈদা নোংমা মাগী পঙ্খৌ থম্বৌ লৈতবগী টেলিগ্রাম ফংবদা থম্মোয় শোক্লা তেংথাখি। খংনা খংনা মতিকচানা লাইয়েংবা ঙমহৌদবা অমদি নীংশিং খুদম ওইনা শুপ্পগী ফোটো অমা ফাওবা থমহৌবা ঙমহৌদবগীদমক য়াম্না নীংঙমজখিদে।

মতমগী ঈবোলনুংদা পোৎশক কযাগী শকফম হোংবগুম লাইববা থম্বৌগী শঙ্গায়গী শকফম হোংলে। মানা থমজবম্বা মচা অহুম লোয়না সবকাবগী থবক তৌখ্রে। মচানুপী অমত্তা য়াওজবদুসু মফমচানা থাজখ্রে। মণিবাবু মথং মথং প্রেমোসন ফংদুনা লেফটেনেন্ট কর্নেল ফমথোন য়ৌখ্রে। গুৱাহাটীদা মযুম-মকৈ শাখ্রে, থিংগোমখুন্দা চহিগী অমুক্তং লাকপা ফাওবা ঙমশিল্লকত্রে। কবিগুরুদা লাকপদা ধুব্রাববন্দ বাজাব য়ৌবকপদা গাডী ঙাইহাক লেপ্লদা পীকলিঙৈদা মাগী মপাগা লোয়নদুনা নোংফাদোক পূজাগী ফিবোল লৈবগী লাকলম্বদু নিংশিংহল্লি। নিংশিংবা অসিনা মাবু মবক মবক্তা য়াকাইহল্লি মখোয়বু য়োকপদা নুঙাইবা ফংখিদ্রবা পঙ্খৌবু কবম্না নিংশিংগনি। নিংশিংবগী মংলান মংফাওনবক্লে। বিটায়ার্ড ওইবগা ফংলকপ শেলথুম কয়া অদুনা থম্বৌগী পোকনফম লমদম অসিমক্তদা প্রাইভেট হোস্পিটেল অমা লিংখৎখি। ঙসিসু মীয়ামগী মাংদা চাওনা লেপ্পুনা লৈত-লায়ব, অশোন অনা কয়াগী থৱায় হাপ্পিবি “থম্বৌ মেমোবিয়েল হোস্পিটেল”। ❖❖

# মোমোন নোক্লকপা

নোংমা নিংথম থাগী ইংলবা অহিং অমদা কুফেৎ কাফেৎ কাপ্পা টোর্চগী মঙালদা লৈশাবী অমখক পাখং অহুমখক্কা লোযনদনা চৎলম্মী । লৈশাবী অদু মপুন্সিগী ওইনা লৈমীন্নগদবা নিপা অদু যাওবি হাযদুনা মখোায়গা চৎমিন্নবিবনি। মাগী মপুবোইবা ওইগদৌবিবদো কবম্বনো হাযবদুদি তাংদাংবা খংলমদে । মানা খংলিবা হাযববু যুমথংনবা মনম্মনা হাযবকপা - নিপাদু খবা ৱাংবনি থোইনসু ঙৌদবনি, সিফাইনি, মদন কৌবনি । নুমিদাংগী অমম্বদুদা চৎলিবদু মঙদা চৎপগুম থোক্লমই লৈবাকলৈগী মফমদদি। মবক মবক্তা মাগী নক্তা চংলক্তুনা হেক হেক যেংশিনবা মবেপ খবা ৱাংবা নিপাদু ওইবমগদ্রা হাযদুনসু মপুক্লিংদদি খনখিবা যাওখি ।

ঙসিগী নুমিদাং অসি লৈবাকলৈগী পুন্সিগী শক্তম হোংবা অঙকপা নুমিদাং অমনি । ৱাজবনা মশকুকওইববী লৈবাকলৈগী লাইবক অমম্বদগী থোইনা হেন্না অমম্বদা চংশিল্লিব্রা নত্রগা অঙানববোমদা লাক্কদৌবিব্রা খংদে। মীগী মযুমদা খুনেক থবক শুবদা কেজবগী শরুক ফংজদ্রবীনি। মাবু নাওগোনবিবিবা মপাবুংদি টি বিনা নাদুনা তাদুনা লৈবনা মাবু শেন্নবদা লৈবাকলৈ পুন্সিগী মহাও যাওদ্রবীনি । পলেম নৌনা কাযনববী তাইবংদা মাগী মতেং পাংবিনবা কনা লৈজদ্রবী নিঙোল অদো হিংনবগী লানফমদা লানথেংনবদগী লৈশাবী অমগী অথোৎপা থম্মোয হাযবদু যাওদ্রবনি । শুপ্পগী উনা পান্দ্রবা পামেলনি ।

যুম্বানবা কবিনো হাযবদু খনজবা ঙমজদ্রবী, মশুং-মমান্নবীশিংগা ৱাবী শুবা ফংজদ্রবী লৈবাকলৈনা খংলিবা হাযববু লৈকাযগী মনম্মা অদুবু লাইগুম্না থাজবনি। মনম্মা কুঞ্জেনা শোয়দনা মাগী ফননবা তৌগনি অসিতনি । অশিবগা মান্নববা মপাবুং অনাব্বা অদুনা কবম্বা মীৎকুপ অমদা মমিৎ উইশিনখিবদা অমম্বগী ঈপাক্তা তাওবগনি খংলকপদগী মনম্মনা থৌবাং অসি শিনখিবনি । থৌবাং অদু

শোযদনমক্কী যায়ফ থৌবাংনি ।অমম্বা অমসুং অঙানবা অনিগী লংদাইদা লেপ্লগা লৌখিবা ফিবেপনি ।মতম খবনিদো মাইক্কী খোঞ্জেল তারম্বদগী টেপগী খোঞ্জেলসু তপ্লি তপ্লি তাবদুনা লৈবাকলৈগী লৈনাশিং অসুম অসুম নৌথবক্লি ।মপুবোইবা মদননা থোনবিবা মচু মচুগী ফিজেৎ অহনবা শেত্তুনা মকোক খুমজিল্লদুনা মৌ অনৌবী ওইখবে, খোংথাং তপ্পা থাংবা হৌবকই ।অদুবু কুইদে কুমগী নোংজুনা লেপখিবদা খুইজিল্লকপগুম লৈবাকলৈ লৈশাৎ তম্বী লৈবাং ওইদবে।মপুবোইবা মদন ছুটি মতম লোইবদুনা থবক মফমদা হনখবে ।লৈবাকলৈবু তাইবংগী থৌবম থৌদাং কযানা খুৎলাম তোযনা কৌবকলে ।মপুনা পীবিবকপা পাঙ্গল থৌনা পুম্বা পুথোক্তুনা নোংঙাল্লমদাইদগী নুমিদাং অথেংবা ফাওবা থবকদমক শুদুনা লেনখি ।কবিগুম্বদা অচিকপা অহিংদা মপাবুংবু নীংশিংদুনা কপচৈ ।

মপাবুংগী হকচাংদু অসুম শোঙ্বকলবদা, অনাবগী ফিভমনা হেনজিল্লক্রবদা লৈকাইগী অহল লমন খিবিক্কা তান্নদুনা লৈবাকলৈবু অমুকসু মপাবুংবু সেবা তৌনবা থাবক্লে ।নোংমা মনিংতম্না অফং অফংবা থবক শুজ নোমজদুনা হিংননবগী লক্সাংদা চাক্তাবম্বী চেক্লাদু ঙসিদি সংসাবগী চৎনবীনা খোঙদা খোংজি থাংবগুম পুল্লে ।মাগী লাইবকনা মাবু অঙকপা পুন্সিগী খুদম অমা ওইনা উৎপা নত্তনা মাগী লনাইগী ওইনা কবিমত্তা তৌফম খংদনা লেনজবিবীনি।তৌইগুম্বসুং মাগী মাইথোংদি মকশিল্লকই ।মখাজাই চাইকুং অনি কাশিল্লকই ।মখুৎ মশাশিং মুশিল্লকই খোংথাং কল্লকই ৱাখলগী পোৎলুন্না লুমথবকই অদুগা অনৌবা ৱাহংদি লৈখিদে ।

মথংগী চহী যৌবক্লে ।মপুবোইবা মদন ছুটিদা লাক্লে ।যুমথংনবা মনম্মা কুঞ্জেদা মপাবু শিন্নবল্লগা লৈবাকলৈ চৎখ্রে ।কাশিল্লবা মাযথোংদু উবদা মদননা কযা হৈনিংলুদ্রবসু লৈবাকলৈগী শেংলবা থম্মোযতনা মদনগী পুক্লিংবু চেজেৎনা পুনশিনখি ।মীৱাগী নুংশিৎ খবা শীৎচিল্লকপসু মাগী মফমদদি ইযাইদা লৈতুম হুনবগুম ইথিল অমত্তা যাওদনা মাংখি ।যুম পাল্লকত্রিঙৈদা মপুবোইবগী মফমদগী থবক মফমদা পুবিগদবনি হাযনা অযাবা লৌখিববা , অমনা মদনদি অহানবদা নুপী অমা থিবল্লগা খাযনখিবনি ।লৈবাকলৈদি অসিগুম্লবা ৱাহংশিং হংবা ঙমজদবী, পাওখুমসু থিবা ঙমজদবী ওইবনা ৱাফমশিংসে মাগী মফমদদি কান্নদ্রবা

হিদাকুম্বনি । মীওইবগী লাইবক্কী অৱাং-অনেম খোংচৎনা লৈবাকলৈবু হাইগৎতুনা পুদুনা চৎখি ডেবাদুনগী চীং লমগী নিংথিবা মালংদা । খুনজাদা শাৎলম্বী লৈবাকলৈ ডেবাদুনগী লোয়ালমদা মকা ফল্লুবে ।

চাওববা ফ্লেট অমগী মথক্তা লৈবা কাখল অমদা মতোম চীক্লা লেনজবি । অতিযাদা মনিংতন্না পাইজবম্বদগী চেক্লাদু পিঙুবা মনুংদা থম্বগা চপ মান্নবকই। অদুবু অইংবা মালংনা মাগী হকচাং কযাৎ খুদিংমক্তা নোংমা নোংমগী থেংলববদা লৈবাক-লৈগী চেকখাইবম্লবা উনশাদু থোৎ নৌবা হৌবকই । মতম কযাদা নীংথিবা চীংমান, লান্মীগী অঙকপা খুৎজু খুৎলাই, মীযামগী মতৌ যেংলম্বদগী লাইবিক তম্বা অঙাং শঙ্গুবুসু পুক্লিং চংনা যেংলকই। ইউনিফোর্ম শেৎলবা স্কুল বেগ যাল্লবা অঙাংশিংনা স্কুল চৎপা হল্লকপা, মপা মমা শিংনা থিন্দোক থিঞ্জিন তৌবা উবগা লৈবাকলৈগী মপুক্লিংদা মোমোন নোকচৈ। মাগী পীবুকনুংদা মীহুন হুল্লিবা নাৱা অদুগা লোযননা খোংথাং অমত্তদা থাংমিন্নগনি হাযবা ৱাখলগী মংলান অমা মংলকই ।

নোংমা নুংথিল অমা ঙাইহাক পোথাকুবগী মতুংদা লৈবাকলৈনা লমদম তান্না লৈহৌববা শোল্লবা মপাবুংগী ৱাখল খন্দুনা যান্না চীংনবগা লোযননা লৈবমই। মপানগী কুম্মৈদুসু যেংদুনা খনজাননা লৈবিঙৈ মক্তদা মাগী মপুবোইবা মদন তফিং তফিং লাকপা উবম্মী। মপুবোইবনা পবপ পবপ মথক্তা কাখৎলক্লগা মহৌশাগুম নোকফেৎ তৌবদুনা হাইফেৎ চুপ্পা নানবগী মহুত্তা উংলদুনা থবাক্কী পোকেটতগী চেজেৎ অমা পুথোবকই । লৈবাকলৈবু ইমুংদা পুশিন্দুনা ফমথবগা হাযবকই ।

যুমদগী পাও অমা লাকই । টেলিগ্রামনি ।

লৈবাকলৈ হাযফেৎ ফিঙ্গৎলদুনা "কবি পাওনো, পাবুংগীবা"

— হোয মদুমকনি । পাবুং লৈত্রে, নুমিৎ মবিনি শুবে ।

লৈবাকলৈ ফমুংদা ফন্না ফন্না কপ্লি । মদননা মাগী হকচাং অদু পাইবদুনা শেন্নবি । লৈবাকলৈগী লুমথবক্লবা হকচাং অদুগী পীবুকনুংদা যাওবিবা থাবুম তবেৎ শুবক্লবা হকচাংদুসু মদননা উবকই । মহাক্লা থল্লকই শ্রাদ্ধ নংননবা শেল

খবা হয়েংমক থাখিগে অদুগা লৈবাকলৈদি মথংগী থৌবমদা মপাবুংগী অস্থি পুদুনা লাইফম খুদিংদা পবিক্রমা তৌবসনু।

লিববা পামেল অমা কেমখ্রে মাগী মশাইগোন্দা, অমুকসু অনৌবা পামেল অমা নৌনা মাগী তম্পাক্তা মযোল চোংখৎলকপা উবদা মোমোন নোক্লকই লৈবাকলৈ।

❖❖❖